# ঐনা কেনগে কেনবা নত্তে

লোংথোক্ম কৃষ্ণমোহন সিংহ

সুনন্দা পব্লিকেসন্স
ডবিশোক থাঙ্গেম লৈকাই, ইম্ফাল ৭৯৫ ০০১

© হৈনা

অহানবা ংগভবা  ২০০৯

ফংফম : মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,
পাওনা বাজার, ইম্ফাল

রাজেশ বুক স্টোর
গবর্নর রোড, ইম্ফাল

মখুম : বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম

মমল : লুপা ১৯০/- (লাইব্রেরী এডিসন)

ময়েক শাজিনবা : এন ব্রোজেন
ছাপা নম্ফম : গ্লোরিয়া প্রিন্টর্স, পেলেস কম্পাউণ্ড, ইম্ফাল ইস্ট

মরূপ

সৌগাইজম ব্রজেশ্বর

শগোলশেম ধবলো

নারেংবম চুনিলাল -

নখোয়দা

**অইবগী হৌজিক হৌজিক ফংলিবা লাইরিক খরা -**

| | |
|---|---|
| ইলিশা অমগী মহাও | (ৱাবীমচা) |
| বসন্ত মমৈগী কোকিল | (ৱারীমচা) |
| সোভিয়েৎকী লৈবাক্তা | (লমকোয় ৱারী) |
| জি-ডি-আর ডাইরী | (লমকোয় ৱারী) |
| শবৎ-সন্ধ্যা | (উপন্যাস) |
| সন্ধ্যা থাউমৈগী মৈরী | (হন্দোকপা, সাহিত্য অকাদেমিনা ফোঙবা) |
| লৈরাং শাৎলসু শাৎত্রবসু | (হন্দোকপা, সাহিত্য অকাদেমিনা ফোঙবা) |
| হল্লকখিগনি অমুক তোর্বানসিদা | (হন্দোকপা, সাহিত্য অকাদেমিনা ফোঙবা) |
| গোরা | (হন্দোকপা, সাহিত্য অকাদেমিনা ফোঙবা) |
| অতোপ্পা লোনগী ৱারীমচা | (ভারতকী তোঙান তোঙানবা লোনদগী হন্দোকপা, সাহিত্য অকাদেমিনা ফোঙবা) |

# য়াওরিবা ৱারীমচাশিং

# শক্তম কায়হনবা য়ারোল্

স্কুলগী মনা-মথুম য়েম্থোকপগী থৌরমদনি মন্ত্রীনা চিফ গেষ্ট ওইনা লাকখিবদো। মন্ত্রী ওইথৈদগী হন্দক্কীসিনা খুঙ্গংসিদা অহানবা সনা-খোঙলেংঙকপনি। নহানমখৈনা মীচম অমা ওইনা ভোট খোম্বা লাকখিবনি, হন্দক্তা মন্ত্রী ওইনা খোঙদোইরকপনি। অদুনা খেন্নবা লৈ, য়াম্না খেন্নে। মন্ত্রী ওইরবনিনা মহাকপু য়েংনীংবা উনীংবা মীনা কোঙ্গাইনি, মনাক্তা চঙশিন্দুনা ব্রারীমক শানদ্রবসু মশক্তং উহৌনবা লাকপনা অয়াম্বনি। অদুনা অহনসু অঙাংসু নুপীসু নহাসু মী ফনা য়াম্না তিল্লি। মীয়াম তিনবদা করি হায়গদগে, মীয়ামগী পূক্নীং করম হায়না চিংশিনগদগে হায়বা ব্রাঙাং-শাঙাং ফজনা খঙবা মন্ত্রীনি।

পূং তরাদা হৌগদবা থৌরমদো পূং অমা চোম্থনা তরামাথোইদা হৌখি। মন্ত্রীনা থেঙনা লাকপদগীনি। তৌবগীদি মন্ত্রীনা মহাক্কী ভাষণ হেক হৌবমক্তদা থেঙলকপা অদুগীদমক ময়ামদা ঙাকপিয়ু হায়না হায়জখি। ময়ামসু মন্ত্রী হায়বসিদি থেঙনা লাকপা হৌনমাল্লে হায়দুনা থোইনা খনখিদে। ভাষণগী মতাং অমদা মীয়াম তিনবগী খুদোংচাবা লৌদুনা মন্ত্রীনা লাউথোরকখি, খুঞ্জাও ফাওদুনা চৎলিবা লম্বী অসি নেসনেল হায়ব্রে তাবা ফাওবা কোয়লাস থারনি, কোয়লাস থাবতা নত্তনা মতমগা চূননা লম্বীসু পাকথোক-চাউথোকহল্লনি। মীয়াম অদো খূবাক খূগদগী য়াম্না খৌরাংনা ঙাইরম্বদৌনা প্রোক প্রোক খূরকখি। ঙাইহাক্তংদি স্কুলগী হোলদো পূমনিন নিনখি। অতৈসু করি করিনো ময়াম অমা হায়রম্মি - চাওখৎ থৌরাংগী মতাংদা তোতি ঈশিং ফংহল্লনি, মৈ মরাঙ কায়না ফংহল্লনি, লাইরবা ইমুং খূদিংদা সরকারগী থবক অম-মম পীনবা তৌগনি। তিল্লিবা লৈবাক মীয়ামদো ফনা তোয়না খূবাক খূখি। ওজা অমদি ছাত্রশিংদসু পাউতাক কয়া হৈথরম্বা কাউখিদে - ওজানা লাইরিক ফজনা তম্বিগদবনি, ছাত্রনা ওজাবু ব্যভার তৌগদবনি, ওজাসু ছাত্রসু মতম মাঙহল্লোইদবনি, মতম নাইগদবনি অসিনচিংবা।

থৌরম লোইবগা অতোপ্পা মিটিং অমসু লৈরি হায়দুনা থীম্থবা তৌদনা মন্ত্রী লেঙখি। মন্ত্রীনা লেঙখ্রবা মতুংদা মী খরনা ঙাঙনহৌই - মন্ত্রী হায়বসিদি থবক চিনখ্রপোৎনি। খরা অমনা হায়নহৌই - ভাষণ ফাওবদি ফরেহে।

অদু ওইরসু হান্নগী মন্ত্রী পূকচাওব[illegible] [illegible] কোকচাওসিনা থবক খর্বদি তৌবক্কদবা মাল্লি।

এরা মন্ত্রীগী ৱাবু ! অয়ুক্কী নোংছৈ, হান্মেং ৱাইনবা অদুগা মন্ত্রীগী ভাষণ ৱা ওইনা লৌরুনু। চহী খর্বসিদা মন্ত্রীশিংনা হাউরলম শকপ্নবা মরামসে থবক ওইনা পাঙথোক্লবদবু লৈবাক অসি পূমলং লংললোইদ্রনে।

মন্ত্রীবু য়াবা কাঙবু ওইরমালে, তূমিন্না লৈবা যারক্কদুনা হায়বকই - হন্দক্কী মন্ত্রীসিদি হায়দোকখিবা ৱা শোইগন্দবনি, খর্বদি শোয়দনা তৌরক্কনি।

তশেংবসুনি, খুঞ্জাওসিদা মশক নাইবা থবক খর্বদি মন্ত্রীসু উৎনীংই। খুনসিগী মপান্ননি হায়বা য়াই মহাক্না হন্দক মায পাক্লকখিবসি, মথংগী ভোটকী ৱা খন্দবসু য়াদে। অদুবু খুঞ্জাওনিনা খুঞ্জাওগী হৌনবী মূম্মাক শাগে য়ামই, মীশীং য়ামই, ৱাখল্লোনসু অদুক্কী মতীক যামই। অদুনা হান্নগী মন্ত্রী পূকচাওগী মী খর্বদি অদুম লৈবি। করিগীবুদি লৈরোই। মহাক্কী মহী-মচুম থককি চাখিবশিংদো লোইনমক্তি তৌবিমল খণ্ডদবা মী নত্তেদনা। মখোয় খরা অদুদি হৌজিকসু মাগা ৱা তান্নরি, মানা কৌরকপদা মমৈ থাঙ্গৎতুনা চেল্লি।

মখোয় অসিননি থীন্দনা মথৌ অমা ওইনা শন্দোরকখিবদো - মন্ত্রীনি হায়দুনা ওইসু ওইরোইদবদা ৱাজাও পঙাঙতা ঙাঙলদুনা। প্রজা ঐখোয়বু অপঙবদৌনা মানা হায়রগা হেক্তা থাজরনি, 'সিনিনে।

অদুবু নোংমদি চাননা কৃন্নকখি মরী লৈনবা লোইশঙগী ইঞ্জিনিয়ার অমদি অঙম-অথৌশিং। লম্বীগী থবক হৌননবা অকূপ অতাই য়েংশিনবা লাকপনি, ঠিকাদারসু য়াওরকখি হায়।

মসিগী নোংম-নীনি লৈরগা মরী লৈনবা লোইশঙদা ৱাকৎ-চে অমা থুংলরখি। ৱারোলদি লম্বী পাকথোক-চাউথোকহনবদা ঐখোয় য়াদবা লৈতে, অদুবু মসিনা মরম ওইদুনা ইবুধৌ লৈশেম্বগী লাইশঙ অমদি মশাইকোনগী লম মচেৎ অমা ফাওবা শোকহনবদি য়ারোই।

ইবুধৌ লৈশেম্বগী লাইশঙ লৈরিবা অসিৱাইদনি লম্বীনা চেংশিল্লিবসি। লম্বী পাকথোক-চাউথোকহনবা তারবদি লাইশঙ অসি হোংদোক্কবা য়ারোই। লম্বী থৈদোক্কুনা পুবগীসু উপায় লৈতে, তুরেলগী খূনীংথেক অমনা অসিদগী হেঞ্জিল্লকপা য়ারোই হায়বগী মতাগুম মূক্কুনা লৈখ্রে। য়েন মঙকতৌনা চেংশিল্লিবা মফম অসি পাকথোকহন্দ্রবদি অতৈ মফমদা পাকথোকহনবগী অর্থ লৈতে। ইবুধৌ লৈশেম্বনবুদি কর্নিসু হায়পোৎ নত্তে, মচা-মনাই শাবা খরনা মূকপগী ৱানি। লাইনবু ৱা ঙাওব্রনে,

লাইনবু মরোন থোকপ্রনে ?

মতাং অসিগী তাঙ্গা লৌদুনা খূদাং তাখৎতুনা চোংথোরকখি কোইজম কৃষ্ণমণি লৈবাক ঈবাং শাগৎননবা। হন্দক লাক্কদৌরিবা পঞ্চায়েত খীখল অসিদা মহাক প্রধানগী মীবেপ ওইগে খল্লবনি, অদুনা ময়ামদা মশক মুন্না শঙহলহৌনবা খুদোংচাবসি লৌদবা য়াদে। খীন্দনা মাইক পায়দুনা কোয়লাউ লাউবা হৌবকখি - লম্বী শেম্বদা ইবুধৌগী লাইশঙ অমদি মশাইগোন খজিক্তং ফাওবা শোকপা য়ারোই। মীয়াম খোমদুনা লাইবুংদা মিটিং তৌবা হৌরকই। নোংম-নীনি নুংশাদা কোয়চেন চেনবদা কৃষ্ণমণিগী কৃষ্ণকুচুদো আফ্রিকাবোমদা কন্না নর্কশিল্লকখি। মাগী ময়াম্না খঙনবা মগুণ অমা লৈ, মাইক পাযবু পায়খ্রবদি নোং খোংদ্রিমখৈ থাদে। করেম-কথাইনদুনা মীবু হুন্দুনা ঙাঙবা যাম্না হৈ - ময়াম্না ইপোম মাল্লি হাযনৈ। মমিৎ শেপ্তুক তৌই, হেক য়েংবদবুদি খঙবপোৎ নত্তে, অদুবু মহাক মশানা ব্রা ঙাঙবা মতমদা খবা হেন্না শেপ্পনবা হোৎনৈ। শেপ্তুক তৌবা মমিৎ অদোমদা খূদোম্বী থিল্লগা লাউনা হায়রকই - উবিরেদনা ঐগী শেপ্তুক তৌবা মিৎ অসে। হায়নবিবদুনি, মিৎপু শেপ্লবদি থা-থা তৌরুনু। ময়াম্না চুম্না য়েংবদা উদবা পোৎ ঐগী শেপ্তুক তৌবা মিৎ অসিনা লোইনা উরিবনি। মন্ত্রী কোকচাওগী য়োৎকী গোদরেজদা লৈবিবা লীশিং চৎপিশিংসে কয়ানো খঙবিব্রা ? লাখ মর্ফুগা লীশিং হুমফুতরানি। হন্দক্তা ঠিকাদারদগী এডভান্স ওইনা লৌশিনখিবনি। অদুগা লম্বী পাকথোক-চাউথোকহল্লগা চেনগদৌরিবা বসকী পার্মিট অহুম পীবগী থবকসু লোইশিনখ্রবনি। কনা কনাগী মিংদনো খঙবিব্রা ? অমনা মন্ত্রীগী মেমসাহেবকী মিংদা, অনীশুবদুনা মেমসাহেবকী মনাওনুপীগী মিংদা অদুগা অহুমশুবদুনা, ঐবু হায়দোক্লসিবনে, হোয়দা হায়দোক্লগেদা - মাগী হায়নবীদুগী মিংদা। ময়ামদো ব্রা লাউনা নোকই, খূবাক প্রোক প্রোক খূই। অরোইবদা ঐনা হায়জগদবদি ইবুধৌগী লাইশঙ অমদি মশাইগোন অসি লম্বী শেম্বদা শম্না মফৈ অমা ফাওবা শোকহনবা য়ারোই হায়না লৈবাক মীয়াম লেপমিন্নসি। ময়াম অহুম্লক্তং লাউমিন্নসি - ইবুধৌগী লাইশঙ ... শোকপা য়ারোই। ইবুধৌগী লাইশঙ ... শোকপা য়ারোই। ইবুধৌগী মশাইগোনগী শক্তম ... কায়হনবা য়ারোই।

মহাক্কী মথংদা অতৈ কনা কনানোসু য়াম্না ঙাঙখি। ছাত্রগী লুচিংবনি হায়না মতম অমদা থা লাম্বগী মঙ মঙজরম্বা অমসু ব্রা ঙাঙখি, হায়খি - লম্বী শেম্বগী নামাদা মন্ত্রী কোকচাওনা লৈবাক্কী শেন-থুম লুট তৌরিবসিগী মতাংদা ঐ নৈনজররোই। ঐনা হায়জগদৌরিবসিদি হয়েং লম্বী পাকথোক-চাউথোকহল্লগা খুঙ্গংগী

ওইরক্কদৌরিবা ফিভম অদুগী মতাংদনি। লম্বী হেক পাকথোক- চাউথোকহনবগা অহিঙ নুংথিল নাইদনা বস ট্রক কয়া চেল্লক্কদৌরিবনি। মদুনা খুঙ্গং অসিগী অচিকপা থুগাইরক্কনি, নোইজ পোলিউসন থোকহনগনি। নোইজ পোলিউসন থোক্লবদি নাকোং মনুংগী পর্দা তৎকনি, না পঙগনি। অহন-লমনগীদি খরা ফগ্রে, পোকপতা ঙায়রিবা অঙাংশিংদি না পঙনা পোকপা য়াওরক্কদৌরিবনি। অদুনা আমেরিকাদদি মখোন থোকপা গাড়ি লম্বীদা চৎপা থিংগ্রে, হোরোন ফাওবা খোংবা থিংগ্রে। অদুগীসু মথক্তা, লম্বী পাকথোকহনবদা লম্বী মনাক্তা মৈহৌরোলদগী হৌরিবা লাইওইরবা উপাল-ৱাপাল কয়া য়াম্থৎকদৌরিবনি। মসিনা খুঙ্গংগী শক্তম কায়হনবতা নত্তনা মহৌশাগী খলসু কায়হল্লক্কনি। মসিবু ময়াম য়াবিনীংব্রনে ? খুম্বিয়ুনে। য়াদে য়াদে হায়না ময়াম্না খুম্মকই। মহাক্না মখা অমুক তাথরকই - খুঙ্গং অসিবু কোল্লিবা ইবুধৌ লৈশেম্বনি, লুখ্রবা লাইনি। লৈবাক-খুন্দা অহানবদগী লৈরক্লবা ইবুধৌগী খুভম অসিবু মন্ত্রীনা হোংদোক্কনি হায়রিনে। মসি হেক হোংদোকপদা লৈবাক কাংখোং চাইগনি, মীশি-মীনা কয়া থোক্কনি হায়বসি ময়াম শঙনবা ৱাফমনি। মসি ফাওবা খঙবা ঙমদ্রিবা মন্ত্রী কোকচাওগী কোক অসিবু করম্বা কোক্লো, করি হায়য়ে অমদো, অদু ঙাক্তনা থল্লবা জাৎলা ? ময়াম খূবাক প্রোক প্রোক খূরকই। অসিগুম্বা কোকচাও মন্ত্রীগী থৌশিল অসিবু ময়াম অসুম য়ারসিরনে হায়বিয়ুনে। য়ারোই য়ারোই হায়না ময়াম্না লাউরকই।

অসোমদা মন্ত্রীসু তৃমিন্না লৈথোক্তে। মাগী মীশিং কৌরগা করি করি তৌসিগে হায়না ৱা তান্নে। মখোয়সু লাইবুংদা মিটিং তৌই, মন্ত্রীনা হায়রকপদো ময়ামদা লাউথোকই - ইবুধৌগী লাইশঙ অসি হোংদোক্লগা অৱাংথংবা নাকন্দা হেন্না চাউবা হেন্না ফজবা অনৌবা শঙলেন অমা শাননবা শেনফম অমা তোঙান্না হাপলে। লাইবুংগী অকোয়বদা চেকপন খাননবা থৌরাংসু লৈরে। মন্ত্রীনা হায়রক্তবা ৱাফম খরসু লৈশি-লৈথোনগা লোয়ননা হায়। ভাবোক ময়াম খূবাক প্রোক প্রোক খূই।

অদুবু য়াদবা কাঙবুদি অদুম য়াদে। লৈকাই তরেৎকী ইমা-ইবেল কয়া খোমদুনা নুমিৎ তরেৎনি মথং মনাও নাইনা ধরনা ফমই। মখল মখল কয়াগী পোস্টর মফম কয়াদা থেৎলি - ইবুধৌ লৈশেম্বগী খূভম থুগাইবা য়ারোই, খুঙ্গংগী শক্তম কায়হনবা য়ারোই, খুঙ্গংগী অচিকপা থুগাইবা য়ারোই, কোক য়াওদবা মন্ত্রী কোকচাও ফম থাদোকউ।

মন্ত্রীগী থৌশিল শৌগৎপা কাঙবুসু তৃমিন্না লৈতে। মখোয়সু খুনকোক্তগী

খুন্দোন ফাওবা রেলি চৎলি, ধরনা তৌই, মফম কয়াদা পোস্টর কয়া থেৎলি - কাংপোৎ ষণগাড়িগী মতমদা ঐখোয়বু অসুম লৈরসিরা, ইবুধৌগী লাইশঙ অসিবু অদুঙৈদগী জিতঘনা কৃপ্লকপ্রা, চাওখৎপা তারবদি শক্তমসু খরা হোংবা মশানা তাবনি, প্রজানা য়াদদুনা মায়থীহৌরবা পূকচাওগী হিগায়ব্বাদা প্রজাশিং লম্মুক্ৰবিগনু।

মথৌ চিন্নরমখ্রবা খুঞ্জাশিং থবক শূগনি হায়বা কাউনখ্রে। ধরনা, রেলি, মিটিংদনা হেন্না থব্বায় য়াওনবগুম তৌখ্রে। স্কুল ফাওবা বন্দনি হায়দুনা য়াম্না তোয়না থোঙ লোনশিল্লক্লে। ঈরাং নোংমা নোংমগী হেনগৎলকই, নাকন অনীমক হন্নবা লৈতে।

চৈরক অসিদা মন্ত্রী কোকচাওগী কাঙবুদসু প্রধানগী মঙ মঙবা লুচিংবা অমা ফাওগৎলকই - অহস্থেমগী অথৌবা। মাগী অশেংবা মমিংবুদি বীর কৌবনি। অদুবু করিগীনো খঙদে মমা-মপানা থোনবিবা মিংদো ওস্থোক্তুনা অথৌবা কৌরে হায়না হাকুম খবরদা ফোঙদোকখি। অদুতা নত্তনা সুট-টাই তৌরম্বা মানা হন্দক্তা খাদিগী কুর্তা-পায়জামাদা দীক্ষা লৌবদৌনা তৌখ্রে। মিংগা ফিজেৎকা হোংলগা ভোট হেক্তা কাবা জাৎলা ? মসিনা অচুম্বা ওইরবদি অথৌবা ভোট কাবা শোয়দে।

য়াম্নবুদি শিংই হায়বা তাই মহাক অসে। নোংমা মহাক্লা অরাপ্পদগী মাইবা-মাইবী কৌদুনা ইবুধৌগী লাইবুংদা লাইমাঙ ফমহল্লি। মাইবীদো লাই কন্না তোংখি, খোয়ুম মপাউ তম্লকখি - নবুধৌ ঐদি ইচা ইনাইশিংনা তৌনরিবসি উবদা পূক্লিং য়াম্না খোয়রাং খোয়শাওনরে। লৈবাক্কী চাকহোংনবা ঙাহোংনবা তৌবদা, খুঞ্জাওনবা লৈজাওনবা তৌবদা অয়েৎপা পীরিবা ইচা-ইনাইশা নখোয়সে পঙঙিদকো।

অতৈসু করি করিনো ফাওরকখি হায়।

হান্নগী মন্ত্রী পূকচাওগী কাঙবুসু অতোপ্পা মাইবা মাইবী কৌরগা ইবুধৌগী লাইবুংদা লাইমাঙ ফমহন্নবা থৌরাং তৌরকই। মরমদি মখোয়সু খঙই, অতোপ্পা কাঙবুনা মাইবা মাইবীদা করিনো য়াই অমা থাদুনা লাইফাও অদো ফাওহনখিবনি।

ঈরাংগী ফিবম অসি য়াম্না ফৎচিল্লক্লে। কোক্কাই লুকাইনবা ঈমু-নাইমু তানবা য়াবগী ফিবম য়ৌরক্লে। লো এণ্ড ওর্ডর কন্ট্রোল তৌবা ঙমশিল্লক্লোইদৌরে। মরী লৈনবা অঙম অথৌশিং ব্রা-তান্নে - ধারা ১৪৪ জারিবনা চুমগদৌরিব্রা ?

ভোট কাহৌদবা পূকচাওনা খল্লকই, ঈরাং অসিনা মরম ওইদুনা কোক্কাই-লুকাইনরদি নুংঙাইখ্রনিদা - অদু ওইরবদি সরকার মরাইনা কায়জরনি, অদুদগী ভোট অমুক। অয়ুক নুংথিলদা ফাওবা মমিৎ পাঙনা পাঙনা মঙ মঙবা

হৌরকই। অদুবু মঙনা অমনি, তাইবঙনা অমনি। পূকচাওগী মঙলান অদো নোংমদি অহিঙ অমা খংপ্রেক খংনা মঙলৈবাক্তগী ওন্থদুনা মিংশেন্না লৈমায়দা তারগা কায়বদৌনা পুংচাই চাইখি।

কালেন লোইরমদাইগী অহিঙ অদো ইখঙ খঙহৌদনা নোংলৈ নুংশিৎ কন্না লাকখি, অখাক-অরাওসু য়াওরকখি। উরু-রু লৈশিন্দুনা শিৎপা নোংলৈ-নুংশিৎকী উ-উ মখোল মরক্তা মায়কৈ মরি অকিবা ফংনা দোং-দাং কোক-কাক প্রোক-প্রাক শ্রেং-শ্রাংনা পূমনিল নিনখি। ইস ইস করি মতৌনো তৌরিসিদি হায়না মহৈ মহৈ নুংশাসোর থিংনা খাঙনখি। য়ূম-কৈ উপাল-ব্রাপাল ময়াম অমা শোয়দনা তেক্লম্বা তারে হায়দুনা নুংশা থীনখি।

হায়গুম্মদনা নোংঙানবগা ব্রা-ব্রা লাউনরকখি - শগোলশেমগী শঙ্গোই, অদুগা সাপমগী শঙ্গোল থুদেক্লমলে - অতৈ কনা কনাগীনোসু তেক্লবা য়াম্না য়াওমাল্লে। থোকচোমগী থোঙ্গালদা হৌবা লাইওইরবা খোংনাং পাম্বী অদুসু মরা য়াওনা ফুক্তৎলম্মে। অদুগা ইবুধৌগী লাইশঙসু উজাউ অনীনা নন্দুনা শুর্নবর্ন শারল্লে।

পাউ তাবদা খুঞ্জাশিং অয়াম্বা ইবুধৌগী লাইশঙলোমদা হাইগৎনরকই। নুমিৎ মাঙ্গোন ময়াই য়ৌবগী অদুব্রাইদা মী ফনা য়াম্না তিল্লে। ময়াম য়েংনৈ তৌরমলিবা মতৌদো। মহৈ মহৈ মানা মানা থোকপা ঙাঙনৈ।

- উজাউ অনীসিবু তেকথফম মায়কৈ লৈখিদ্রবদুমঙাই, ইবুধৌগী লাইশঙদা হৌনদুনা পুল্লপ ননশিল্লিবসিবু।

- মশাগী ময়ূম ফাওবা কনবা ঙমদবা লাইবু লাইনি হায়দুনা ...। পাখং মচা খরনা করেম কথাইনরকই।

খুনগী মৈরা পায়বী খরসু উই। মখোয় মশেন ঙাঙনৈ - ইবুধৌসে অরায়বকাদি নত্তেকো। নহানমখৈ ভাব তানদবা য়াওবদো হন্দক্তি পূংশেং শেংলে। ইবুধৌ মশামক্লা ফোঙদোকপিরেদনসে।

মৈরা পায়বীগী প্রসিডেন্টনা হায়রকই - ইবেম্মা সুবদনী, অদুদি হোরেন মিটিং তৌননবা ময়ামদা অমুক্তা লাউথোকউ।

সেক্রেটরিদো নোংগৌবীনা নোং ঙাইবগুম ঙসাইদগী ঙাইদুনা লৈরম্বা মাল্লি, খুদক্তা ময়েক শেংনা লাউথোরকই - ময়াম তাবিয়ু। হোরেন নুমিদাং মিটিং তৌজগনি। ময়াম অমত্তা চিখদনা লাকপিয়ু। ইবুধৌগী লাইশঙগী মতাংদা অরোইবা ব্রারেপ অমা লৌনবা খন্নসি। হৌজিক্তি য়েৎননীংঙাইসু থোইনা লৈত্রে, ইবুধৌ

মশামক্না শঙলেনগী মফম হোংদোকপা য়ারে হায়না ময়েক শেংনা তাকপিরেদনসে।

ময়াম অদো খুবাক প্রোক প্রোক খূরকই। করিগী খূরিবনো হায়বদুদি কনাসু থোইনা খল্লুদবগুম তৌই, হোরেন তৌগদৌরিবা মিটিংগী ব্নারেপ অদুগী ওইনা খঙহৌদনা খূবা মাল্লি।

পাখংমচা খরনা ঙাঙনৈ -

- ঐখোয়তা নত্তে, লাই ফাওবা চাওখৎপা পামই। চাওখৎপা হায়রিসে অহোংবা য়াওদনা য়াপোৎ নত্তে। উরেদনা তৌরিসে।

- মসিদবু হোংবা য়ারোই, শক্তম কায়হনবা য়ারোই-ককা হায়দুনা ...।

- খ্বাইরম্বন নুপী কৈথেল হৌজিক শীদোক্তুনা শাগদৌরেদনসে। কয়া কুইননো ইমাইবেনশিংনা কৈথেলগী শক্তম থুগাইবা য়ারোই হায়না থিংদুনা থল্লম্মিবা!

মখোয়না ঙাঙন-শক্নরিবদো অহন খরনা তায়। ঙাঙনরিবা ব্নাফমশিংদো খরনা য়ানীংদবগুম তৌই, অদুবু মচীন থোকপদি ঙমদে। ❑

[২০০৩]

# পুন্সি অমনা শিথম্নখিবা

– ঐদি নহান্না হায়জবদুনি অঙাংসে থম্মরোইসি, নোংমা নৎত্রগা নোংমদি শোয়দনা দশা তানি। ইমুংসিদা লৈবা পোৎপু মানা লৌদনা কনানা লৌদোরিনো ? লুট চঙবসু নত্তে, শগুন তৌবসু নত্তে। অদুগা কয়াম শাথীনা মনম কনশ্লবনো হায়বা, লৌদে-ককা হায়দুনা শীখাং খাঙবা শারি। মঙন অসি হেক খোক্তোক্লগা খঙগদবনি।

থম্বালসনা মথবায় প্রোক প্রোক চাকই। খজিক খরাক্না শাবা নেকলেস নত্তে, সনা মোহোর মঙা-মখায়না শাবনি মণিপুরগী হায়নরিবা কাংঙবম কালিমোহনগী কোনশঙদা। ময়াম্না য়েংনরিবনি। অদুগা কয়াদা লায়না মাঙখ্রবনো ! মানা লৌদনা কনানা লৌদৌরিনো ! মহাভারতকী ৱারীদা খাগুববোন মৈ চাকপগী মৈশা অদুমঙাই থম্বালসনাদো।

মপূরোইবা গোপালসু লুপা লীশিং নীফু-য়াংখৈ পীবা পোৎ অদুমা মাঙখিবদুদা মথবায় নুংঙাইতে। অদুবু থম্বালসনাদৌনা প্রোক প্রোক চাক্লনা খাঙবা ঙমদবদুদি নত্তে। অঙাংদুবু থেম্বা অমদি ধমকা তৌবা নত্তনা ফূ-চৈবদি তৌদে। মপূরোইবগী মতৌ অদুদা থম্বালসনাগী প্রোক প্রোক চাকপদো হেঙ্গৎলকই - নত্তে, ঐনা হায়বদি অসুক মনম কনশ্লবা অঙাংসিদা মশা নাম্ল-নাম্লগা হায়বনদি হায়দোরক্কদরা হায়বা !

- সনা, ঐখোয়গী হূমাংমল নত্তদুনা মাঙলিবনি।

মপূরোইবগী ৱাহৈদুনা চাক্লিবা মৈদা ঘি হৈজিনবা ওইনা থোকখি। প্রোক প্রোক চাক্লিবা অদুগী মৈরী মপূরোইবরোমদা কাপশিল্লকই - নঙগী অদুগৈগী কমিউনিস্টকী নুংশিৎ অদো অমুক কাঙলক্লব্রা ? মদুগী নুংশিৎ অদুননিনে নহানমখৈ মী ওইবা ঙম্লমদ্রিবসে। খঙলেদনা ? শাউরক্লবদি থম্বালসনা ৱা ঙাঙবদা বজ্রগী মওংনি।

ছাত্র ওইরিঙৈদা কমিউনিস্টকী ছাত্র নহারোলগী সংস্থানদা য়াওদুনা আন্দোলন কয়া য়াওরকখি গোপাল। অদুনা থবক তৌরবা মতুং ফনা কুইরবা ফাওবা কমিউনিস্ট থিওরিনা তম্বিবা অচুম-অরান অফ-ফত্তগী ৱাখল অদো মঙোন্দা লৈরকখি। থম্বালসনানা মদু কোক্লনবা ফনা কন্না লাক্লরকখিবনি। মহে ইয়ানমক

য়াম্দবদি নত্তে। অদুবু অঙাঙবা মচু অদু পূমকোক কোকপদি নৎত্রি। মাঙখ্রিবা লিক অসি ঠিকাদার অমনা ঠিকাগী বিল কায়বগী মতাংদা পীরকখিবা শেনফম অমনা শাখিবনি। অদুনা গোপালগী মপৃক্লিংদা অরানবা থবক অমা তৌখিবগী তিংখং অমনা মরক মরক্তা চক্চক্ থিনবগুম হৌজিকসু তৌরি।

- অদুনদি য়ারোই। নঙগী কমিউনিস্টকী চৎনবা য়াদ্রবা রাখল্লোন অদুনদি মী ওইবা য়ারোই। থম্বালসনা মখা চত্থরকই। চীন্না হায়বখক্তনদি পেনবা য়াদবনিনা মনাক্তা তারিবা লীচৈ অদু অমুক পায়খৎতুনা নুপামচাদুদা ওনশিল্লি অমুক্কা ফৎফৎ কনবা হৌরকই - হায়য়ু, নচীন চুম্মু, নৎত্রবদি নঙ ঙসি হাৎতোক্কনি।

কৃষ্ণমণি ফ্রুং ফ্রুং চোংদুনা খাঙই, মপি জর-জব শিন্থে, কপ্পা কপ্পা হায়জে - ইমাশি, ঐ লৌজদে, তশেংনা ঐ লৌজদে।

অঙাংদুগী মতৌদু য়েংবা ঙম্লক্তদুনা গোপালনা হায়রকই - সনা, নঙগীদুবু হেঞ্জিনমল্লেকো, অদুক শাগীনা ঈ-নাই তানা ফৃবি- চৈবিগদগী শকুক পামদ্রগা ময়ূমদা কোক থিনবিগ্রগা লোইরে। অঙাংদুসু মীনিনে। মরাইবক থীদুনা লাইর-ইমুংদা পোক্লবদগী মীগী ময়ূমদা থবক-ইনখাং শৃদুনা লৈররিবনি। নুংঙাইয়াইফবা ইমুংদা পোক্লম্লবদি নঙ-ঐগী ইচানা তৌরিবা অসুম হায়না লাইরিক-লাইশু তমদুনা শান্নখোৎনদুনা লৈবা মতম্লি।

- ইমাইপেমা, বিষ্ণু বিষ্ণু, ঐগী ইচা মণিমতৃমগা মীনাইমচাসিগা চাংদম্নরিবা ! ও, অদুদি মাসু নুংঙাই-য়াইফবা ইমুং থিদুনা পোক্লকপা কৈদৌরি হায়গে ? ইস্, বিষ্ণু বিষ্ণু, কয়াদা ঙমখ্রবনো মপা অমা ওইনা মচাবু অসুম হায়না খনবা ঙম্লিবসে। থাঙ শাফমদা য়োৎ ঈক্লবা লৈরংদগী মৈরী ফ্রুং-ফ্রুং কামথোবকপা অদুম হায়না থম্বালসনাগী হকচাং পৃম্বদগী মৈরী ফ্রুং-ফ্রুং কামথোবকই।

ফিভমদুদা গোপাল তৃমিন লৈবা নত্তনা উপায় লৈখিদ্রে। মখা তাথরুরবদি থম্বালসনাদা মথৌ শঙবা ওইনা থোক্লগনি। ঙাইহাক লৈবগা মৈশাদো খরা নেমথরবা মতুংদা গোপালনা মাগী কাদা অঙাংদুবু মনাক্তা কৌশিল্লগা থেমদুনা য়েংই।

- য়েংউ, কৃষ্ণমণি, নঙনা লৌবা ওইরগদি তশেংনা হায়দোকউ। করিসু তৌবিরোই। নৎত্রগদি থানাদা তাকপা তারে - পুন্সি চুপ্পা ফাদোক তাজনি, খঙলেদনা। ঐগী থানা-মরূপ অচৌ-অচৌবশিংদো নঙ খঙঙিদনা।

- তশেংবনি পাবুং, ঐ লৌজদে।

- য়েংঙু, অঙাং পিশক পিক্লিঙৈদগী নঙ য়ূমসিদা লৈরকপনি। নঙবু থাজদুনা

য়ুমগী চুম-শো ফাওবা নঙোন্দা শীন্নরিবনি। অদুগা নঙনা ঐখোয়বু অসুম হায়না নমথাক তৌবসিদি।

- পাবুং, তশেংনা হায়জরিসিনি ঐ লৌজদে। পাবুংহোয়দা ঐ নমথাক তৌজদে।

মহাক্না নমথাক তৌগনি হায়বসি গোপালসু থাজদে। মসি মহাক্কী মীবু হেক্তা থাজগনবা থম্মোয়গী অশোনবা অমা লৈরিবদুনা ওইরিগদ্রদি খণ্ডদে। থম্বালসনানদি মসি মহাক্কী থম্মোয়গী লায়না অমনি হায়না করেমনৈ। অমবু ওইরসু অমবু ওইরসু পিশক পীক্লিঙৈদগী হৌনা চহী তরেৎ-নিপান য়ুমসিদা লৈমিন্নরক্লবা অঙাং অমনা নমথাক তৌগনি হায়বসিদি মহাক্কী থম্মোয়না থাজবা ঙমদে।

য়ুমসিদা অহানবা লাকপা মতমদুদা কৃষ্ণমণি চহী তরেৎ-নিপানমুক্তং ঙায়রমখিগনি। মতৈ-মনাওমক থবক কাবদুদা য়ুমগী ব্রাইশিৎ-ব্রাইরমদা খজিক্তংবু মতেঙ পাংলবদি হায়দুনা খাংঙবোক্কী থুমোক-তাইরুক-কৌনাফক য়োনবী ইবেনীদা কন্না হায়বদগী মহাক্না থিবিরকপনি। মপা অদো লৈখিদ্রে হায়। নোংমা নুমিদাং খুৎলায় পায়বা নুপামচা অনী লাক্লগা ময়ুমদগী কৌথোক্লগা মকোক্তা কাপ্তুনা হাৎলম্বনি। করম্বা কাঙবুনা করিগীদমক্তা হাৎলমলিবনো হায়বদুদি কনামতনা শেংদোরকখিদে। মমা অদো ময়ুম অমুক পানখ্রে। অদুনা মবোক্লা য়োকপা তাখি। অদুবু মবোক হনুবী অদুনা ফনা লুনা তৌজরবসু চাক মবুক থন্না নোংমতা পীজবদি ঙমদে। অদুনা ইম্ফালগী নুংঙাইরবা ইমুং অমনা মশূ অদুবু থমজগে হায়না হায়রকপদা মবোক অদো হরাও হরাও য়ারকখি। ফরসু ফৎত্রবসু নোংমগী চাক চরা অনী মবুক থন্না ফাওবদি চাবা ফংগনিদনা। মফি-মরোলসু থোনবিগনি হায়রি, অদুগীসু মথক্তা থা-থাগী লুপা চনী-চনী। ইবেনীগা লোয়ননা মশূ অদু পুদুনা লাকখি হনুবী অদুনা। মশূ অদো থল্লমলগা চৎলমদাইদা মপি তৈথোক তৈথোক্লা হায়রম্মী - সনাইবেম্মা, নচামকনি খন্না লুনা তৌবিয়ুকো ইশূসে।

অহানবদা মাবু উবদা মখোয়গীদা কোয়বা লাকপা মরূপ-মপাংশিংনা লক্লবা য়াওখি - কদায়দগী থিদুনা পুরক্লিবনো উতিনমচা অসিবু, করিবু কান্নগদৌরিবনো ?

তশেংবসুনি, অহানবা লাকপগী অদুব্রাইদা য়াম্না পঙগদবা, করিমতা হৈরোইদবা মাল্লম্মী। অদুবু থা খরা মতুংদগীদি খংশিং শিংগৎলকপদৌনা তৌরকখি, মথুন-ময়া য়াংলদুনা থবক পোরম ফজনা খঙলকখি। ব্রাইশিৎ-ব্রাইরম তৌবা, কোল্লিক ফেঙবা, ফিরোল শূবা মঙোন্দা অনীরক হন্না তাক্লিংঙাই ওইখিদে। ইমুংগী

কদায়দা করি লৈবা ফাওবা ফজনা খঙলকখি। স্কুলদা অঙাং থিনবসু মহাক্লা। অঙাংদুনমা নিংঙাই তৌদুনা কপ্পগা মমানা থেম্বদা য়াদে, মহাক্লা থেম্লগা য়াই।

মঙোন্দা লোইনা শিন্নবদৌনা তৌবদো উবদা থম্বালসনাগী মমান্নবী অমনা নোংমা হায়খি - য়াম্না হেন্না থাজরুনুকো। হূইনাও মচাবু লুনা তৌরদি লৈতোন লেকই হায়নবা লৈবদুনি। মীনাইদা লোইনা শিন্নথোক্লবদি নোংমা নৎত্রগা নোংমদি দশা তাজনি।

হায়গুম্লদুনা মতম খরা মতুংদা মদুমক থোকখি হায়বা য়াই। নোংমা থম্বালসনানা নুমিদাংৱাইরম ওফিসতগী হল্লক্লগা চা-মনা লৈতে হায়দুনা কৃষ্ণমণিদা মখোয়গী একাগাড়ি অমনবা অদু পীদুনা খ্বাইরম্বনদগী চা-মনা অফবা পেকেট অমত্তং থুনা লৈরুচো হায়দুনা থাখি। একাগাড়ি থৌবা হৈরকপগী থৌনীংবনা মরেং মরেং চৎলকপা মতাং অদুদা একাগাড়ি পুদুনা চৎলু হায়না থৌদারকপবুদি য়োংদা লফোই পীবা ওইনা থোকখি।

অদুবু ঙাইহাক্তদা মিনিট তরারোমগী মনুংদা হল্লক্কদবদো ফনা কুইরবা ফাওবা হল্লকপা লৈখিদে। পৃংখায় অমা হৌখি, পৃং অমা হৌখি, অদুদগী পৃং অনী। করিবু করি তৌরবা, থম্বাসনা খনফম থোকখিদে। হৈত-হৈতনা থৌবদা মীগা থেঙ্গাইনরবা জাৎলা? ইস ! অশি-অনা থোক্লবদি কমদৌবা ! গোপালসু হল্লক্লগা পাউদো তাবদা করি তৌগদবা খঙখিদে।

মহাক হন্দি হল্লকখি নুমিদাং পৃং নিপালগী অদুৱাইদা মশা ইচোক চোকথনা, মতু ইতুক তুকথনা, একাগাড়িদি য়াওবকখিদে।

- করি তৌরে, একাগাড়িদি ?

মরাল লৈরবা মী অমগুম মখোল তনিক তনিক্লা খুন্নকখি - মাঙখ্রে, ঐনা দুকান্দা চঙলগা থোরকপদা একাগাড়িদো লৈরমদ্রে। থিবা হৌনবমখৈ থিরে, ফংদ্রে।

থম্বালসনা খঙনীং নীংশিংলকই মহাক্কী মরূপ অমনা নোংমা হায়খিবদো - মীনাইদা য়াম্না কন্না থাজরুনুকো, নোংমা নৎত্রগা নোংমদি দশা তাজনি। একাগাড়ি অদো মাঙলমগনি হায়বা থম্বালসনা থাজদে। শোয়দনা কনাদনো য়োম্থোক্লমগনি নৎত্রগা মপা অতোম্বা অদুগা থেংনদুনা মহাক্লা নমদুনা লৌহৌররিনি।

থা খরা অসি মপা অতোম্বা অদুগা মমাগা মরক মরক্তা মচাগী থাগী তোলোব লৌবা লাকখিবনি। মবোক্তা মখোয়না থোকপা খরা পীগনি হায়দুনা খুরুম্বও খারম্বও তৌদুনা পুখি। মপা অতোম্বদু নাতৈ চারমগদবদি মান্দে।

থম্বালসনাসু লেম্না তোক্কদবা নুপীদি নত্তে। কৃষ্ণমণিগী তোলোবতগী

থা-থাগী লুপা য়াংখৈ-য়াংখৈ চহী অমা ককখি। থৌনা থোক্লা হায়বা ঙমজদবা গোপালনা মুকুম মুকুম শোনখি - সনা, নঙগীসে হেন্দি হেঞ্জিনমল্লেকো। নঙনা থৌদাবদা মাঙখিবা একাগাড়ি অমনবা অদুগী মমল অঙাং অসিগী তোলোবতগী ককপা তারবদি ঐনা থবক চৎপদা নহারোলনা মুনখিবা সরকারগী জিপসি অদুগী মমল ঐগী তোলোপতগী ককপা তারিব্রা?

থম্বালসনা তারসু তাশিন্নখিদে।

চহী অমা-অনী মতুংদা অমুকসু থম্বালসনাগী খুদোপ অমা মাঙদুনা নুমিৎ চুপ্পা কোইথি থিনখি। নোংঙাল্লগা কোন ফেংফমদা তারম্মী হায়দুনা কৃষ্ণমণিনা ফংলকখি।

অদুবু হন্দক্কী অসিমদি ফংঙে হায়দুনা পীরকপগী ব্রা লৈতে। লিক অদুগী মমল অদু কৃষ্ণমণি শোয়দনা খঙই। মখোয়গুম্না লাইরবশিংগীদি হৌদোকপা য়াবা শেনফমনি।

অদুবু লৌদে হায়দুনা শিখাং খাঙলিবনিনা করিনো তৌগদবা। মতৈ-মনাও তান্নবমখৈ তানরগা ময়ূমদা চৎহনখিবনা ফরে খল্লে।

- ফরে নয়ূমদা চৎলো। অদুগনে মসিমদি হায়বিগে, ঐখোয়বু নমথাক তৌবসিদিনে নপুন্সি চুপ্পা নুংঙাইবা ফংলোইকো।

মপি তানা তানা কৃষ্ণমণি গোপালগা থম্বালসনাগদা খুকমই। অদুদগী মহাক্লা লুনা তৌজবা নুপামচা অতোম্বদুদা মুন্না য়েংজৈ।

- তা-মণি নঙ কদায় চৎকদৌরিবনো, ঐসু লাক্কে হায়না মনাক্তা চঙশিল্লকখি। করিমত্তা খুন্নমদনা কৃষ্ণমণি মপি তৈথোক তৈথোক্লা থোকখি।

নুমিৎ তরানিমুক মতুংদনি। থম্বালসনানা মপূরোইবদা হরাও হরাওনা তমই - মোয় পাবুং, লৈরম্মে লিক অদো। উপু মনুংদা ফিরোল মরক্তা য়েৎশিন্দুনা লৈরম্মে। কোম্বিং ওপরেসন তৌনি হায়না নিংফুং নিংফুং ঙাঙনরকপা মতাং অদুদা পাখৎমনখিদুনা লিক-কোন পূম্নমক লোত্তুনা থম্নবা হোৎনবদা কদায়দা করি থমখিবা কাউথোকখিবা জাৎনি।

- ওম্ভোকপনিদা মরাল লৈজদবা অঙাংদুদা ঐখোয়না কয়াদা থীনা তৌবিখ্রবা !

নোংমা-নিনি মতুংদা পিওন্না চিঠি অমা পীরখি। হাংদোক্তুনা য়েংই। হৈবোই-হৈতবোই ইবনি। গোপালনা শাজিন-শাজিন্দুনা পায় -

“পাবুং অমদি ইমাশিদা খুরুমজখিবনি। ঐগী ইরাল পূম্নমক ঙাকপিয়ু। ঐনা

করিগুম্বদা নমথাক তৌখিবা লৈরবসু ঙাকপিয়ু। ঐবু লুনা চান্না য়োকপিরকপগী লমন মপোকসিদা শিংবা ঙমগনি থাজদে। হয়েংমুক্কী মপোক্তদি শিংবা ঙম্বা ওইজগে। - তোম্লবদগী তোম্লবা কৃষ্ণমণি।”

চম্লবা ব্রাহে খরসিনা মখোয়দা তাশোন ওইনা থোক্লখি, থীন্দনা গাড়িদা কাখৎতুনা খাংঙবোক পাংলকখি। কৃষ্ণমণিখোয়গী থোঙ্গাল মপা য়ৌরমদাইদা কন্নাগীনো মী ময়াম পোৎলোইরম্মি। হংলুবদা লৈকাইগী নুপী অমনা তম্লকই - মশূ মবেনতা লৈজবনি। মশূ অদো লৈত্রে। ইম্ফালদা মানা লৈরুবা ইমুংদুগী নুপীদুনা সনা হূরাল্লি হায়দুনা য়াম্না থীনা ফূ-চৈদুনা তৌরকখিমাল্লে, মদুদা মকোক শোক্লকখি হায়ববা হার্ট শোক্লকখি হায়বরা করিনো মদুদগী মশা খংশোন শোনজিনখিবতা নত্তনা মথরায়সু য়াম্না নুংঙাইতনা উখি। য়াম্না মরম্মোকপা নুংশিত্রবা অঙাংনি। শেনথুম লৈতবনিনা মশা লায়েংবসু ঙমখিদে। অসোমদনা থবক শূদ্রবদি চানীংঙাই থক্লীংঙাই লৈতবনিনা লৈকাইসিদা লৈবা উগী মিলদা থবক য়াওজগে হায়দুনা ঙসি অয়ুক চঙবনি, অদুগা চঙখিবগা ইকান-কান্নদনা উনা নন্দুনা লৈখিদবনি।

নুপীদুগী ব্রাহেশিংদুনা তুম্লবা তেনজিন অম-মম ওইদুনা মখোয় অনীগী মশা পূম্বদা চক্চক্ থিল্লে।

মতৈ-মনাও মরাল লৈরবা মীদৌনা চপ লেপতুনা পোৎলোইবগী চাক্লিবা মৈবী অদোমদা মুন্না যেংদুনা লৈরকখি। খল্লকই, মখোয়না মহাকপু লান্না লৌরমদ্রবদি নৌবিবা পুন্সি অসি পিখম্নরমলোইদবনিকো। থম্মোয় কল্লবা থম্বালসনাগী থম্মোয়দা অশোনবা কাচিন অমদি লৈমাল্লে, খঙহৌদনা মিৎলু অনী পিরাংনা থুক্কৎলকখি। আনোক লৌথোক্তুনা গোপালসু মিৎলু অনী রুমালনা তেথোকখি। ❑

[২০০৩]

# কৈনা চারমগদবা খজিত্তা ঙায়রম্মী

[মঙগা তাইবঙগা কদায় ফাওবা মরী লৈনবগে হায়বদুদি খঙদে, অদুবু মরী লৈনদবদি নত্তে। মঙ খবনা নোংঙানবগা কাউখি, খরনা ফনা কুইনা নীংশিংদুনা লৈ। মঙগী য়াবী মীঙোন্দা লীনিংবসিসু মীওইবগী মহৌশা অমনি। অদুনা করি করিগুম্বা মতমদা মঙগী য়াবী ইশিন্দুনা থমখিবসু য়াওই। য়ারীমচা অসি মঙগী য়ারীনা অইবা ওইনা পুথাকপা যাত্রা হায়বগী চাংয়েং অমনি। ]

**নোং** থিৎলি থিৎলি তাবগুম তৌখি। মিটিং অদো চীং ওই মান ওই তৌবা মফম অমদা পাঙথোকখি। মিটিং লোইরগা হোলদগী থোক্লককপদা মী অয়াম্বা চৎনরমলে - মানা মানা থোকপা একাগাড়িদা খরা স্কুটরদা খরা, মনীংদা অম-মম হাপ্তুনা। লম্বীদা ঈশিং তুংলি তুংলি তৌরি। থোনবা কুইদ্রিবা লৈঙাংগী লৈনাংনা ফনা ফজনা নানবগুমসু তৌই। ঐ ইতোমদা ঙায়হৌরে, ঐবু কনানসু য়েংবিরমদ্রে, কনানসু হংবিরমদ্রে।

নুমিৎ তাশিল্লক্কদৌরে, মমশিল্লক্লে। ইতোমতা করিনো খনফম থোরক্লে। অদুবু অসুম লৈবনদি য়াদ্রে। জয় কৃষ্ণ, থোক্লবা অমা লাকপা হায়দুনি খন্দুনা খোঙ থাংলক্লে। সেকমাই তান্না খোঙনা কুমথখ্রগা গাড়ি ফাবা য়াগনি। চীং লম্বীসিদা অমুক অনীরকসু চৎখ্রবনি।

খরা চৎলগদি শিলোংগী উচান পাম্বী মরক্তা থেক্ল-খোয়না কুমথবা লম্বীদো মাল্লকই। লম্বী চপ যুংথবদৌনা তৌবসু য়াওরকই। নুমিৎসু প্রপ প্রপ তাশিল্লক্লে, ঐসু প্রপ প্রপ চেনবোই লাকপোই তৌদুনা কুমথৈ। খরা চৎলগা লমলোং অমা লৈরম্মী, লম্বী অমনা নোংপোক ওইরপনা চৎখ্রি অমনা নোংচুপ ওইরপনা। করম্বা লম্বীদনো ঐনা চৎকদৌরিবসিনা, হাইফেৎ চম্মমনৈ। হান্না অমুক অনীরক চৎখ্রবসু অচুম্বা লম্বীদো করম্বনো হায়বা ভাব তাদ্রে। কুইনা য়াখল তৌবগী মতম লৈতে। নোংপোকলোমগীসিনা চুমগদবা মাল্লিদা খন্দুনা, জয় কৃষ্ণ হায়দুনা অদুম কুমথরে। চেনবোই লাকপোই তৌদুনা কুমথরি। লম্বীদো ঙমথবসু হেল্লক্লে। তাঞ্জাদুদা অয়াংবা চীংদোন্দগী ঙুং ঙুং ঙংলকপা মখোল অমনা নাকোংদা শীংজানা য়ৈবগুম

য়ৈরকই। হকচাং পূম্বা শ্বাই লাউখি, মিহুন চেনগুম চেনগাইরকখি। তুংলোমদা য়েংথোকখিবদা অমম্বা অশোঙবা চীংথক্তুদা মমি-শামি ওইনা উরে - কৈজাউ অমা। ঐবু উবদনি চরাম্লনা ঙংলক্লিবসি। অব্রাংবা চীংথক্তুদগী অশোংবা উমং-ব্রামং মরক অদুদা ঐবু তম্লা তান্নরকপগুম তৌরি। ঐ থব্রায় খুৎতা হাপতুনা ঙমজবমখৈ থাদুনা অঙম্বা লম্বীদুদা চেম্থুরি। কৈজাও অদুনা অসুম অসুম নকশিল্লকপগুম তৌরি। মানা অমু-মুক চোংবদা অসুক য়াম্লা নকশিল্লকই হায়বদো খঙবা ঙমই, উমং-ব্রামং থোক থোক নোমই। মানা অমু-মুক ঙংলকপদা চীংশাং অদো থক থক নীকই, ঐগী থব্রায় মিহুন্না চেঙ খৈবদৌনা খৈ।

শিবগা চঙবগগী মিৎকূপ অমা ফাওবা খেন্নবা লৈরক্রুবা মতাং অদুদা ঐগী লৈজবা পাঙ্গল থাদুনা চেনবোই চোংথবোই চেম্থুরে। হিংবু হিংঙু হায়রবদি, ঙাইহাক লৈরগা চীংমীশিংগী খুঙ্গং মচা অমা থেংনরে। য়ূমশিং অদো পীক্তক পীক্তক তৌজরবসু চেক্লা মওং তানা শাবসু য়াওই।

নুমিদাংগী অমম্বদুদা অহানবা থেংনবা য়ূম অদুমক্তদা চঙলে। ঐ ইম্ফাল চৎকদবনি, লম্বী লম্মুক্লরে হায়দুনা নুপী অঙাংশিংদুদা হায়রে। অদুদগী লম্বীদা কৈজাউনা তান্নরকপগী ব্রারী অদুসু তমলে।

নরাইবক ফৈ হিংঙকপা। লম্বীসিদা কনাসু চৎনদবনি। চৎখিবা কনাসু হল্লকখিদে। কৈজাউ অদুগী খয়াত্তগী কনাসু নাম্থোরকখিদে। মখোয়না ব্রারী তৌরকই। ব্রারী অদো তাবদগী অমুক্কা হেন্না কিরকই - ইস! শিরমগদবা খজিক্তা ঙায়রম্মিদা। শিরম্লদি কমদৌবা!

ঐগী ইতৌদুদা মখোয় চান্নবা নুংশিরমাল্লে হায়রকই - ঙসিদি গাড়ি ফংলরোই। বাসিরা বিবিগী হোটেলদা লেকলো।

বাসিরা বিবিগী হোটেল ! পাঙলগী হোটেল মাল্লি, মোৎলমগদবা মাল্লি, য়েন-ঙানু শেম্বগী মতুনে মশানে পূমচাই চাইরমগনি। অদুঙৈ উপায় লৈতদুনা লেকখিবা খালেদা খাতুনগী হোটেল অদো নীংশিংলকই। অদুগুম্বদুদা ঐনা করম্লা লেক্লুগনি ! ঐবুদি ফরে, গৌরিয়া কনখ্রবা ইপা ইপূশিংদো নোরোক তাগনি। চীংগী ইমুংগী কাশিং অসি পিকচরবসু ফনা ফজনা নাল্লি, অনানবা লিনোনিয়মনা শীম্থুংনা থারি। মখোয়গী কা মচা অমগী মচী অমদা ফি মচা অমা থারগা অহিঙসিমা লেল্লগে হায়না মখোয়দা হায়জরগে খল্লে। য়ূম্বু অদুদি মী অমা লাক্লি হায়বগী করিমত্তা থৌশা-ব্রাশাবা উদে। করিনো অমা মপূক্লিং য়াম্লা চঙনা টাইপ তৌরি। অহানবদা ওফিসার অচৌবা অমা ওইরমাল্লে খল্লুই, ঙাইহাক লৈরগদি উকিল ওইবগুম

তৌরকই। ইতোমতা খল্লকই. মাও-মরাম অসোমদা চীংমীশিংগী মবক্তবু উকিল কনা লৈবগেনে।

য়ূম্বুরেম্বীদুদা ঐনা হায় - ঐ ফোন অমুক্তা পায়জগে, য়ূমদা পাউ পীজখিগে। নৎত্রবদি মখোয় অহিঙ চূপ্পা তূম্ব-চাবা মফম মরাং অমত্তা খঙলরোই।

টেলিফোন পায়খৎলি, রিংদি সুকচৎ চৎতে। মখোয়গী রিসিভর অদুসু মওং অমনি, ময়ামগীগা মান্নদে. নম্বরগী খুৎ নম্ফম অদো শামতুগী ফিনা শাবগুম তৌই। ঐখোয়গী নম্বর অদো তাউ হায়বা য়াদে। সুকয়ামক য়াদ্রবদুদা য়ূমলোন্নবগী নম্বর অদু ফংব্রা য়েংগে হায়দুনা অমুক হোৎনৈ। অদুবু সনা লৈবাক্কী টেলিফোন অসিদি ময়াম্না খঙনরিবদুনি। কাইনথংদা য়ূম্বুরেম্বদু নুংঙাইরক্কমাল্লে মহাক্কী টাইপ অদো থাদোক্লগা চঙশিল্লকই - কদায ঐ য়েংবিগে। অদুবু মহাকসু অদুগী অদু মঙাই।

অদুদগী অহিঙ অদো করম হায়না লেনখিবা খঙহৌদ্রে। নোংঙানবগা ঐ য়ূমদা য়ৌরক্লে। মহে মহে পাখৎনদুনা লৈরম্মী। মতমনা ফত্তবসিদা করিমতা তম্বা ঙম্বা পোৎ নত্তে। ঐনা ঐখোয়গী নোংথাংলৈমদা ঙরাং থোকখিবা থৌদোকশিং অদো মশা-মরেং খরমুক হাপচিন্দুনা তমই। নোংথাংলৈমনা মমিৎনা খানা য়েংলগা মাগী হৌনবী খাকথরকই - নরাইবকতুম ফৈ কৈনা চাহৌদবা। চারম্লবদি ফগদবনি। মিটিংনি ফিটিংনি হায়দুনা মফম মরাং খঙদনা পঙচত্তা চৎপা - ঙাঙনীংঙাই ৱাবু লৈরিব্রা ? য়ূমদনা য়েন্দেম পাম্বী অমা ফাওবা থাগে খন্দবা। ইচাশিং অসিবু ঐ ইতোমতনা পোকপরো ?

মিৎকপ খংথোক থোক্লকই। কনাবু ওইরিগবা লৈরক্কী খুটি-পোস্ট অদো মকন্থী হৌবমখে থাদুনা য়ৈরকপগুম তৌই, মদুগী মখোলনা নাকোং চেকখায়গদৌরকই। সিফাইনা অঙাং ফাখ্রবা জাৎলা ? নৎত্রগা ... ? ❑

[২০০৩]

# ঠিকানা য়াওদবা চিঠি

**নঙনা** ঐবু খল্লমগদবসি ঐ খঙই - মীনুংশি য়াওদবা, তৌবিমল খঙদবা নৎত্রগা মথোঙ হুক্তবা অঙাওবা অমা ওইনা খল্লমগনি। নুমিৎ অদো ঐ কনামতদা তাক্লমদে, কনামতদা হায়রমদে, তূমিন্না থোক্লকখি হোসপিতালদগী। অতৈমক নৎত্রবসু নঙোন্দদি তাক্লমফম থোকপনি, অতৈমক নৎত্রবসু নঙগদি উন্নরম্বা চুম্বনি। অদুবু ঐগী ব্রাখল অসি কদায়দগীনো খংপিক পিকশিল্লকখি। পৃক্লিং অসি মওল মওল খল্লকখি।

চিঠি অসিসু ইসিরা ইগনুসিরা খন্দুনা লৈরকপা কুইরবনি। মওল মওলনি খল্লকখিবা। ঐগী থম্মোয়দা ফাওরিবা চৈনাখোল অসি করিগুম্বদা অর্থ কয়া চেনবা ব্রাহৈনা কনাগুম্বগী থম্মোয়দা খোম্থাং ওইনা য়ৈরুদুনা ওমচাক্লবা মৈচাক ওইহল্লুবা তারবদি চাউরবা ইরাল অমগমুক লঙজবা ওইনা থোক্কনি। মীগী থম্মোয় ওমচাক্লহনবগী অধিকার ঐগী লৈবরা? অদুবু অমুকসু খনখি, তৌবিমল খঙবা হায়বদুমদি ঐবু উৎফম থোক্লা ? তৌবিমল খঙবগী ব্রাহৈ অমা ফাওবা হায়দ্রগদি ঐবু করি ওইনা খল্লমগনি ? ঐবু য়াম্না হন্থবা থাক্কী মী ওইনা লৌরমলোইদ্রা ?

নঙ শোয়দনা ঐবু ব্রারৌরমগনি। হোসপিতালদগী ডিসচার্জ তৌবা নুমিৎ অদো ঐ কাউদে, নঙসু কাউরমলোই খল্লি। নুমিৎ থা তারিখ পূংজা ঐ লোইনা নীংশিংলি। ঈঙাগী অয়ুক অদো কয়াদা ফজনা খোঙদোই হুল্লকখিবা। নুমিৎ কয়ানিরোম মতুংদা অতিয়ানা ময়েক শেংনা মায়থোঙ মকা লাম্লকখিবনি। অদুবু পূংকুইদি কুইখিদে। ঈঙাগী হৌনবী কদোমদগীনো খঙহৌদনা নোংহৌ লাকখি, অতিয়া পূম্বা অমম্বা নোংনা কৃপশিনখি। মপান্দা ঐগী থোঙনাউ মপাদা চাক্তাদুনা শান্নরম্বা চোঙা-শেন্দ্রাংশিং কদায়দনো শ্বাই মাঙখি। নোং চুথরকখি। কপচেৎপী ঈঙা-থা হায়না অশৈবশিংনা লৈশি-লৈথোনবদো চুমদবদি নত্তে।

নোং থিংলি থিংলি অদুদা নঙ হোসপিতাল য়ৌরকখি। খঙই, নুমিৎ অদো নঙগী ডিউটি তাদে। অদুবু নঙ লাকখি। নঙবু থোঙনাওদগী লাপনা উবদা ঐ হরাওখি, নঙবু পেন্না য়েংজখি। নঙনা চুমদ্রিং ঐগী কাদা চঙলম্মগদি ঐখোয় অনী উন্নরমগদবনি। অদুবু নমান্নবী অমনা নঙবু কৌদুনা পুখি, ইমার্জেন্সি কেশ অমা লৈবা মাল্লি, ময়াম কোয়চেন চেন্নরম্মী। মদুদা নঙবু মতেঙ পাংহন্নীংদুনা কৌখিব' মাল্লি।

তাঞ্জা অদুদনি ঐনা তৃমিন্না থোক্লকখিবদো। ডিসচার্জ অয়ুক গুন্তানা তৌরবনি। অদুবু নঙ শোয়দনা লাক্কনি খন্দুনা ঙাইখি, অরোইবা ওইনা উন্ননীংদুনা নঙবু ঙাইদুনা লৈখি। অদুবু মীওইবগী পৃক্লিং হায়বসে কয়াদা ঙকশ্রবনো, য়েংঙু। নঙবু অরোইবা ওইনা উন্ননীংদুনা অদুক খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈখে লৈরম্লগা নঙনা লাকপা উবদা পৃক্লিং অসি করিনো অমা হোংলকখি। পৃক্লিংসু হকচাংসু শ্বাই শ্বাই লাউরকখি, অদুদগী অপুবা অমনা পুদুনা তৃমিন্না অদুম থোরকখি। হোয়, তৃমিন্না থোক্লকখি হায়বমক্তি লানগনি। ঐগী হেক থংনবা ফমুংদা লায়েংদুনা লৈরিবা মমিৎ উদবা নুপামচাদুতংদদি হায়রম্মী, হোরেন নঙগী নচে পিনৌবীদো লাক্লগা ঐ চৎখ্রে হায়না তম্মুকো। অঙাংদো নীংশিংলিব্রা ? নঙবু য়াম্না লুনা তৌজবনি।

ইচেগা উন্নরগা চৎলুদনা, ইচে লাক্লনি। ইচেগা উন্নররোইদ্রা - হায়হৌই।

ঐ খুন্নমদনা তৃমিন্না থোরকখি।

মহাক খঙলমগদ্রা খঙদে ঐনা মহাক্কী ব্বাহং অদুগী পাউখুম পীবা ঙন্নমদ্রিবগী মরম। খঙহৌদনা শিন্থরকপা পিরাংনা ঐগী খোঞ্জেল ফাজিনখি। ঐনদি নঙবু হেক হেক পিনৌবী হায়না লক্লবিখি। অদুবু ঐসু মরক মরক্তা কনা উহন্দনা পিরাং তৈথোকখি হায়বসি নঙ খঙলমগদ্রা হায়বদুদি ঐ খঙদে। খঙলম্বসু য়াই। হায়দোক্লদবগী ব্বাতনি। খঙদে, তাইবঙ মপূনা ঐখোয়গুম্বা পিতৎ-পাতৎপশিংগীদমক অসুক হোংনা পিরাং পীনরকশ্রিবসে করিগীনো।

ব্বারৌগনু, ঐ খরা হেন্না সেন্টিমেন্টেল ওইশ্রমাল্লে। সেন্টিমেন্টেলদি নঙসু ওই।

নঙনা ঐগী ব্বারী তানীংখিবদাই। য়ারিমখে ঐগী ব্বারীসে কনাদসু লীথোক্লোই খল্লম্বনি। মীঙোনদা লীথোক্লরগা করিবু কান্নরুগনি, অদুবু নঙোন্দা ঐগী ব্বারীসে লীদ্রগদি ঐঙোন্দা নীংঙমহৌদবা অমা লৈহৌরগনি।

ঐগী ব্বারীসে লীদ্রিঙৈ মমাঙদা ব্বাফম অমতং শেংদোকহৌখিগে। হোসপিতালগী বেডতা ঐনা জ্ঞান খরা খরা তারকপগী মতাংদুদা ঐনা নঙবু মুন্না য়েংদুনা লৈবদু উবদা নঙ ঙকপগুম তৌখি। ঐ খঙই, নঙ য়াম্না ঙকখি। অদুদগী খঙহৌদনা নঙগী নখুৎ অদো চেজেৎ পায়শিল্লুবদা নঙ অমুক্তা হেন্না ঙকখি। নঙ লাউগে তৌখি, লাউদি লাউখিদে। নঙনা লাউরম্লবদি তৌরমগদবা কুম্মেদো। নঙবু উবদা ঐ শ্বাই লাউখি, খংপ্রেক খংখি। করিনো, মীগী মশক-মতৌ শাওং-শাদাবু অদুক মান্নবা হৌনব্রনে? মঙ-ওই হা-ওই মহাকমক্লি খল্লুই। মতম কুইনগী মতুংদা মহাক্লা ঐগী ইমাঙদা লেপ্লখি। নঙনা ঐগী ইখুৎতগী নখুৎ অদো শত্তোক্লবা কন্না

হোৎনখি। মদুদতা জ্ঞান খরা খরা তারকখি, মতম কুইরেকো মহাক্লা সংসার থাদোক্কুনা চৎখিবা হায়বা। মতুংদা নঙগী ৱারী তাখি। নঙগী ৱারীনা, নঙগী পূকচেলনা, নঙগী মীনুংশিনা ঐগী পূক্লিং লৈকোন্দা বসন্তগী ঈথক-ইপোম হৌহনখি। পিতৎ-পাতৎপা থম্মোয় অনীনা খঙহৌদনা অমগী ফোঙদোক্তবা য়াৱা অমনা খঙবা ঙমখি।

ঐগীসু ঐনা খঙলকপদা ইমা-ইচাতনি লৈরম্বা। ঐনা য়াম্না পিক্লিঙৈদা ইপূবোক অমা লৈরম্মী হায়, ঐদি মশক খঙহৌদ্রে। ঐবু পোকপা ইপাবুদি হিংলি হায়। অদুবু নোংমতা উবা ফংখিদে। আসামদরা কদায়দনো গাড়ি থৌবা চৎখিবদগী মৱা-মপাউ তাখিদে হায়। মফম অদুদা নুপী অমা লৌদুনা লৈপ্লেসু হায়। ফরে, মদুনা লৈরসু লৈত্রবা ঐবু পোকপা মীশক অদুগী ৱানি।

ইমা-ইচা ঐখোয় অনীতা পীক্লবা খাংপোকশঙ অদুদা অৱা-নুংঙাই কয়া য়ান্ননা মতম শাংনা লেপ্লকখি। ইমানা ইংখোল কোইজদুনা ইনশাং-নাপী খরা য়োঞ্জরগা ঐগী লাইরিক-লাইশুগী খরচসু ৱানা পুজরকখি। মেত্রিক্তং লাল্লবদি থবক মচা অমা শোয়দনা ফংগনি হায়দুনা লৈকাইগী অহন-লমন্না তাকপিবদগী ইমানা অৱা-অনা কয়া খাঙদুনা ঐগী অৱাৎ-অপা পূম্নমক হোৎনবিরকখি। অদুবু অহানবগী চহী অদো অঙ্ক থোকপা নুমিত্তা অরুম কন্না হৌদুনা পরীক্ষা থাবা ঙমহৌদে। মথং চহী অদুনা পরীক্ষাগী ফী মতম চানা পীবা ঙমহৌদবদগী পরীক্ষা থাবা ঙমখিদে। অহুমশুবা চহীদা ইমান্নবশিংনা বি এ য়ৌনথ্রবা মতমদা অদুদা ঐনা মেত্রিক চি-লাউনা পাশ তৌরকখি। অদুবু কদায়, মেত্রিক পাশ তৌরগা থবক মচা অমা শোয়দনা ফংগনি হায়বদুদি লম্মৈ-থাউমৈ ওইরমলে। ইন্টর্ভিয়ু ফনা য়াম্না য়াওরুই অদুবু থবকতি অমত্তা ফংখিদে।

থবক ঙাইবা ওইনা নুমিদাং তম্বা কলেজ অমদা মিং চনশিল্লে। উচিন নাচিন্না বি এ লাম্থোক্লে। বি এ পাস তৌরবনিনা থবক থিবদি লায়রগনি হায়না ইমানা খঞ্জরকই, ঐসু খঞ্জখিদবা নত্তে। অদুবু অঙম অথৌদা শেন পীজদ্রবদি হৌজিক্কালসিদা থবক ফংবগী ৱা লৈতে হায়বদু খঙলকপদগী ইমানা মন্ত্রী খঙনবা লৈকাইগী খুড়া চাউভলদা হায়জরুই। খুড়া চাউভল লৈবাক্কী ঈ-পাউ পূম্নমক চিনফা পুবা মীশকনি। হায়বিরকই, লৌরুংশঙদা মী খরা লৌগদৌরি অদুবু মন্ত্রীদা মতম লৈরিঙৈদা লুপা লাক্ষ অমা পীশিলহৌদ্রবদি কান্নরোই। লুপা লাক্ষ আ ! ঐখোয়নবু লুপা লাক্ষ অমা পুথোক্কুনা ৱানোম্বা ! খুড়া চাউভলনা তাকপিরকই, করিগী ৱাখল অদুক তৌরি। ইংখোল অদো বন্ধান থম্বরা, য়োম্থোকপরা তৌরগা লোইরেদনা।

থবকপু তৌরবদি ইংখোল অদো হন্দোকপদি কয়া কুইগদগে ?

অখণ্ডবা মীনা হায়বনি, হিসাব কুপ্পা মীনা তাকপনি। মী অতৈদা হারৌ হারৌ চৎকদবগী শরুকপুদি খুড়া চাউভলদা ঐখোয়গী ইংখোলদো লুপা লাক্ষ অমদা য়োল্লে। হয়েং নমা-নচানা ওস্বা মতমদা হন্দোকচখো হায়না নুংশিনা হায়বিবকখি। মীগী অৱাবা খঙবসিনা ওইরে খুড়া চাউভলনা য়াইফ-নুংঙাইনা পুন্সি লেল্লিবসে। হন্না হন্না ইমা-ইচানা মহাকপু থাগৎখি, নুংঙাইবগী মথক্তা অমুক্কা হেন্না নুংঙাইবা ওইহনবিয়ু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা নিজখি।

অদুদগীদি ঙাইবা তাখি, নুমিৎ-থা কয়া মশীং থীঙমদনা। আশাগী মঙাল অমা লাক্লে হায়না খুড়া চাউভলনা পাউ পুরকখি মবক মরক্তা। অদুদগী খঙহৌদনা নোংমদি সরকার কায়খি। শেন অদুক য়াম্বদো মাঙলগদ্রা চিংনরকখি, কিরকখি। অদুবু ভোট অমুক তৌরগনি, হন্দক অমুক কাবগদি মন্ত্রীনা শোয়দনা তৌবিরগনি হায়রকখি।

নোংমদি খুড়া চাউভল ঐখোয়গীদা ইথা থাজদনা লাকখি। ইমা-ইচা হরাওজখি, নুংঙাইবা পাউ পুরকপা ওইরমগনি, অদুগদি ওহ্লোক্লা শাথীপ্রবা ব্রা অমা হায়রে - ইংখোল অসি হন্দোকপা ঙম্লগা হন্দোকচহৌবো, নৎত্রগদি ঐ দুকান শাবা তারে। অদুক য়াম্বা শেন নমশিন্দুনা লৈবা হায়বসে খুড়া চাউভলগী হিসাবতা কায়রকখি। অদুবু কদায়দগী লুপা লাক্ষ অমা ঐখোয়না পুথোক্নুনা ইংখোলদো হন্দোক্কদৌরিবনো ? ইংখোলদো থাদোকপা তাখি। থীন্দনা খুড়া চাউভলনা ঐখোয়গী খাংপোকশঙ অদো থুদেকখি, ইংখোলগী অকোয়বদা চেকপল খাজিল্লকখি।

ইপা-ইপুগী খুঙ্গংদা ঐখোয়গী চেঙজেল লোইরমাল্লে। মিৎলু পিরাং শিম্বুনা ইমা-ইচা ইম্ফালদা হোংলকখি। তেরাকৈথেলদা কা মচা অমা ভারা লৌরগা লৈবা হৌরকখি। ইমানা লম্বী মপান্দা ইনশাং-নাপী য়োনবা ফমই, ঐনা রিক্সা থৌই। রিক্সা থৌবদো ফনদি কান্নে। অনা-অয়েক য়াওবিদবদগী ইমা-ইচা চহী অমদা লুপা লীশিং য়াংখৈরোম তুংশিনবা ঙমজখি। নোংমদি ইমা-ইচা চত্তুনা খুরা চাউভলদা ঐখোয়গী ইংখোল অদো তংখায় অমত্তং ওইরবসু হন্দোকচরগে হায়রুই।

খুড়া চাউভলনা নোক্লদুনা হায়রকই, ঐদি মতম অদুদা ঙম্লবদি হন্দোকচরো হায়খিদনা। হৌজিক্তি কদায়দগী? ঐনা চেকপল্লা খাজিন-খোৎচিন্দুনা শেমজিন-শাজিন্দুনা লোইরবসিদবু। ঐ পৈশা য়াম্না থাদখ্রপোৎনি। অদুগীসু মথক্তা মতম অদুগী লাক্ষ অমদুদি হৌজিক লাক্ষ মঙা য়ৌরনি, লম্বী মপান্দগা ওইবনে

মমল আ-য়ৌনা কারবনি। ইমা-ইচানা খনখি, লাইরবগী ইংখোলদি মমল য়ামদে, মমল কাদে, ইনাকখুনবগীদি মমল নাইদে।

ইমা-ইচা থব্রায় নুংঙাইতনা হল্লকখি। হল্লকমদাইদা খুঙ্গংগী খঙন-চান্নবশিংদা ব্রারীদো তৌরম্মী, অদুবু মীনুংশিগী ব্রাহৈ অম-নী নত্তনা করিগুম্বা মতেঙ অমা পাংবা ঙম্লকখিদে। অদুদগী মথব্রায় নুংঙাইতবা অদুনা ওইরিগদ্রা ইমা ফমদা তাখি। মদুনা মহাক্কী অরোইবা য়াহীপসু ওইখি।

থা খরা মতুংদা ঐঙোন্দসু নুংঙাইতবা নোংলৈ-নুংশিং অমা কন্না শিংপা হৌরকখি। ওস্থোক্লা লাকচৈদা। শেন লৈরবসু ইংখোল মচেৎ অমত্তং হন্দোকচরগে হায়বা ফাওবা য়াদ্রবা ! মঙোন্দা য়োনবা মতমদনা মহাক্লা করি হায়খিবা !

নোংমদি খাঙবা ঙম্লক্কদুনা থাঙ অমা য়েপশিল্লগা কৃমথরে ঐখোয়গী নুংশিরবা খুঙ্গং তম্লা, মীনম-লমলৌ হৈবা খুড়া চাউভলদো লোইশিল্লুরগে হায়দুনা। অদুগা কয়াদা মরাইবক ফত্ত্রবনো, লম্বীদা করি থোকখিবগে ঐ ভাব তাহৌদে। ভাব তারকপা মতমদা হোসপিতালদা লৈরম্মিবদুনি, নঙনা ইমাঙদা!

ইমাঙদা নঙবু উবদা ঐ ঙকখি। খনখি, পলেম-পস্থৌগী য়াথং ইনশ্রবী মানা ঐগী ইমাঙদা লেপ্পরিবসিবু কদোমদগীনো ! মাবু ঐনা কাউবা ঙমখিদে, মদুগী মরম করিনো কনাগুম্বনা হংলবদি ঐ খুম্বা ঙম্লোই। নঙ উবদা ঐ মহাক ওইববোই খল্লুই, অদুনা খঙহৌদনা ঐনা নঙগী নখুৎ চেজেৎ পায়শিল্লুই। গাড়ি এক্সিডেন্টতা শোকপনি হায়বদো নঙনা তম্লগতা খঙখিবনি।

নুমিৎ অদুদা এক্সিডেন্ট থোক্লমদ্রবদি খুড়া চাউভল ঐগী ইখুত্তা শোয়দনা মথব্রায় মাঙলমগনি, অদুগা ঐনা মীহাৎপা অমা ওইনা জেলদা। অদু ওইরম্লবদি ঐগা নঙগসু উন্নরমলোই। উন্নরমদ্রবদি থম্মোয় মৈচাক অসিসু চাক্লম্মোই।

হোয়, খুড়া চাউভলদো ঐ লেমনা থানীংলমদবনি। অদুবু ঐনা হোসপিতালদগী থোরকপা মতুং ইকুই কুইদনা মরালনা মপোৎ ফাদুনা মশক খঙদবা কাঙবু অমনা মহাক্লা চান্নবা মস্ত্রী অদুগা পূন্না লম্বীদা এম্বুস তৌদুনা লোইশিনখ্রে।

হৌজিক্তি ঐসু অনৌবা পুন্সি অমগী মঙলান অমা মঙবা হৌরক্লে। মসি তাইবংমীগী হৌনশা ওইরমাল্লে। অদুবু খঙদে, মঙলানগা তাইবঙগা লাপ্পরিবসি উরুবদা চিংনদবদি ঙমদে। ব্রারৌগনু। চিঠিসিদা ঐগী লৈফম ইখিদবনি, ইবগী থৌনা লৈতদুনা ইখিদবনি। খঙদে, থৌনা অদো করিগুম্বা য়াইফরবা নুমিত্তা লাক্কদ্রা, লাক্কবসু য়াই, করিগুম্বা লাক্লবদি, নুমিৎ অদু ফাওবতংদি ... ? ❑

[২০০৩]

## য়াউশঙসু লোইখ্রে শজিবুসু হৌখ্রে

**অহন** অদুনা মুরুম মুরুম শোনবদো হৌজিকসু তারি নাকোংসিদা - য়াউশঙসু লোইখ্রে শজিবুসু হৌখ্রে, অদুবু নঙদি হল্লকপা লৈখিদ্রে। চোইরোল ওই পারোল ওই মহাক্না মুরুম মুরুম শোনবদো নুংশিরবা শৈরেংদৌনা থম্মোয় কায়রবা সুরদৌনা নাকোংদা য়ৌরকখি। থাবল ফরবা নুমিদাংদা মতোমতা শুমাঙদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎতুনা, করিগুম্বদনা সরোক লমজাও ফাওবা থোরক্লুনা থেঙলবা মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা অহিঙদা মতোমতা মুরুম মুরুম শোন্দুনা চৎপদো খোম্থাং ওইনা নুংশিরবা সুর অমগুম নাকোংদা য়ৌরকখি - য়াউশঙসু লোইখ্রে শজিবুসু হৌখ্রে, অদুবু নঙদি হল্লকপা লৈখিদ্রে।

কৈরোই লৈকাইনদি হায়নৈ, মাগী থাশি-থানৌ হৌরক্লে। মখোয়দদি অনৌবা নৎত্রবনিনা করি থোইদোকপা ৱাখল তৌনীংঙাই ওইদ্রে। অদুবু নৌনা লাকপা নৌনা থেংনরুবা ঐখোয়দদি করিনো হায়বমা ফাওই, কায়না মৈশা লাংলবা থম্মোয় অমগী তেংথাখোল অমনা ঐখোয়গী পূক্লিং নৌথহল্লি।

অনৌবা মফমনি, খঙন-চানবসু পঙলৈ লৈত্রি, অদুনা অহন অদুগী মরমদা কনাগুম্বা অমদা হেক হংগদবসু খঞ্জানখি। অদুবু নোংমদি তাঞ্জা চানরুবা হায়গদ্রা কালেনগী ওমচাক্লরবা থাবল ফরবা অহিঙ অমদা তূম্বা য়াদদুনা ইতোমতা লমজাওদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলিঙৈদা খুঙ্গংগী লম্বীদুদা অহন অদুবু মতোমতা মাঙদা চৎতুনা লৈরম্বা থেংনখি। কিগনবা মী ওইরবদি তু খ্যাউ চুংগদবা মতৌনি। অদুবু ঐঙোন্দদি অদুগুম্বদো অঙাং ওইরিঙৈদগী লৈরক্তে। করিমতা অকি-তুজুংবা লৈতনা খঙনীংবা অমগা লোয়ননা লাপ্তক তৌনা ঐনা অহন অদুগী মতুং ইন্নখি। ফনা কুইরম্বা য়াই, লাইচন্না চেনবদৌনা ঐ মতমগী ৱাখল তৌরুদে। অহনদুনা খংলেপ লেপখিবদুদা ঐ জ্ঞান খংতা তারকপগুম তৌখি। ঐ খংলেপ লেপ্পসু ঙমদা তুং হনবসু য়াদা অহন অদুগী মনাক্তা তপ্না তপ্না চঙশিল্লম্মী। অহন অদুগী থোঙ্গাল মপা য়ৌরকখি।

- ঙাইখো ইবুংঙো। নঙ কনানো? অহন অদুনা খংলাক খংজিন হংলকখি।

- ঐ মণিপুরদগীনি। পাখৎপোই করিবোই খুমখি।

- অদুদি, ঐগী ইম্মাকনিপাদো খঙব্রা ?

মরী-মখোঙ লংলা-লংজিন করিমতা খঙদবা ৱাহংদুদা ঐ তিংঙক মায়ঙক্লদুনা লেপতুনা লৈবা তাখি। ৱাহং অদুগী পাউখুম ঐনা করম হায়না পীগদৌরিবনো ? কনানো মহাক্কী মন্দ্রাকনিপা হায়রিবসে, কদায়দা লৈবনো ? ঐগী ইতৌদুদা মহাক্লা ঐবু কোক্তগী তোন ফাওবা ঙাইহাক মুন্না য়েংদুনা লৈরগা হায়রকখি - খঙদে ?

অদুদগী মখা তারকখিদে, কোম্বোং অদো তপ্না হাংদোক্লুনা অহন অদো চঙখি। ঐ ঙাইহাক তৃমিন্না লেপ্তুনা লৈখি, লাপ্তক্লা মহাক্লা মুরুম মুরুম শোনবদো নাকোংদা য়ৌরকখি - য়াউশঙসু লোইশ্রে, শজিবুসু হৌশ্রে, অদুবু নঙদি হল্লকপা লৈখিদ্রে।

নোংঙাল্লগা খুনদুগী নৌনা খঙনবা মরূপ অমদা ঙরাং অহিঙগী ৱারীদো তশ্মি। মহাক হাইফেৎ ঙকপগুম তৌই। করিগী ঙক্লিবনো হায়বদু খঙদে, মহাক্লসু হায়দোক্তে, হায়দোকউ হায়বসু য়াদে। চুম্না মীনা অসুম্না হায়বগী ৱানিদা - হায়বদগী হেন্না কাঙথোরকখিদে।

ঐনা য়াম্না খঙনীংনা হংবদা ৱারী অদো লীরকই।

চোংথামগী ইমুং অসি মতম অমদা খুন অসিগী মচীঞ্জাক চাবা ইমুং অম-নী পন্নবদা য়াওরম্মী। লূন-নান্না পাল্লম্মী। ইপূবোকসু ইবোকসু হরাও-কুম্মে য়াম্না পান্নম্বতা নত্তনা অরু-অনানসু পাম্বদা হায়নরম্মী। খুন অসিদা করিগুম্বা লাই-তীনগীনি খঙদে অমগীনি খঙদে কুম্মে-ফিয়োং থবক-থনা অমা থোকপদা মখোয় অনীমক থৱায় য়াওনা হোৎনগনি, মীমাঙ থাদুনা থোরক্কনি, মখোয়না অঙম্বা শেন্নি খঙদে থুমনি খঙদে পুথোরক্কনি, মখোয়দা থোইনা হায়নরুনীংঙাই হৌনরুনিংঙাই মথৌ তাদে। অদুবু মখোয়না লৈরিবা ইংখোল অসিগী মরমদা হায়নবা অমদি লৈ, চুমলিগদ্রা চুমলিরোইদ্রদি খঙদে। চুন্নম্বসু য়াই চুন্নমদবসু য়াই। ইংখোল অসি মহীক-ময়াই য়াম্না কল্লি, লনথুম পীনৈ, অদুবু মচা ধারাদি পানগন্দে। অহন-লমন্না হায়নবদা, ইপূবোক অসি মচীন-মনাও য়াম্না পোক্তবা নত্তে, অঙাং ওইরিঙৈদা লোইনা শিখি, মতোমতনি হিংহৌরিবা। ইপূবোক্লসু মচানুপা অমগা মচানুপী অমখক্তংগা পোকই - মদুসু চহী কয়ামুক কান্ননা। অদুবু লাইগী করি ৱায়েলনো খঙদে, মচানুপা অদুনা পাখং ফারক্তুনা ময়ূম-মকৈ পানবা য়ারকপগী অদুৱাইদা খোঙহাম্বগী শাথীরবা লাইচৎ অমদা পুক্সি পিখম্নখি। চহী অদুগী লাইচৎ অদো হৌজিকসু হায়নরি। অশিবা অমগী পোৎলোইবা লোইদ্রিঙৈদা অশিবা অমগী পাউ লাকখি। খোঙহাম-লাইচৎকী লাইমুদো কিদুনা যূমদগী মপান থোক্লখিদে, লম্বীদা

মী চৎনখিদে, খুল্লক্কী লম্বী ময়ায়দা নাপী-তিংথৌনা খৃদুপমুক ব্রাংলকখি।

কোরৌ নোংমদোন্দা ঙাল্লিবা নুমিৎ-থাগুম য়েংজদুনা লৈরিবা তগৎ-তগৎ তেক্লিবা মপারী অদুবু ঈশ্বরনা নমথেক্কুনা পুবিখিবা অদুদা ইপূবোকসু ইবোকসু অঙাওবগী পাংখক ওইখি। ইবোকতি মকোক্তা বেরা অমা অদুম লৈবা হৌরকখি। মফি ফাওবা নীংথিনা হোংবা হৈত্রিবী মচানুপী অদুবু থাজরগে থাজরগে হায়দুনা মী খুদিং ব্রাচৎপা হৌরকখি। নুমিৎ-থাগী খোঙচৎতি লেপ্পা নাইদবনিনা হায়না হায়না নোংমদি মচানুপী অদু লৈশাবী ফারকখি, থাজ-য়োঞ্জবা য়াবগী মতাং য়ৌরকখি। চহী মতাংগী হৌনবী মাগা থম্মোয়গী য়াব্রা খঙনজবা খুঞ্জা-পাখং অমসু লৈরকখি। অদুবু ব্রাফম অমনা নূরা-পাখং অনীগী মরক্তা শাথীরবা পন অমা ওইনা লেপ্লখি। পাখং অদুবু পোকপা পল্থৌনা মচাবু য়াওং ইলহনবদি ঙম্মোই হায়দুনা নৃংদৌনা লেপতুনা লৈরকখি। তাঞ্জা অদুদনি চীংলোন মাপন লান্দুনা সনালৈবাক মণিপুরদগী পাখংমচা অমা খুনসিদা থুংলরখিবদো। মশক-মতৌ ফজে, ব্রাহৈ-খোনফমসু নুংশি। অদুতসু নত্তনা মখুৎ-মশা হৈ, মরমসু মোকই। খুনগী ময়াম্না মাবু লুনা তৌই, লুনা তৌবগী মরম অমসু লৈরম্মী - মহাক পূং য়ৈবসু কাবক কাবক হৈ। অতৈমক নৎত্রবসু সন্ধ্যা গৌরীদা, কাংগী জয়দেব চোংবদা, মেরাগী লাইরিক তাবগী নাম মতেক অমা শোনবদা মহাক পূং ফজনা য়ৈবা ঙমই। মমা-মপা মরী-মতা কনামতা লৈজদ্রে তাবদা মদুনসু ময়াম্বু অমুক্কা হেন্না নুংশিহনখি।

ফনদুম মতা চারে, ময়াম খন্নরকখি - চোংথামদা য়াওং ইলহন্দুনা থল্লসি। খুনগীসু কান্নরগনি, পূং য়ৈবা অমা ফংলগনি, মীখুন্দা হারোই হারোই চেল্লরোই, শ্রীগোবিন্দনা স্বয়ং ওইনা চানবিরক্লবনি।

চোংথামগী অহন অনী অদো হরাওজখি। অদুবু নৌরিবা থম্মোয় অনীদি কায়খি। খুনগী মনীংদা চেল্লিবা মিংনাইদবী খোংমচা অসিগী ঈচেলদা তিনখি পাখং-নুজা অনীগী পিরাংনা কনা খঙদা কনা উদা।

তপ্পা তপ্পা হনুবা-হনুবীগী সংসারদা কোরৌগী মশেক-মঙাল অমুক ফাওরকখি, থা-থব্রানমিচাক্লা মশক উৎলকখি, মালংনা লিরি হুন্নকখি, মশূ অহুমগী চেন-চোংদুনা শান্নবগী খোঞ্জেলগা পোম্বী-চেক্লাগী নুংশিরবা খোঞ্জেলগা শুমাঙ-থেলোং নিল্লকখি। অদুবু অব্রাবগা নুংঙাইবগা খুবাক-খুনমনি হায়বসি চুমখ্রবা জাৎ ওইরমলে। মতম খরগী মতুংদা খঙহৌদনা লাকখি অমম্বা নোংহৌ অমা নোংলৈ-নুংশিৎকা লোয়ননা। নোংমা থুংলখি মকোই-মরাং চোম্বা মফি-মরোল চমোৎ চমোৎপা য়েংবদা থুক লাউনা অকিবা পোকপা অহন ওইরবা

নুপা অমা - মণিপুরদগীনি হায়। নোংমা-নীনি অদুদা মহাক্না করি লাইব্রাবু থাজিনবনো, কবি মন্ত্রবু তৌশিনবনো। ইপূবোক্কী মন্দ্রাকনিপাদো মণিপুরদা অমুক্তা চৎলুদবা য়াদে হায়রকখি। কুইরক্লোই, য়াম্না থুনা হল্লক্কনি হায়রম্লগা চৎখি। অদুবু চৎখিবদগী ঙসি ফাওবা মরা-মপাউ অমত্তা তাখিদ্রে। ঙসি হল্লক্কদ্রা হয়েং হল্লক্কদ্রা হায়দুনা ঙাইবদগী মদুনা লাইমন ওইদুনা অহন ওইরবী ইবোক অদো নোংমদি লাইগী খূয়াদা তানখি।

ইপূবোক্না থাবল ফববা অহিঙদতা নত্তনা শুক্ল-মম্লবা নোংজুগী অহিঙদসু মতোমতা মাঙ্গোনদা ফমদুনা মহাক্কী মুরুম মুরুম অসি অসুম শোন্দুনা লৈবকখি। অদুবু অঙকপদি, থাশি-থানৌ হৌদবা মতমদদি মহাক অসি করিমতা ব্রাখল চোইদবদৌনা তৌই, ফজনা ব্রাবী অদু শান্নবা য়াই।

খুনগী লম্পাক অদুদা থাবল ফরবা নুমিদাং অদুদা মরূপকী ব্রারী অদো ঈঙাগী খঙহৌদনা লাকপা নোংহৌ অদুদা লোইশিনখি।

খুন অদুদগী চৎলমদাইদা নোংমদি খঙনীংমনখ্রদুনা অহন অদুগী ময়ূমদা মরূপ অদুগা চৎলি। শঙ্গোই মচাদুদা পোঙফক্তা ফমদুনা পৈয়া শিদুনা অহন অদু লৈরম্মী প্রার্থনাগী নুংশিববা সুব অমা মতোমতা ঙংলদুনা - মোর প্রাণান্তকালে ললিত ত্রিভঙ্গরূপ দেখা দেয়ো সখি ...। পুন্সিগী নুমিদাংব্রাইবমদা মতোমতা লাকপা সুবনি। মচানুপী অদুনা মশূ অহুমদো স্কুলদা থাননবা থৌরাং তৌদুনা লৈবম্মী।

ঐখোয়বু উবদা কৌশিল্লকই - কোয়বক্লিবরা ? লাউ ফম্মো লাউ।

- হোয়, ইপূবোক। হায়রগা থারিবা ফান মচাদুদা চঙশিন্দুনা ফমই ঐখোয অনী।

অদো ইবুংঙো, নঙবু মণিপুর কদায়দগীনি হায়বা ?

হান্নসু কয়াবক হংখ্রবনি, কযাবক খুমখ্রবনি। অদুবু খুমদবা য়াদবনিনা অমুক্কসু খুমই - কুম্বীদগীনি ইপূবোক।

- কুম্বীদগীনি হায়বা ? নুংশিদা মমিং তাবদা লমদমদো। অদুঙৈ মজাইবেম্মা থোইবীনা কবো লোইকারকপদা অঙোম নোংবান কোংয়াম্বনা মনাই শৌবাগা লোয়ননা ঙাইদুনা লৈবা মফম কুম্বী তেরাখা হায়বদো অদুব্রাইদনিনে?

- হোয় মানি, ইপূবোক।

- নুংশিদা ! অদো সেকমাইগা ইবুঙোখোয়গী লমদুগা কয়াম লাপনৈ ?

- করম্বা সেকমাইনো ? মণিপুরদা সেকমাই অহুম-মরি শুই - অব্রাং সেকমাই, নোংপোক সেকমাই অদুগা ...।

- খঙদেদা ইবুঙো, মণিপুরদো অমুক্তা চৎলুদ্রিবনিনা ঐসু খঙদে। পাপ চেনবা মপোকনিনা শ্রীগোবিন্দনা চিংশিনবিদ্রে, অমুক্তা দর্শন ফংহনবিদ্রে। হে ইবুঙো, হে দীনবন্ধু ... হায়রগা অহন অদো ফিজীনা মিৎলু অনী তৈথোকই।

ঙাইহাক লৈরগা অমুক মখা তাথরকই - ইবুঙো হনখ্রগা ঐগী ইম্মাক অদো অমুক্তা খোঙ্গুল লীবিরুচো। য়াম্না থুনা হল্লকনি হায়রম্বনি। য়াউশঙ মমাঙদা হল্লক্লবা তৌগে, য়াদ-য়াদ্রগনা শজীবু চৈরাওবা মমাঙদদি শোয়দনা হল্লকনি হায়রম্বনি। অদুবু চহী কুমজা তরেৎ শুখ্রে। ইশৃনুপী অতোনবীসে অমুক্তা রাধা শাহনগে খনবনি, চাউখিবনা হানখ্রে। ইশৃনুপী অহুম লৈশাবী ফারক্কদৌরে। মহাক্না থারম্বা য়ুবী পাম্বী ক্বা পাম্বী মহৈ য়াল্লক্লে। ঐনা কয়া কুইনা হিংখিগনি ! শিরমদাইদা ইচানুপীগা ইশৃশিং অসিগা কনাদা শিন্নরমগনি ? হে ঈশ্বর, নঙনা করি হায়না তমলিবা !

শাংলবা নুংশাসোর মপী অমা হোন্দোক্লগা অহন অদুনা অমুক মখা তাথরকই - মবুক মপাউ ফবনিকো ঐগী ইম্মাক অদো, য়াম্না ফবনিকো। কোইজোম্বা নুপাদুনা নমদুনা পুবিখিবনি, চে-চাং খরা ইথোক-ইশিন লৈ হায়দুনা। করিগী চে-চাংনো খঙদে, হংসু হংলুদে। মদু হেক লোইনবগা থারক্লে হায়রম্বনি কোইজোম্বদুনসু।

মচানুপীদুনা লিক্লিগী গ্লাসতা চা পুথোরকই, কৃষ্ণকান্তি তেংগোৎ অমদা চেম্পাক খরগা অদুগা হায়রকই - করি সেবা তৌনি। ময়াং লৈবাকসিদা তৌরিসে নোক্লবিগনুকো। ঐখোয়গীসিদি অমুক্কসু মনুং হুঞ্জিন্না লৈবা খুন মচানি।

- ইকায়জরেদা ইতৈমনা হায়বিরিবদো। ঐখোয়গীদুসু ইতৈমখোয়গী অসুম হায়না লৌব্রাইনি, থোইনা খেন্নদে। ইতৈমদো ঐগী ব্রাহৈ তাবদা ইকায়বা খরা ফবগুম তৌই।

- অদো ইবুঙো, করি নুমিৎতা চৎকদৌরিবনো ? ইপূবোক্লা অমুক্কা মখা তাথরকই - কাউগনুকো ইবুঙো। ইম্মাকনিপাগী খোঙ্গুলদো শোয়দনা লীবিরুদবা য়াদে। য়ৌখিবগা চিঠি ইরকউ। অমুক্কা লাকখোকো। হন্দকমুক্তি ঐগীদা লৈগদবনিকো। কাউগনুকো ইবুঙো।

- কাউজরোই ইপূবোক। ঐ য়ৌখিবগা শোয়দনা খোঙ্গুল লীজরুগনি। অহন অদুগী মফমদা ব্রাশকপদৌনা হায়রম্মী। অহন অদুসু য়াম্না কন্না থাজহৌই।

অদুবু ওম্বোকপা হায়বদুনি ! ঐনা হায়রম্বদুগী, অহনদুগী মফমদা ঐনা ব্রাশকপদৌনা হায়রম্বদুগী মমল ঐনা লৈহনখিদে। চহী কুমওন অমা হেন্না হৌখ্রে, ইপূবোক্কী মম্মাকনিপাদুগী খোঙ্গুল লীরুগে লীরুগে খন্না খন্না ঙসি ফাওবা লীরুবা

ঙমদ্রি। চিঠিসু অমা ফাওবা ইখিদ্রি। খল্লুবদা ইতোমতা ইকায়জরকই, ইতোমতসু ওঙ্খোকপনিদকো খল্লকই।

ইপূবোক্লদি ঙাইরমগনি, খৌরাংনা ঙাইরমগনি মন্ধাকনিপাগী ঈ-পাউ, খৌরাংনা ঙাইরমগনি ঐগী চিঠি। থাবল ফরবা অহিঙদা নংত্রগা শুক শুনা মল্লবা নোংজুগী অহিঙদা মতোমতা মুরুম মুরুম শোল্লমগনি - য়াউশঙসু লোইখ্রে শজিবুসু হৌখ্রে, অদুবু নঙদি হল্লকপা লৈখিদ্রে। ❑

[২০০৩]

## খাঙুথক্কী শিঙ্গারৈ

**থা** তরামঙা শুরে তোলোব ফংলক্লিবা। থা অনী অহুম ফাওবা কদায়নো হায়রগা থা তরামঙা শুরক্লবা ! তোলোব ফংদবগী চৈনা অসি তোলোবতা হিংবা ইমুং নত্তনা অতৈ কনাসু খঙলোই। হায়নরিবদুনি, লিন্না চিক্লিবা মীনা লিনগী মহূ খঙবা হৌনদে। খনফম থোক্তে তৌফম খঙদে ইন্দ্রজিৎ, ব্রাখলসু হকচাংসু ইপঙ পঙথরকই ইচোক চোকথরকই, মকোক পুবা ঙম্লক্তে।

কয়াদা থীনা চৈরমথ্রবনো তা-বীরহবিনা অয়ুক অসিদা, মপা-মপূ পারোন পূরোন পূম্নমক চিংথদুনা। অতৈ মতম ওইবম্লবদি খঙলোইদ্রদো। মাগী লুপা লিশিং তরা অদুগীদমক্তবু। শিংলোই হায়বসু নত্তে। মীগী শেন তোন্নিংববু কনানো ? থা কয়া লীশাং শিংনা তোলোব ফংদবগী তৌবনি। মহাকসু খঙলিবনি। মরী-মতা খরা থোক্লবগী মতেঙ খরা লৌবা য়াই হায়দুনা লৌকবনি। শেন্দোইসু পীগদৌরিবনি। শেন্দোইগী মতাংদদি মঙোন্দা মরী-মতা লৈবপোৎ নত্তে। অদুগা মাগী শেনসে শিংলরোইদবা মতাগুম চৎলমদাইদা ধমকা-কাসু তৌরম্মী - খঙগনি, থা অমগী মনুংদা শেল শিংবা ঙমদ্রবদি নহারোল তাক্কনি-কা হায়দুনা। মচা-মশূ নহারোল য়াওবগী মতীক-মগুণদো ফোঙদোক্লম্মী। নুংশাগী মৈশাদগী লৈঙোইগী মৈশানা হেল্লি হায়নবদো ওইরমাল্লে।

অয়ুক্কী অতিয়াদো যেংনা য়েংনা নোংনা অসুম অসুম মমশিল্লকখি। নুমিৎ কয়ানি শুরবনি অসুম হায়না অয়ুক খুদিংগী মমশিল্লিবা। নোংসে অমুক্তং ফজনা চুথোকখ্রবদি অতিয়াসে পূমঙান ঙাল্লদবনি। মমশিল্লক্লিবা অতিয়াদৌনা ইন্দ্রজিৎকী ব্রাখল অতিয়াসু মমশিল্লকখি।

- কনা লাক্লম্বগে ? শুমাঙ ময়ায়দগী নুমিৎলৈনা লাউরকপদা মঙদ্রংদা তাউদুনা লৈরম্বা ইন্দ্রজিৎ ভাব খঙতা তাবগুম তৌই।

- তা-বীরহরি লাক্লমব্রা? মহাক্লা খুমদ্রিঙৈদা নুমিৎলৈনা অমুক্কা নোংশিল্লকই, মহাক্লা পুরক্লিবা পোৎয়োম অদো মাঙ্গোন্দা থম্ব-ককা নংদে।

- নঙদি করম হায়না খঙলিবা ?

- লৈরক মচীন্দা হাইফেৎ উবা। মা উদনবা থৈদোক্তুনা লাক্লবা - ।

অদুদগী মখা অমুক তাথবকখি - মাগীসে নুংশিদবমা য়াওশিল্লক্লে। মখোঙ থাংবা থোক্কবা শগোলদা খঙনা খঙনা চৈ থাররিসিবু ! মাগী কৈসু লৈতবা লিশিং তবা অদুগীদমক্তবু ঙাইহাক কাংদনা - ।

তশেংবনি, লুপা লিশিং তরা হায়বসে মখোয়দসু নোংমদি করিসু থোইনা খন্ননীংঙাই ওইরমদে। অদুবু তোলোব ফংলক্তবদগীদি লুপা তরা ফাওবা করিগুম্বা মতমদা ওম্থোক্লা মমল য়ামখ্রে।

- কয়ানো নঙনা পুরক্লিবা চেঙ অসিবু ? ব্রাবী অদো খরা থৈদোক্লবা ইন্দ্রজিৎনা হংই।

- *কিলো তবাখক্তনি। মোনখায় অমখক্তা পীয়ু হায়বা সুকয়া হেক য়াদবা। হান্নগী শেন ফৃগৎত্রবদি মখা অমুক শোংপা পীররোই হায়হৌই। লিশিং অনী হেল্লে হায।*

তাঞ্জাদুদা হৌদোং হৱাইমানদো কদায়দগীনো চাউরবা উচি অমা ফারক্লনা ইমুংলোমদা প্রপ প্রপ চেনশিনখি। মচা পীজনবা পুশিল্লক্লিবনি, মচা মরি পোক্লবনি। নুংঙাইরিনিদকো মখোয়গী সংসার অসি, খল্লকই ইন্দ্রজিৎ। তোলোব ফংদবগী এৱাবসু লৈতে, মীগী শেন শিংদবগী মীৱা-মীশা তাগনিসু লৈতে, মীঙোন্দগী শোক্তুনা চাবগী মকোক শাবসু খঙদে। তোলোব চাং নাইনা ফংলিঙেদদি মখোয়সু অরা অনং থোইনা খঙলমদে। চহী অহুম-মরিসিদনি চৈনা ফাওরক্লিবসি। মীনদি থা মবি-মঙাগী তোলোব পূন্না ফংঙি হায়না উবা। অদুবু অসোমদা থা মরি-মঙা মদো লেন্নবা লাক্লবদা ৱারিসিদি উবিদবা। মদুগী মথক্তা থা মরি-মঙাগী তোলোবতুসু লোইনা ফংবা নত্তে, শেনফম খরদি মন্ত্রীনা থৌজালবিবগী অদুম ককহৌরবনি। মদু য়াদ্রবদি সরকারগী ফগু অদো অদুম ফাজিন্দুনা থমগদৌরিবা। করিনুংগী স্টেট কোর্পোবেসনদা থবক চঙলুরিবা ! মখোয়গীদি খরদুম ফরি। কোর্পোরেসন খরদি পৃংমুৎপু মুথুৎখ্রবদুনি। উপায় লৈতে, ককনীংবা খরা ককচহৌরসনু। শন্দ্রেশ্নী ইমাদি ঙকশম য়ৌরে হায়বা মতাং য়ৌরসিদবু। থা তরামঙাগীদা থা তবাদং পীবিরবসু য়ারে। মীগী শেন্না খ্বাং কোয়বগী মথক্তা নুপামচা অতোম্বগী থা তরুক্কী স্কুল ফী পীদ্রি, মচানুপী য়াইমবী লৈরিক মেট্রিক থাগদৌরিবনি, মহাক্কী ফোর্ম ফিল-অপ তৌদ্রি, স্কুল ফীসু ৱাৎলিবনি। ইংলিশ স্কুলদা তমহল্লমদ্রবসু খরা ফগদবা। অদুবু মতমগী চৎনবীনি, রিক্সাৱালাগী মচা ফাওবা ইংলিশ স্কুলদা অমহন্নরবা মতম অসিদা ওফিসতা ক্লার্ক ওইরিবা মাগী মচানা করিগী তমহল্লোইদৌরিবা ! অদুবু মখোয়গী স্কুল- ফী অসিদি খিক্তং হাকমনখ্রে। বেঙ্গালোরদা ইঞ্জিনিয়ার তমলিবা

নুপামচা চন্দ্রজিৎকীসু থা-থাগী লিশিং অনীরোম থাদবা য়াদে। নুপীমচা অহন থারিক্লা মশা ঙমদদুনা লৈরক্লিবসিসু কুইরক্লে, ওম্থোকপা লায়না হায়বদুনি, থা-থাদা হিদাক্তদা লুপা চামরি-চামঙারোম।

ব্রাখল খনফম থোক্তে ইন্দ্রজিৎ। ইমুংদা চেঙ ময়োম অদো থমজিল্লুরগা মপান্দা অমুক থোরকই নুমিৎলৈ, হায়রকই - নুপীমচাগী হিদাকসু লোইরমাল্লে।

ইন্দ্রজিৎ খুমদে। নুমিৎলৈনা মখা তাথরকই - খঙদেদা মোয় বাবা, লৈরক মচীনসিদা পান-দুকান হায়বদো ফমদুনা য়েংলসিরা ? নুমিৎলৈনা হায়রক্লিবসি কুইরক্লবনি। ইন্দ্রজিৎনা অদু-অদা হায়দুনা য়াদদুনা লাক্লিবনি।

- ঙাইখো নঙগী পান দুকানগী ব্রাদো কোন্না খন্নসি। ঐ অমুক্তা চখোক্লুখিগে। হায়রগা ফুক হৌগৎলকই।

- হৌজিক অমুক কদায়দা চৎলুখিগদৌরিবা ? ওফিস মতমসু য়ৌরক্লে।

- ওফিসসু য়ৌরম্লগে। মরক্তা লাক্কুনা চাক চারবা য়াব্রা য়েংগে।

কান্নররোই খন্দুনা নুমিৎলৈ মখা তাদ্রে। মল্লবা একাগাড়ি অদো ঈম্থোক্লগা ইন্দ্রজিৎ থোকখ্রে। স্কুটর অমা লৈরম্বনি। ইজ্জৎকী ব্রাতা নত্তনা থবক-থনাসু ফনা নীংথিনা নংহল্লম্বনি স্কুটর অদু। অদুবু উপায় লৈখিদে, য়োন্নীংদ-য়োন্নীংদা য়োনবা তাখি। স্কুটরতা নত্তে কলার টিভি মচা অমা লৈরম্বদুসু য়াম্না হোংনা থাদোকপা তাখি। অঙাংশিংনা লোন্না লোন্না মপি তৈথোকখিবদো মহাক উখিদবা নত্তে।

ওফিস য়ৌবা মতমদা কনামতা কান্নরমখিরোইদবোই খনবনি, অদুবু রাধাপ্যারী ফমদুনা লৈরমলে। তা-চৌকিদারগা করি ব্রারীনো খঙদে নোক-খেদুনা লৈরম্মী। তোলোব ফংলনি হায়বা নিংফুং নিংফুং ঙাওনববু হৌরক্লবদি রাধাপ্যারী ওফিস ঙন্না কারক্কনি, অতৈ মতমগী ব্রাদি খঙদে। লৈশাবীনি, চহী নীফুরোমগী। মশক-মতৌ পংব্রাৎ ব্রাৎপা নত্তে, অদুবু করম হায়না ময়ূম পালহৌদ্রিবনো খঙদে। হংলুরগনা খুন্নক্কনি - কৈদৌরগে লাইবক্তা তল্লমদ্রবদবু। ফাগি-ফরাং তৌরুরগনা হায়রক্কনি - হৌজিকপু ? এজ বার ওইরে, হৌবিরক্লনু। অদুবু কেবদি হন্দ্রি, মচুম তানা কেরি। মমায়দা মচীনবান্দা পীশুমদা তৈরি-য়েক্লিবা পূম্নমক মমল য়াম্বা ঙাক্তনি। শেৎলি-চারিবা মফি-মরোল সনা-লিক্কোনগী ব্রাদি ফাগি তৌনরিবনি - ইবেম্মা রাধে, নঙনবু লেংঙক্লবদি অদুঙৈ ব্রজগী লম্বী ঙালহনবগুম ওফিস অসি পূমঙান, থাউমৈ থান্দ্রবসু য়ারে।

মনাক্তা চঙশিন্দুনা ইন্দ্রজিৎ ফমলুই, ফাগি তৌরুই - ঙস্তানা কোকিলগী চেঙলৌ উবসিদি বসন্ত খোঙদোই হুল্লক্কদবা মাল্লিদা।

- তামোসে কবিনি হায়বা ঐ নহানমখৈ খঙদেনা।

- ইবেম্মা, মতাং মতাংগী হায়দুনি। নঙসে হেক উবদা কবিগী থম্মোয় লৈকোন্দা মালংনা ঈথক-ঈরাং হৌরক্লিবা ! খঙলেদনা ? নত্তে রাধে, ফাগিসু ফাগিনি, খরা খরদি য়ানসি হায়মি।

- হাইমা, য়ানরিসিদিনা ! করিমুক য়ানখিসি হায়রিনো ?

- নত্তেদা, ঐনা হায়বদি, নঙসু খরা কান্নজৌ, ঐসু অৱাবা খরা খাঙনগে হায়বনি।

- করিনো তামোনা হায়রিসিবু ?

ইন্দ্রজিৎ মায়থোঙ খঙহন হঞ্জিল্লি, মখোল খরা লুমতক তৌনা হায় - নঙোন্দা হায়রিবসে ইকায় ইকায়না হায়রিবনি। নঙগী হান্নগীসু লৈরি, অদো লিশিং তবাখক্তংগা পীদবা য়াদ্রে। তোলোব হেক ফংবগা নঙনা থোকপা ককপদা ঐ করিমতা হায়জরোই।

রাধাপ্যারী হাইফেৎ ৱাখল তৌই। হান্নগী লিশিং কুন লৈরি। শেন্দোইবুদি ফংই হায়ববু খুৎ য়াম্না থারুবা য়াদে। শেন্দোই মিকারুবদা শেল্লেপ পুংমাঙ মাঙবসু য়াওবিবনি। ওফিসসিদা মঙোন্দগী শেন পূদবসে পংয়াও য়াওদে। অদুবু মতাং চাদনা পংতৌ তৌকবা য়াদে। ঙাইহাক ৱাখল তৌরগা রাধাপ্যারীনা হায়রকই - হন্দক্তি তামো, ঐসু খুৎ পূংতৎ তৎলে। ৱারৌবা য়াদে।

- খরদং ওইরসু কৈদৌগে। তোলোবসু ফংলনি হায়বদাইনে !

- কনানা খঙবা ? ফংলনি ফংলনি হায়দুনা কয়া কুইরে ! সত্যনি তামো, হন্দক্তি নাতে অমা চারোইদৌরি।

- ঐদি নঙোন্দা আশা য়াম্না তৌদুনা লাকপনি।

চৈরক অদুদা মী খরসু য়ৌনরক্লে। ইন্দ্রজিৎ মাগী ফম্ফমদা চঙদুনা ফম্লুরে। ঙাইহাক ফাইল অম-নী হাংদোক্তুনা য়েংই। অদুবু মপূক্লিংদি চঙদে। ময়াম ৱারী শান্নরিবদুদসু য়াওনীংলুদে।

ঙাইহাক লৈরগা হেডক্লার্কতা থবক অমতং চখোক্লুখিগে হায়রম্লগা ওফিসতগী থোরক্লে। লাইরিকয়েংবম লৈকাইদা মাগী মরূপ তম্ফাজাওগীদা য়েংলুরগে খল্লে। তম্ফাজাওদো ক্লাস অমত্তদা তম্মিন্নরকপতা নত্তনা ফান অমত্তদসু ফম্মিন্নরক্লিবনি, লুনা তিন্নবদা ময়াম হায়নরম্লিবনি। মেট্রিক চি লাউনা পাস তৌরবা মতুংদা লাইরিক তম্বা ৱায় হায়দুনা মাদি অদুম পুলিশ চঙখিবনি। হৌজিক এস-আইরা করিনো ওইরবনি।

তম্ফাজাওখোয়গী কোম্মোং মপাদো মশক হোংলম্মে। গেট অমা চাউনা শারমলে। মতমনা ফত্তবনিনা চেকশিনবা ওইরমগনি, পুলিশকী থবক্লগা ওইরে নাতৈ চাদবা মী কয়া লাক্লমগনি। গেট অদু খজিক্কং কাওথোক্লগা চঙবদা উরে, ময়ূম কন্না শাগৎলি, ফনা চাউরি, মথোনসু ফনা য়ামগদবা মাল্লি। তম্ফাজাওগী নুপীনা লাপ্তুক উবদা তরাম তরামনা ওক্লকই - হায়মা তামোনিনে, কদোমদগীনো ইথা-থাজদনা।

- কুইরে লাক্তবা হায়দুনা ঙসিদি নীংশিংলকপগা ওফিসতগী হেক্তা হৌগত্তুনা লাক্লিবা।

- মিস্ত্রিশিংগা হিসাব তৌনজরম্লিবা। ঐনা লোইনা শীল্লিবনি। মোয় বাবাদি স্টেসন থাদোকপা য়াদে হায়দুনা মোরেদা অদুম লৈখ্রে। লেঙশিনসি ইমুংলোমদা। মিস্ত্রিশিংলোমদা ওনশিল্লগা হায় - ইবুঙোখোয়, হোরেন তপ্পা তৌনরসি। লেংঙক্লিবসে নখোয়গী তামোগা য়াম্না লুনা তিন্নখ্রবা মরূপনি।

তম্ফাজাওগী নুপী মচীন লেপ্তে, ড্রোয়িংরুমদা ফমহল্লগা হায়রকই - তামো করি হানি তৌরিসিদি ? ওম্থোক্লা থাজদনা - হায়রম্লগা ইমুংদা চঙখি।

মচীনতা নত্তে মখোঙসু য়াঙই। পুলিশকী নুপী ওইগদমক্লি। মশা-মঊসু ফরমলে। লৈশারিঙৈদা পারম্বা মতাদুগা, খল্লি ইন্দ্রজিৎ। য়ূমদা চুম্না অসুম লৈরফাওবদা সনা-লিক্নোন্না পূংলং লংখ্রে। ময়ূমদা লৈহৌরিবী নুমিৎলৈগা কযাদা খেন্নখ্রবা ?

চাগা বিস্কুটকা পুথোক্তুনা থোরকই তম্ফাজাওগী নুপী - তামো, অঙাংশিংসু অমত্তা লৈতে, লোইনা মপান্দা, মণিপুরগী লাইরিক-লাইশু তম্বগী মথোং-মওং নাইদবা অদুগা ঈরাং মতাসিদা লোইনা মপান্দা থাদোকখ্রে।

- ফৈ, মপান্দা লোইনা তমহনবা ঙমলিবদো ফরিবনি।

- তামো, চাসে ফাল্লু।

চা থকপা লোইরগা ইন্দ্রজিৎনা ইকায়-ইকায়না ৱাফমদো হৌদোকই - ইবেম্মা, হোয়দা, ইবেম্মদদি ইকায়নীংঙাই লৈতেদো। হেক্তা হায়জরগে, হন্দকসে তোলোব থা তরামঙারোম ফংদবগা করিগদা নবুং মওং অমা চাদ্রে। ঐগা লুনা তিন্নরকপা মরূপনি হেক্তা হায়রুরগে লাকপনি। লিশিং তরামুক্তং পাংবিদবা য়াদ্রে। পংকুই কুইরোইদা তোলোব হেক ফংবগা - ।

- ইস তামো ! মকোক্তা বজ্রনা পানবগুম তৌই তম্ফাজাওগী নুপীদো, - পাংদি পাংনীংখ্রেদকো তামো। হায়দোক্তনা হায়রকপনি। অদুদা তৌরিবসিনিদো।

লোইনমক শোৎলগা তৌরিবনি - য়োৎ, সিমেন্ট, মিস্ত্রিগী খুৎশূমন। শঙ্গোইদা তৌরম্লিবদুনি, পৈশা খরা পীদ্রবদি ময়ামসে ঙাঙন-শক্লবা অমত্তা য়াদ্রে হায়দুনা বোরোমিস্ত্রিনা নুমিৎ খুদিংগীনি ঙংলিবসে।

ভাব তাই ইন্দ্রজিৎ। লৈতদুনবু হায়রিব্রা, লৈন-লৈনা চিংনদুনা তৌরিব্রা খঙদে। তম্ফাজাও লৈরম্লগদি মাসু অসুম হায়না লৈথোক্কদ্রা ? লৈথোক্তবসু য়াই। মঙোন্দদি কন্না হায়বসু ঙমই, মাগী নুপীদদি ঙমদে। ফরে কমদৌনি।

নুমিদাং চাক-ঈশিং চাবা লোইরগা ইন্দ্রজিৎনা ৱাদো হৌদোকই - নঙনা পান দুকান ফমগে ফমগে হায়বদো কোম্বোং মচীন্দদি কৈদৌনরুনি, পোৎসু পংশিৎ শিৎলোই। অদুগী মথক্তা দুকান শাবা ! শানবা শেনসু লৈতে। ঐনা ঙসাই হল্লকপদা ফুরাইলাৎপমগী হোটেলসে চঙদবা কুইরে হায়দুনা চঙলুবনি। হোটেলগী মচীদা পান দুকানগী থোঙদো লোনবা উবদা হংলুবা - কৈদৌরে থোঙ লোল্লিসিদি ? দেশৱালি অমা ফম্লম্বদো চৎপ্রে, ফম্লরোই হায়দুনা অজ্ঞা মদনমোহন্না হায়হৌই। অজ্ঞাগা ৱা হাইফেৎ লোইশিন্নরক্লে। হৌদোক্লবা শেন ফাওবা পুথোকপিগে হায়হৌই। নোংম-নোংমগী খর-খরা তৌদুনা হঞ্জিল্লগা লোইরে। মীনা পংহায় হায়জিনবিবা ওইরমাল্লেদা। মবুক মপাউ ফত্তবদি নত্তে।

নুমিৎলৈ হাইফেৎ ঙকই। অসুক কুইবসে পনবা য়াদদুনা লাক্লিবনি। নুপী অঙাংদা হেঙো হেঙো তৌবা, মমিৎ য়াম্বা বামোনসিগী হোটেল মচীদা পান দুকান ফম্বা ! ঙসিদি করি লাই থেংনরুবা জাৎনো ?

নুমিৎলৈ খুমদে। নোংমা ফাগি ওইননি খঙদে অওইবনি খঙদে মঙোন্দা হায়খিবদো ওনখৎতুনা হংসিরা খল্লি - নহারোলশিংনা নৎত্রগা মৈবা পায়বীশিংনা ফাদুনা ঐজ্ঞা মদনমোহনদা কন্যা কৎলবদি কমদৌবা ? অদুবু ঙসিগী ফিভম অসিদা মদু হংলুবদা নাতে চাররোই খন্দুনা তোক্লে।

নোংঙাল্লগা ডাক্তর লাকই। মচানুপীগী কাদা চঙলগা মিহুন য়েংঙি, ব্লড প্রেসর য়েংঙি, মমিৎ ফাক্তোক্লুনা য়েংঙি, মরৈ তিংথোকহল্লগা য়েংঙি। ডাক্তরগী হৌনবী করি করিনোসু হংঙি। হিদাক লোইশ্রে তাবদা চে-কলম পায়দুনা হিদাক মমিং খরা ই। অদুগা হায়রকই - হিদাকশিংসে ঙসিমক লৈবিরুচো, নোংমা ফাওবা কান্নবা তৌদনা ঐনা ইজরিবা মওংসিদা পীজবিয়ু। অদুগা হয়েংসে অলট্রাসাউণ্ড লৌনবা তৌসি।

লু কোকপদা লেন তাবগা চপ মান্নশ্রে। করিনো তৌগদবা ইন্দ্রজিৎ খনফম

থোক্কে। য়ুমদা অরং-অরাক অমত্তসু তাদ্রে। মমাগী মনাদা য়াল্লিবা অদু ফাওবা অশেংবা নৎত্রবনি। মচানুপী অতোনবীদা ওনশিনবা নত্তনা উপায় লৈতে। অয়ুক অদো অঙাং অতে তাহন্দনা হায় - ইবেম্মা, হয়েং তোলোব ফংলগা অসিদগী হেন্না ফজবা অমা শাবিগে। ঙসিমক নচেগী অলট্রাসাউণ্ড লৌদবা য়াদে, হিদাকসু খরা লৈদবা য়াদে।

নুংশিজখ্রবী মচানুপী লৈরিক্কী মনাদা সনা মচেৎ অমত্তং পল্লিবদো লৌথোক্লুনা পুবা তাখি। সাইকেল ঈন্দুনা থোরকপদা থোঙ্গান্দা হৌরিবা শিঙ্গারে পাম্বী মখোঙদা চোইজাইননা তারিবা লৈরাংশিংদুদা মিৎয়েং হেক তারুই, তাঞ্জাদুদা মতাং চানরুবা হায়গদ্রা কদোমদগীনো মালং-ইপোম্না হূমদুনা পুরকখি তোম্বীসনা শর্মাগী ঈশৈদো - খাঙুথক্কী শিঙ্গারৈ ... লৈমায়থক্তা কেল্লবোই, পাম্মুই পাম্মুই শোন্নরৈ। ইন্দ্রজিৎকী থম্মোয়দা খঙহৌদনা থুক লাউবমা ফাওরকখি, করিগীনো খঙদে।

নুমিদাংব্রাইরম ওফিসতগী হল্লকপদা হিদাক লাংথক খরগা লেমহৌবা শেন খরদুগা পুদুনা ময়ূম পাংলকই ইন্দ্রজিৎ। য়ূম য়ৌরমদাইদা পাউদো তায় - থারিকতো করিনোমা তৌরে হায়দুনা হৌজিক্তা ডাক্তরদা পুখৎখি। ইন্দ্রজিৎ শ্বাই লাউই মমিং তন্দন পাই, একাগাড়িদো থৌরিব্রা থৌদব্রা খঙদে। হোসপিতাল য়ৌবদদি লোইরমলে। য়ূমদগী  অদুম লোইরক্লবা হায়দুনি। চাক ঈশিং পীজবা লোইরগা মমাদো থবক-ইনখাং খরা হোৎনদুনা লৈরুব্রা। মচানুপীদো নুংঙাইনা তূমলিমাল্লে খন্দুনা মাগী কাদা চঙলুদবা জাৎনি। ফনা কুইরবা মতুংদা করিনো হন্দোক -খোত্তোকপগী মখোল অমা তায় হায়দুনা চঙলুবদদি জ্ঞান তারমদ্রে। মনাক্তা মা-হিদাক লিল্লি অমা তাদুনা লৈরম্বদো উবদো মমাদো লুব্রাই শাৎখি।

ঙসাই অয়ুক্কী থৌদোক মতেক অদো নীংশিংলকই ইন্দ্রজিৎ, লোয়ননা কোম্থোংদা কেলহৌবা শিঙ্গারৈশিংদো, খাংঙুথক্কী লৈরাংশিংদো। তাখিবা মাবু ঙসাই অয়ুক মচা অতোম্বীদা মানা হায়খিবদুবু ! কপ্ন-লাউনবা মরক অদুদা মখুৎতগী হিদাক ময়োম অদো লৈমায়দা তাখিবা খঙহৌদে। ❑

*[২০০৩]*

# চে অমগী ৱারোইশিন

**সরস্বতী** পূজা নুমিৎনি। মহৌশানা মতাং অসিৱাইসি খরা হেন্না ঈংগল্লি। কুমসিদি খরসু হেন্না ঈংবদৌনা তৌই। অয়ুক ঙন্তা অঙ্গৈংবদা ইমুং-মনুংগী থবক-থনা নোমদবা য়াদবী ইমা-ইবেনশিং ফাওবনা হায়নরিবনি - কুমসিগী খুৎঈং অসিদি মতা অমনি, চিক্‌চিক্ লাউনা চিকপমা য়াওই। নুমিৎ খরনিসি উনসু ফজনা তাই - ইনা কুপ্পা য়ূমথক্তা, চরূ-চনাই চাইথোক্কুনা লৈবা মফমদা ঙৌরোক ঙৌরোক চবাক চবাক।

মিৎকপ্পুদি থোকপা কুইরবনি। নিংথম উল্লেনগা মায়োক্লবা কিদুনা ফমুংদগী কৃমথদবনি। ছুটি নুমিৎ-কা ওইরদি নুংঙাইপ্লনিদা ! ওফিসসু কাদবী তোলোবসু শোয়দবী - মসিবু য়ারোইদ্রনে ! য়াবা য়াইদা। শ্রীগোবিন্দগী দেশতবু অসম্ভব করি লৈবগে ?

কাম্ছু মনুং অদুদা মঙদ্রং কয়াগা তরং-মালংদা তাউদনা লৈরিঙৈ মতাং অদুদনি তাঞ্জা-মেঞ্জা খঙদবী নোংথাং লৈমনা খাকথরকপদো - ও লেঙখৎপিরো, মৈফৃ থাগৎচরে।

লৈশারিঙৈদা ঐনা লক্লবা ওইনা নোংথাংলৈমা থোনখিবনি, মাগী অশেংবা মমিংবুদি নোংয়িনলৈমনি। ময়ামগী মফমদা নোংয়িনলৈমা ওইজরবসু ঐঙোন্দদি হৌজিক ফাওবা নোংথাংলৈমা ওইনা লৈরি - মরক মরক্তা চাননা নোংথাংমক ওইরিবনি। মাদি ঙসাইনা ৱাইশিৎ-ৱাইরম লোইদুনা ঈরু-মায়থজখ্রবনি। গৌরিয়া কনখ্রবী ইমাবোকপু য়াননবনি খঙদে মশানা পামজদুনা তৌবনি খঙদে মসি মাগীদি হেম্ফদবা অমা ওইখ্রবনি। মনাতোন্দা শাংতক তৌবা চন্দোন মচা অমসু নমগনি। মসি মঙোন্দদি ৱাশি য়াম্না লৈ। ইমাবোকতি ঙসাইনা গোবিন্দগী মংগ্রাতি য়াওবা চৎখ্রে।

অহানবা ৱার্নিং অদো থৌশা-ৱাশাদদুনা অদুম হীপতুনা লৈবদো উবদা মাগী খোয়দৌ শাগৎপীদো খম থেংখ্রমাল্লে হুন্দকমুক্তি ৱাহৈ-ৱাতা খোল্লৈ- খোন্দা হোংলকই - শাবী ইনেম্মচা নুংশিবও, থংলেন মাঞ্জা পাম্মুবও, য়াকাইবিরো কৈদৌগে, কোরৌনা কোকতোন য়ৌদৌরে।

- করিনোনে নঙবু ঙাওরব্রা, অঙাংশিং তারগা করি খনগনি, হৌজিকপু অদুঙৈগী শৈশক-শৈরোল নীংশিংলক্লিবসিবু ?

- তানীংলগা তাজসনু, হৌগৎলু হায়বা য়াদ্রগদি জাৎ-জাৎ তৌরকখিগদৌরিবনি।

শীংনবা য়াদবী নোংথাংলৈমনি। অদুবু মানা হায়বদো খরা য়াবিরবা, মাবু খরসু থাগৎপিরবা অদু ওইরবদি কুইহৌদে ঈংথরকই, তপথরকই।

ফমুংদগী কৃমথরকপদো উবদা খরদি তেথরমাল্লে, হায়রকই - মোয় মপাবু থবক য়াম্না চিল্লি হায়বদাইনে, সেমিনার পেপার ইবা লোইশিনগনি হায়বদাইনে।

কাউবু কাউথোক্লুরে, সেমিনারদা পাগদবা চেদো ঙসি শোয়দনা পীগনি হায়খিবনি। 'খুন্নাই য়াওল নৈনলুপ'কী কাঙবুদো ফনা তোয়না লাকখ্রবনি। ফরসু ফৎত্রসু ঐঙোন্দা য়াম্না থাজনা ব্যবহার তৌজবা কাঙবুনি। সেমিনারগী হীরমবুদি ঐনা য়াম্না তোয়না মিটিংদা করিদা নৈনবা হীরমনি - সমাজদা নুপীগী ফিভম। পেপারদো লোইশিনগদবা খরদি ৱাৎলি। নোংথাংলৈমনা খাকথরমদ্রবদি ঙসিসু চোপ্লমগনি।

চীন-খা শেংদোক্লগা মৈফৃ মনাক্তা থারিবা মোরাদুদা ফমথৈ। মৈ ড্রুং ড্রুং চাক্লিবদো পাম্মুদুনা ঐনা হায় - কেতলিদো পুরক্লোদনা, চাগী ঈশিং থাঙ্গৎলসি।

- মোয় মপাসু নোংফাদোক্তি থাঙ্গৎপিবা য়াইদনা। ওনশিন্দুনা হায়রকই।

- ঈশিং কয়াম থাঙ্গৎকদগে হায়বদু খঙদদুনা তৌবনি।

- খঙলোই, পুন্সি চূপ্লসিমা অদুম খঙদদুনা লাক্লবনি।

নোংথাংলৈমসে ঙসিদি মওং অমা তৌই, ঙরাং অনৌবা লিক অমা শাবগী মতাংদা ঐনা খরা ঙাঙখিবা অদুগী ৱারৌরিব্রা। লিক অমা লৈনা লৈনা অনৌবা অমমুক শাদুনা শেন অদুক য়াম্না নমশিনগদৌরিবসে করিগীনো হায়রুবগী ৱাতনি। অদুগী শাউনীংবা ওইরম্বসু য়াই। মচীন্দা ঙাঙজরবসু কেতলিদো পুরক্তুনা মৈফৃ মথক্তা থাঙ্গৎলৈ। ঈংবা কৌবনিনা মাসু মৈফৃ মনাক্তুদা ফমথগে তৌই।

তাঞ্জাদুমক্তদা ঐগী হৈনবীদো ঙাইঙমদনা মথি ফোঙলকই - অঙাংশিংদুবু হৌগৎখ্রবরা ? লাই নুমিৎনি ঈরু মায়থজবিদুনা মফি-মরোল অশেংবা হোংদোকপিবা ফৈ। অদুঙৈগী মতম ওইরবদি ঙসাইনা লাই লৌখৎপনি হায়দুনা বাজাইনে বেংগুন্নে মায়কৈ মরি পৃংনিল নিল্লনি।

- পোরম অদুক খঙবা নঙদি ঙসাইদগী কৈদৌনা লৈবগে ?

অসুম হায়না ওনখৎতুনা চিক্লক্লনি হায়বসি থাজরুদে। করিনুংগী

হায়জরুবনো খল্লকই। অদুমকপু ঐসু তরাই তরাইনা শামায় লৈবদি তৌদে, ঙম্নবা খুমই - নহানমখে নঙনা তৌবদুদা ...।

- নোংফাদোকসু মপানা তৌবদি য়াইদনা। মপানা মচাশিংবু হৌদোকপিবা য়াদে, ঈরু-মায়থজবিবা য়াদে হায়বসিবু করম্বা লাইরিক্তা য়াওবগে, করম্বা শাস্ত্রদা পনবগে ? নোংমফাদোক মপানা মচাগী মফি-মরোল শূদোকপিবদা ভাগবত মাংগদবা লৈতেনা, নোংমদোন অতিয়া কীন্থরক্কদবা লৈরোইনা।

- হোয়নে, ভাগবতসু মাংলোই, অতিয়াসু কীন্থরক্লোই অদুদা মসিদি ডিভিজন ওফ ব্বার্ককী ব্বানি, নুপীগা নুপাগা থবক শীন্দোক্লবগী, য়েন্থোক্লবগী।

- খঙঙে খঙজরে, থবক য়েন্থোক্লরিবনি হায়দুনা নুপীদা লোইনা - মীরোনবা, অঙাং পোকপা, অঙাং য়োকপা, কোল্লিক-ব্বাইরম শেংবা, ফিশূ-ফিজাম্বা, চাক-ঈশিং থোংবা, কৈথেল কাবা ...।

- ঙাইখো ঙাইখো নঙগীদো এক্সপ্রেস গাড়ি থৌবদৌনা তৌরে। ফাগী তাথোক্লবা ঐনা হোৎনৈ। নৎত্রবদি নোংথাংলৈমগী নোংথাং অসি লাক্ল-ফানবা য়ারোইদৌরি।

হায়গুম্মদুনা খজিত্তং তপথরকপগুম তৌই, হায়রকই - নত্তে, ঐনা হায়জবদি ইমুং-মনুংগী থবক-থনাসিসু খরা খরা পুমিন্নসি হায়বনি। মোয় মপানা লাইরিক-লাইশু ইবদনি খঙদে মিটিং-ফিটিংদনি খঙদে ঙাঙলিবা পল্লিবা ব্বারোল ময়ামদো য়ূমদসু মমি খরদংতা ওইরবসু তাহনসি হায়বা। চুমনা নুপীগা নুপাগা খেন্নবা লৈতে, নুপীগা নুপাগা রাইট মান্নে, নুপী-নুপা থোং মান্নরগতদা সমাজ অমা নুংঙাই-য়াইফগদৌরিবনি হায়দুনা পংলাউতা লাউবদুনদি করিমতা কান্নরোই।

নোংথাংলৈমনা থিল্লকপা কিকশিংদো ফনা নানা পাল্লে, ঙাকথোকপা ব্বানা থোকই। সরেন্দর তৌবনা ফরগদ্রা খন্দুনা ঐ খুৎ থাঙ্গৎলে। খুৎ নামতনা খূবাক খুবা য়াদবনিনা নোংথাংলৈমসু থোইনা মখা তারকখিদ্রে।

পূং মাপন খরা হেল্লকপগী অদুব্বাইদা ফিরোল শেৎচিন্দুনা স্কুটর অদো ঈন্থোক্লে। জি এম হোলদা ঙসিসু সেমিনার অমা লৈ। এমপব্বারমেন্ট ওফ ব্বুইমেন, হায়বদি নুপীদা মপাঙ্গল হাপকৎপগী মতাংদা নুপীগী অনৌবা সংস্থান অমনা শীনবনি। মণিপুরগী মশক নাইরবা নুপী কয়ানা ব্বা ঙাঙগদৌরি - শ্রীমতী মুখরাম্না, ডাক্টর যামিনী, প্রোফেসর বিমলানচিংবা, অদুগা মহারাজকুমারী বিনোদিনীনা চিফ গেস্ট। চত্তবা য়াদে, ঙাইহাক্তং ওইরবসু শক উৎলুদবা য়াদে, নৎত্রবদি উন্নবা মতমদা ব্বারৌ পুক্লৌগী তেন কাপ্লক্কদৌরিবনি। হৌববুদি পূং নিপান মখায়দা হৌগনি

হায়বনি। অদুবু মণিপুরদা কনানবু মতম চানা সেমিনার, কনফরেন্স, মিটিংনচিংবা হৌবগে ? পূং অমা নৎত্রগা পূংখায় অমা হায়বসিদি অদুম থেঙগদৌরিবনি, মণিপুর টাইম হায়নরিবনি। অদুগী মথক্তা নিংথমথাগী অয়ুকনি, 'সুক ঈংগ্রবসিদা কনানবু' হায়দুনা থেঙনরক্কদৌরিবনি।

গাড়ি স্টার্ট তৌগে তৌবদা কৃপথগনবী নোংথাংলৈমনা হংলকই - চাক্লা কমদৌবা ?

- সেমিনার মফমদা চারনি। ব্রার্কিং লঞ্চ তৌরি হায়য়ে।

চহী খরসি ব্রার্কিং লঞ্চ চাবদা ব্রারে। চাদবসু য়াদে, মরূপ-মপাংশিংনা থব্রায় য়াওনা শীল্লিবনিনা - সেমিনারদা, সিম্পোসিয়মদা, কনফরেন্সতা, মিটিংদা, ব্রার্কসোপতা ব্রার্কিং লঞ্চ য়াওদবা য়াওদে। ব্রার্কিং লঞ্চকীদমক শেনফম চাউনা চাউনা কাইথোকনরিবনি, মসিদা হরাওনরিবনি। য়ূমদা চরা অমা চাদবদুনা য়ূমগী খরচ হন্থুরিব্রা হায়বদুদি খঙদে। অদুগা মসিমদি শোয়দ্রবনি, লঞ্চ লোইবগা মী খাইবোক অমদি অদুম মাঙথ্রগদবনি।

নিংথমথাগী খুৎঈং অদুদা স্কুটরসু নিঙাই চাউখ্রে, স্টার্ট হৌ হায়বা হেক-হাক য়াদে। স্টার্ট হৌনবা স্কুটরগী কিক্কা কন্না কাওথোক-কাওশিন তৌনরিঙৈদা কদোমদগীনো লান লাকপদৌনা লাউন-খোংনবগী মখোল অমা কন্না য়ৈরকই। মনীংলোমদগী ওইরমাল্লে, মাইবমগী ইতৈমা মায়পাকপীগী মখোন মাল্লি নোং খাকপদৌনা খাক্লক্লিবসে - ও লৈকাই লৈকাইশা, মী হাৎলে মী হাৎলে ...।

চান্ননা হাৎলমগদবদি মান্দে, অদুবু য়ূমলোন-কৈরোন্নবা কৌবনিনা চেনশিল্লি। নোংথাংলৈমসু ইমাবোকসু তুং ইল্লকই। লৈকাইগী কনা কনানোসু চেনশিল্লকই।

মাঙ্গোলগী কাচিন্দুদা ইতৈমা মায়পাকপীগা তায়াইগা নম্নদুনা লৈরম্মী, ইতৈমনা মথক্তা তায়াইনা মখাদা। মথক থংজরবসু শিরে শিরে হায়না লাউরিবসে ইতৈমনি - শাংলবা মশমদো তায়াইনা খুবামচেৎনা পায়দুনা ঙমজবী থাদুনা চিংবদুদা খাঙবা ঙমদ্রবজাৎনি। অদুবু মাসু তায়াইগী মখুৎ ওয়দু থাদোক্লমদে, লৈথেক্লুনা পায়রম্মী। মসি মাগী হৈনবী লৌনি। মাগী লৌসিনা লৈথেকপদগী নহানমুকসু তায়াইগী মখুৎ ওয়সি ফনা কুইনা বেন্দেজ পুন্দুনা লৈরুরবনি।

মখোয় অনীগী লাঞ্জাও অসি হন্দক মরক খরা তোয়রে। তায়াইনা য়ু ঙাওদুনা থেঙনা হল্লক্লগা কোয়লাউ লাউরগনি, ইতৈমদা খৎনবা হৌরগনি, পোৎচৈ লংখাইগনি থুগাইগনি, মতৈ-মনাও ফূনগনি চৈনগনি, য়ূমলোন্নবগী তূম্বা

থুগাইগনি। মরক মরক্তা অহিঙ লোইশিনবা য়াহৌদদুনা অয়ুক্তা মখাগী অধ্যায় চখবসু য়াওরকই। ঙসিগী অসিসু ঙরাংগী মখা চখরকপা অধ্যায় মাল্লি। তায়াইদো ঙরাংগী মনম কোক্ত্রি, হাইরং হাইরংসু তৌরি। অদুনা ওইরম্বা তাই ইতৈমনা লায়না কাচিং দা নমশিন্দুনা থম্লম্লিবদো। তৌবগীদি, ইতৈমগী মশাদো নূংনি।

মথক থংলিবা ইতৈমনা লাউরি - মী হাৎলে, মী হাৎলে। মখা থংলিবা তায়াইনসু লাউরি - হাৎলগে, মসিতা হাৎলগে।

অনীদো ময়াম চঙদুনা শেৎতোকপনে ফাক্তোকপনে তৌদুনা চিংথোক্লে। ইতৈমদো ফনা শাথীনা নাবা জাৎনি, কপ্পা কপ্পা ব্রাকৎলকই - য়েংঙুনে কয়া শাথীখ্রবনো হিংচাবসে, শমসে কয়া য়াম্মা ফোয়দৎলবনো ! হিংচাবসে, হিংচাবা ...।

তায়াইসু অয়ো অয়ো হায়না খাঙনবা হোৎনবগা লোয়ননা অঙম্বা থাদুনা চৈরকই - হায় হিংচাবী, খুৎসে অমুক্তা লৈথেক্লবনিনেসে। নঙ ঙসি, ঙসিমক নপামদা চৎখ্রোকো। হৌজিকমক, হৌজিকমক হায়রিসিনি।

- চৎলোই, করিগী চৎতৌরিবা ? তৌঙশ্বীদো পুশিল্লক্কে হায়রিব্রা ? পুশিল্লকপা য়ারোই, শুকয়া হেক য়ারোই। পুতা পুরকউ - শেগাইগে।

ইমাবোকতো তূমিন্না তাদুনা লৈবা য়ারক্ত্রমাল্লে, চৈরকই - করি নুপীনোহে, নিপাগী চীন্থক্তা পংখুমতা খুল্লদুনা। নিপাদা নখুৎ হনবগী খুৎ অদো নিকপা শোয়দ্রবনি।

নোংথাংলৈমদো ইনাক্তা লেপ্লম্মী, ঐবু তাহন্না মুরুম মুরুম শোল্লকই - তৌবক্লনি ইমাবোক্কী হৌনবী। মখুৎ নিক্কদববু ওইরবদি নহান্না নিক্লনি।

ইনে থরোসু শাউনিংলুরমাল্লে, ইতৈমা মায়পাকপীরোমদা ওনশিল্লগা চৈবকই - করিনোনে, করি নুপীনি হায়গে ? নুপীনবু নিপাগা মান্নবা য়াব্রনে ? নিপা হায়বসিদি চামগী মপূনি। ঐখোয়সু নহা ওইরক্লিবনি। ঐখোয়দি কোয়নীংলগা কোয়জৌ থিনীংলগা থিজৌ হায়দুনা তূমিন্না লৈথোকপিরকই।

মণিখোম্বগী নুপী, মৈরা পায়বীগী কৈনোমা ওইবী মণিশংদো নোংথাংলৈমগী মনাক্তা লেপ্লম্মী, মচীন্দো ফাজিন্দুনা লৈবা য়ারক্ত্রমাল্লে হায়রকই - মদুদি মথাই থাইনা শাই কক্লিঙৈগী ব্রানি। হৌজিক্তি কদায়দগী ? নুপানা তৌনীংবতা তৌবা কদায়দগী য়াগদগে।

ঈরাং অদো নেমথখ্রবা মতুং ঙাইহাক লৈরগা য়ূমদা হল্লক্লে। স্কুটর অদো ঈনশিল্লগা ফি হোংদোক্লে।

নোংথাংলৈমনা ঐগী ইতৌদুদা হংলকই - কৈদৌরে ফিরোল-ককা হোংদোক্লবদি, সেমিনার চৎলরোইদ্রা ?

- চৎলরোই। নৈনলূপকী সেমিনারদা পাগদবা চে অদুগী ৱাৎলিবা শরুক অদো লোইশিল্লগে। শারিঙৈদা য়ৈহৌ হায়নবদাইনে। শারিঙৈসিদা লোইশিলহৌরগে।

নোংথাংলৈমদো ঙক্লিবরা হরাওরিবরা খঙদে ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকই। ❑

[২০০৪]

## মকু মঙ ওইরবসু

**নমাবু** কদায় চৎখিবগে ? ইচাশিংদা ঐনা হংই। যূমদা হৃঞ্জিল্লকপদা মমা লৈরমদ্রবদি ইনুং হেক নুংঙাইতে। খঙদে, মসি মী অতৈদসু তৌরিগদ্রা।

- জুয়েল হাউসতা চৎকনি হায়রম্মী।

নুপীমচা য়াইমবী অনুপমানা খুম্মকই। মচীনসে মানা খরা য়াঙই। মচে অনুরূপাগা মান্নদে। মমা-মপা অমত্তনা পোক্লবসু মান্নদে। লাইরিক ফবদি মচেনা হেল্লি। হন্দক টুয়েলব থাগদৌরি। ওজাশিংনদি তরাগী মনুংদা শোয়দনা চল্লক্কনি হায়, ঐখোয়নদি মকোক থংলক্কদ্রা হায়না আশা তৌরি। মখা তমথবগী মতাংদা মমাগা ঐগা মোত খেন্নে। মমানা মতমসিদা ময়াম্না পাম্নরিবা ডাক্তর তমহন্নীংই, অদুগা ঐনা দিল্লীদা অফবা কোলেজ অমদা তমহল্লগা আই এ এস কাদো হোৎনহন্নীংই। মসিদনি ইবাইহন্না কন্না শাউরিবসে।

- থাখো থাখো নচাশিংদো লোইনা দিল্লীদা। মপান্দা লাইরিক তম্বা থাখিবা নুপীমচা কয়া হল্লকখিবগে হায়বদো খঙলিবা নৎত্রনে ? মমিংনগা লোইনা ময়াং মমিং থোনজিল্লে !

ময়াং মমিং থোনবসিসু মহাক্কী অশাউবী অমনি। ঐখোয়না ফজরে হায়না থোঞ্জরিবা - অনুরূপা, অনুপমা, অনুরাধা, অনুসুয়া মিংশিংসিদা মহাক্না নোংমতা মমৌশিংসিবু কৌবোই। মহাক্না থোঞ্জবা মমিং লৈজে, মদুদা কৌগনি - শকহেনসনা, থাদোইসনা, থোইবীসনা, খোমদোনসনা।

ইবাইহনগা লেংগা ওইনা হৌমিন্নরকপনিনা পংকোই কোইনদে। অদুনা মরক মরক্তা ঐনা ফাগি ওই করি ওই হায় - ঐখোয়দি নিংথেমচাসু নত্তে, ইবাইহন্না ইচাশিংগী মমিংদা সনা নপাশিনবিরিবসি ঐদি ওস্থোক্না ইকায়জখ্রে।

- ময়াং মমিং থোনবদি ইকায়দ্রনে ? ইবাইহন ফ্রং শাউগৎলক্কদৌরিবনি।

ঐসু হেক-হাক তোক্লোইদৌরিবনি - ইবাইহন্না খোমদোনসনা থোল্লিবসিবু ব্রাহস্থোক য়াওরিব্রনে ? ঐখোযনীগীসে খোমদোন ওইরোইদৌরি, মখাদা অমসু তাথরক্কদৌরি।

তাশিন্নবোই তাশিন্নদবোই ইবাইহন হৌগৎতুনা চৎখিগদৌরিবনি।

ঐখোয়বু নুংশিদি নুংশিবা জাৎনি। ইচানুপা অমত্তং য়াওদবসিদা মচন্নুপীগা মশেন্নুপাগনা ইনুং নুংঙাইজদে হায়বসি মঙোন্দসু ফাওবগুম তৌই। অদুনা মাইব-মাইবী লাই-তীন অখণ্ড-অহে কয়া তান্নদুনা তৌবা য়াবা কয়া মহাক্লা তৌবিরক্লিবনি। হন্দক্তি ইবুধৌনা শোয়দনা কুবিরক্লনি হায়না কয়ারক হায়খ্রবনি। অদুবু ইবুধৌসু ওস্থোকপা হায়বদুনি ! মচা-মনাইনা অসুক মপূক্লিং চঙনা থৌনিজবসিদা থৌজাল-মিৎয়েং তাবিবা লৈতে। ইবাইহন্নবুদি হায় - নখোয়না লাই-তীন থাজদবসিদা ...।

তশেংনা হায়রবদা ঐবুদি লাই-তীনদা থোইনা থাজবা তৌদে। অদুনা মমাদা হায় - লাই-তীনদা আশা তৌবসি তোক্লসি। নুপী ঙাক্তা পোকই হায়দুনা অদুক শাথীনা নুংঙাইতবসু তৌনুসি। ঐখোয়দি অমরোমদা লাইবক ফখ্রবা হায়বদুনি। নঙগী নমান্নবী লাইশোমগী লক্ষ্মীসনাখোয়দি মমিৎতা মচা অমত্তা উবা ফংজদ্রিবদুনি। মখোয়গা য়েংনরুরবদি ঐখোয় লাইবক ফৈ হায়বা তাই। নুংঙাইতে মখোয়গী খল্লুবদা।

- নমাদুবু কয়া কুইরক্কনি হায়রমগে ? মখোয়গী জুয়েল হাউস চৎপসিনবুনে !

- কুইরক্লোইদি হায়রম্বনি। অনুপমানা খুন্নকই।

হায়গুম্মদুনা ঙাইহাক লৈরগা মমাগা মচা অনীগা হল্লক্লে।

- মোয় বাবা, কয়া কুইরে ? ... সে সে কৌখা বোরাগা পাক্লমগনি, কৈশামপাৎতগীনি, মোয় বাবানা পামজবদো, ফোঙ ফোঙ শারি।

পায়রক্লিবা ময়োমশিংদো ড্রোয়িং রুমগী সেন্টর টেবলদা থমই। মাগী মায়থোঙদো হরাওবগী মমি অমা তাবা উই। ঐনা হংদ্রিঙৈদো মানা মখা তাথরকই।

- লক্ষ্মীসনাগা জুয়েল হাউসতা চৎমিন্নরুবা। লাইশোমগী লক্ষ্মীসনাদো। মাগী লিক অচৌবদো কায়থোক্কনি হায়য়ে, ঐবু লৌশিনহৌরো হায়দুনা ফোন তৌরকপদগী চৎমিন্নরুবা।

- মানা ফোন তৌরক্লিব্রা নৎত্রগা নঙনা শুৎ শুৎ নমদুনা থিরুরিব্রা ?

- ঙাইখো ঙাইখো, পাখৎখিনু। ঐ প্লেট লৌথোক্লুখিগে। চাকশঙদগী প্লেট অনীহুম লৌরুরগা কৌখা বোরাগা পাক্লমগদো ময়োমশিং অদু হাংদোক্লগা য়েস্থোক য়েস্থোক্লা হায়রকই - লাকও লাকও ইচাশা, ফোঙ ফোঙ শারিঙৈসিদা।

ইচাশিংসু মপাদৌনা অচাপোৎশিংদো পাম্বনিনা ঙাইঙমদে টেবলদা কোয়শিল্লকই।

- অদো মোয় বাবা, লিকসে লৌদি লৌহৌরসিকো। ঐদি শোয়দনা লৌরনি

হায়রম্লবনি। অশামলদতা লুপা লিশিং মঙা, মঙানি, মদু ওইজদৌরিবনি, সনাগী মমলসু খরা য়েংগে হায়হৌই।

হন্দক তোলোব এরিয়ার লুপা লিশিং য়াঙ্খেমুক ফংগদবা লৈ। ঐনদি লৌ খরা লেপশিনহৌসিরা ব্রাখল তৌরি। মরকসিদা কদায়দগী নুংশিৎ অপাইবীনো ! অদুমকপু খন্নদবদি য়াদে, অদুনা ঐনা হায় - লৌ খরা লেপশিনসি হায়দুনা ঐনদি মোইরাং মখাগী মরূপ অমদা কন্না ব্রা লোইশিন্নবা তৌরি।

- হৌজিকপু লৌ লেপশিন্দুনা কনানা শেন্নবিগদৌরিবনো ? খরদং লৈরিসি ফাওবা হোৎনবা ঙমদ্রে - অদু তৌরে অদা তৌরে হায়দুনা লৌশান অমুক্তা শুনা ফংদ্রিসিনি। হৌজিক্তি সনা লেপশিনবসিনা মফরবনি। সনা হায়বসিদি কনানসু মমিৎ চাউদে, মমলসু নোংমা কাংদনা জৃজ্ হাইগৎলক্লিবনি। করিগুম্বা অথুবী অমগীসু দরকার লৈবগা হেক্তা কায়থোকপা য়াই।

সনা লেপশিনবগী কান্নবশিংদো মথং মথং হায়থরকপদুদা ঐ হাইফেৎ পঙথবগুম তৌই, নোকফেৎ তৌদুনা তায়।

ঐগী ইতৌদুদা শাউনীংলক্লমাল্লে, হায়রকই - ফরেনে, ঐবুদি হনুবী ফারবনিনা করিসু শিনীং-চানীংজদে, অদুবু নচাশিংসে লোইনা লৈশাবী ফারক্লে হায়বসিমদি অমুক্তা খন্থবিয়ু।

মচাশিং লোইনা লৈশাবী ফারক্লে হায়বসি থোইনা লানবা নত্তে। লৈশাবী ফারক্লবদি শিনীং-চানীংবা হায়বসি মশানা তারবনি। অদুগা মচাশিংগী মমা মশামকসু হনুবীমক্তি নৎত্রিদনা ! মাসু মমান্নবী লক্ষ্মীসনানা মঙক তেকথমখৈ, মনা চেপথমখৈ শিরি-চারিদো করিগী মিহৌরোইদগে ? চুমই, মপা অমা ওইনা মপুরোইবা অমা ওইনা ঐনা জ্ঞান তাফম থোকই।

- ফবে ফরে, খন্নবা হায়দুনি।

- হোয়নে, অদুম হায়না জ্ঞান তানসি হায়বা। ফরে, ঐ চা হাউনা লোল্লুখিগে হাযবম্লগা হরাওনা হৌগৎখি।

মমানা হৌগৎখিবগা নুপীমচা অতোম্বী অনুসুয়ানা ঙসাইদগী খৌরাংনা তাঞ্জা ঙাইবকপদো ফংলমাল্লে হংলকই - বাবা, ঐগী লাইরিক হায়দো লৈবিরক্লব্রা ?

- ইহে কাউবু কাউরুরে। বেগ মনুংদা য়াওরিবনি। অহনবা ফংদদুনা অমনবা অমা লৈরক্লবনি, মমলসু তাবদুদা।

- ঙম্মোই ঙম্মোই, ঐ লাইরিক অমনবা পামদে, সুকপাম পামদে হায়রিসিনি। অনুসুয়ানা থম্মোয় শোক্লা পামদবগী মৈরী ফ্রং ফ্রং কাপথোরকই।

নীংশিংলকই ঐসু অঙাং ওইরিঙৈদা অহন-লমন্না লাইরিক অমনবা লৈবিবা সুকয়া য়াখিদে, লাইরিক অমনবা পারগা হৈরোইদবোই খনখি। তশেংবসু লাইরিক অহনবা হায়বসিদি য়েংবদা ফজৈ, পায়নীংই, লামায় ফাক্তোক্লুনা ফজ ফজবা লাইশিংদো য়েংনীংই, লাইরিক অহনবগী নুংশিরবা মনম অমসু লৈ, হন্না হন্না পায়দুনা নমনীংবগী নুংশিরবা মনম অমা।

অদুমকপু ইচাদা মদুমক্তি হায়বা য়াদবা মতাং থোকপনিনা মপূক্লিং খরা ফাথবা য়ানবা ঐনা থেমই - ইবেম্মা, ইচানা হায়রিদো ইপাসু য়াই, অদুদা লাইরিক অহনবদি হৌজিক হৌজিক ফংদে, ছাপা তৌরি হায়, থা অনী-হুম চঙখিগনি।

তাঞ্জাদুদা মমানা ট্রেদা চা কপ খরা হাপ্লগা পায়দুনা চঙলকই। মচানুপী থেম্বা য়ানবা হায়দুনা মমাদা ওনশিলি - য়েংঙুনে, নমাসু সেকেণ্ড হেণ্ডগী লিক লৈদৌরিসিদি।

- করিনো মপা-মচাগী ব্রাফমদা ঐবু পকশিনবিরক্লিসিবু ? মমাদো খংপ্রেক খংবগুম তৌই। ব্রাহৈশিংদো ভাব তানা নৎত্রগা তাদনা কাপথোরক্লিব্রা খঙদে।

- খঙদে খঙদে ঐদি হায়জরিসিনি, ঐদি লাইরিক অমনবা য়ারোই হায়রিসিনি।

অনমকনবী ইচাগী মগুণ ঐ খঙই। মহাক্তা নত্তে, মখোয় মরিমক্লি। মমা লৌদুনা তৌরিব্রা মপা লৌদুনা তৌরিব্রদি খঙদে। মরূপ-মপাংশিংনদি ফাগি তৌই - কৈনবু ময়েক মাঙবা হৌনব্রা ?

মচিং লৈবী ইচাবু থেমজিল্লি - হোয়দা ইচানা পামদ্রবদি হয়েং হেক হন্দোকখ্রগা লোইরে।

অঙাং অদো মপূক্লিং খরা তপথবগুম তৌই। মমাসু তূমিন লৈখি।

নুমিদাং অদো মমানা লক্ষ্মীসনাগী লিকচাউদুগী থোইদোকপা মশক-মওং, নৃং কয়া থিনবা, করি করি মচুনা থিনবা, হৌজিক হৌজিক শারবদি কয়াম্না চঙগদবা অসিনচিংবা ব্রারী চথরকখি, মদু তানা তানা ঐ তূমথখি।

অদুদগী নোংঙাল্লমদাই ওইরিদ্রা, কাংখল হাইদোক্লুনা মমানা ঐগী ফমুংদা কাখৎলকই।

- করিনো নোংঙাল্লমদাইসিদা ? অঙাংশিং তাখিনি মতাগুম নাশোন পিক্লা ঐনা হংই।

- ঙাইখো, অদু-অদা নত্তে। হৌজিক্তা মঙ অমা মঙই হায়বা। শাথীখ্রবা মঙ অমা।

- এরা মঙগী ব্রাবু !

- তাওনে, লক্ষ্মীসনানা লাক্লগা হায়রিবা - ঐগী সনা লিক্লোন পূম্নমকসে

লৌজখ্রো, অদুগা নঙগী নচাসিনা ঐ লৌজখ্রগে হায়ররিবা। বিষ্ণু বিষ্ণু ঐ শ্বাই লাউখ্রে। হৃমাং অনপ্পী কাংঙিসিনি।

- এরা অদুবু ওইবা য়াব্রনে। মকু মঙনি হায়না হেক খন্দোকউসে।

- অদু ওইরসু লক্ষ্মীসনাগী লিক অদুদি ঐ লৌজররোই।

ঐ মখা অমুক তারুদ্রে, ফরেদা খল্লকই। অদুবু অন্ধবিশ্বাসনি হায়বা খঙনা খঙনা ঐঙোন্দসু শঙ্কা অমদি ফাওরকই। মরাল লৈজদবী লক্ষ্মীসনাদা মহাক্কী চিংনবা অমা হায়দোক্তনবু ওইরবসু লৈদৌরিবদো খল্লুবদা মদুগীদমক্তা নুংঙাইতবা অমদি পোল্লকই। ❑

[২০০৪]

## চক্রব্যূহ

**অহিঙ** নোংয়াইদুদা থোঙ থীল্লকপগুম তৌই। কনাবু ওইরিগবা, মঙলা হারা ভাব তাদে ! নোংসু ফূদিৎ ফূনা চুরি, ঙরাংদগীনি ইঙেলগী অতিয়ানা হৈথরিবসি অতৎ-অখম লৈতনা। থামম্বা মতম্লগা ওইরে, মৈনগা লাক্কে, মসিদবু কনানো, কয়াদা মথোং হুকখিদ্রবনো ?

থোঙ অদো অমুক্কা থীল্লকই। মঙ-হামক্তি নৎত্রমাল্লে। অদুবু কনা ওইরিগবা ! থামম্বা নোংজুগী অহিঙ নোংয়াইসিদা থোঙ থীল্লদ্রবদি ইয়ামক য়াদ্রবা জাৎলা ? অদুবু থোঙ হাংদোকপদি হেক্তা য়াব্রা, মতম অসিগী মথোং মরম খঙদবা খুৎলাই পায়বা ভূত-প্রেতশিংদো ওইরম্লবদি ?

হন্দকমুক্তি থোঙ থীনবতা নত্তনা মিংসু ফাদুনা কৌরকই - গৌরমণি, ও গৌরমণি, ... ঐনিনে ঐ ... তারিব্রা নুপীমচা ... ঐনিনে ...।

মমান্নবগী মচানুপীনি হায়দুনা ঐখোয়গী নুপীবু য়াম্না লুনা তৌজে, নুপীমচা হায়বদগী হেন্না মমিং ফাদুনা কৌদে। মখোল অদু খঙদবা নত্তে, অদুবু খঙলবসু চিংনবদি কোক্তে। লানতেনগী মৈরী অদো লৈখৎলগা থোঙগী নাকচি তপ্না তপ্না কাঙদুনা য়েংই। নুংশা থীনিংঙাই ওইদ্রমাল্লে খঙলদুনা ঐখোয় অনী মপান্দা থোক্লে। ব্রাং-চাউরবা অবয়ো-মূর্তি অদো মাঙ্গোন্দা লেপতুনা লৈরম্মী। মাগী হৈনবা ময়া অদো ইহি-হিগৎলকই। নোংনা পূমচোৎ চোৎলে।

- তা-মহাবীর ! অহিঙ নোংয়াইসিদা ... ইমুং চঙসি।

- ইচোৎ চোৎপসিদা ...।

- চোৎচসনু চোৎচসনু।

তা-মহাবীর, মহাবীরতা মহাবীরনি। ব্রাং চাউবতা নত্তনা মশা মন্ডুসু য়াম্না ফৈ, মরৈ মরৈ তায়। ইমুংদা পুশিল্লগা মোরা অমদা ফমহল্লে। নুংশাসোর থবেৎ থবেৎ হোনবগুম তৌই, মমায়-মমিৎ ইথক-থক্কৎপগুমসু তৌই, মপান্দা উৎথোক্তনবদি হোৎনৈ।

ঐনা হংদ্রিঙেদা হায়রকই - ঐ হৌজিকমক মণিপুর থাদোক্তুনা চত্তবা য়াদ্রে। সিফাইনা য়ূম পূমকোয় কোয়শিলহৌরে। ঐ নাম্থোক্তুনা চেল্লক্লিবনি। লুপা খরদং

পীদবা য়াদে, চানীমুক্তং ...।

অমম্বদুদা ঙসাইমখৈ উরুদ্রে মরাইবক্তা শিন্থরিবা ঈদো।

- কৈদৌরে লাইবক্তুদি, ঈ ঙাক্ত ... ?

- কৈসু তৌরোই, খোংবান চোংবদা করিনোমনা খেৎখ্রমাল্লে।

লৈম্নানা ডেটোলনচিংবা পুথোরক্তুনা তৈথোকপিরগা ফি মচেৎ অমনা য়েৎশিনবিরে। মাদি মদুদা করিমতা থৌশাবা উদে।

- কদায় শেন হায়বদো, ঐ চৎলগে।

মাগী শেন তোনবদৌনা থৌরকই। পংকুই কুইদ্রিবনি, থামুক মমাঙদসু লুপা চামঙা পুথোক্তুনা থানাদগী মাবু লৌথোক্লুবনি। খরগমুক পীদুনা নাগালেন্দগী কেস অদো ককথৎলুবনি। শেন লৌখৈ লৌখ্রগা থানানা কেস অদো ককথৎপিদ্রবা জাৎলা !

- অঙাংশিংদি কমদৌবা ?

- মখোয়না থোকপা তৌজনি। নখোয়সু লৈরিদনা।

হায়রগা শেনদো ফংবগা, ঐ চৎলে, হায়দুনা ফৃক হৌগত্তুনা থোকখ্রে, মন্নবা নোংজুগী অহিঙদুদা মাঙখ্রে।

মানা চৎখ্রবা মতুং ফমুংদা কাখৎলবসু ফনা কুইনা তৃম্বা য়াখিদে। চহী খরসি ঈংনা তপ্না লৈজরবনি তা-মহাবীর, তং তাবা পুন্সি অমগী মহাও তংজরবনি। অদুবু কদোমদগী অমুক শিৎলক্লিবা নোংলৈ-নুংশিৎনো, ওন্থোকপা হায়দুনি। মসিবু কর্মফলরা লাইবকলা ! লায়রবা ইমুংদা পোক্লবসু শাহৌ ফনা হৌরকখিবনি। অয়াম্বা মতমদা মবুক থন্না চাব-থকপা ফংদ্রবসু মশা অদো মহৈ মরৈ তারদুনা মীনা য়েংননীংঙাই ওইখি। মবুক্তবু থন্না চাবা ফংলবদি হায়দুনা ঐখোয়গী লৌ-শিং উবা য়াওদুনা লৈরকখি। মমান্নবশিংগা লাক্ল-ফানবদা মুক্লাদা কাংজৈদা মাতনা লাকচরকই। পাখং ফারকপগী অদুবাইদা ফালিরবোনগী লাইবুংদা বরাক লুখাই মুক্লা শান্নবদা থংন-থংননা চহী অহুম মনম লৈবাক তাখিদে। মদুদা মমিং ফজনা শেৎ-কায়না চৎখি। অঙাং ওইরিঙৈদা ঐনা খরা খঙহৌবা উহৌবগী ব্বানি। ঐগবুদি চহী তরারোমনি খেন্নরিবা।

মীওবগী পুন্সি হায়বসি তম্বা ঙমদে, ইফ-ফনা চৎলম্বদগী লম্ফাং অমদা চৎখিবা কয়ানি। তা-মহাবীরগী পুন্সিলম্বীসু খঙহৌদনা লম্ফাং অমদা চৎখি। করম্না চৎখিবনো খঙহৌদে।

খরা খঙবোই খঙদবোই তাহৌবা ব্বারীনি। তা-মহাবীরগী মশক-মতৌ ফজবী মচন্নুপী মানা য়াম্না লুনা তৌজবীদো থংনবা খুনগী ইনাকখুনবা য়েংখোম য়াইবীগী

মচানুপা অদুনা ফাবোই-চেনবোই তৌদুনা লৌখি। নুপা ময়ূমগী অহন-লমন্নদি য়াম্না পামখিদে, খাইদোক্লনবা কন্না হোৎনখি। খাইদোক্লবদি য়াখিদে। অদুবু থা তরুকলোম মতুংদা নুপীমচাদো সংসারদগী বিদায় লৌখি। হু চাদুনা শিজবনি হায়, হু পীজদুনা হাৎপনি হায় মথোঙ-মরম খঙখিদে। থা খরা লৈরগা নোংজু পম্বাগী বরাক্লা ঈমায় চোন্দুনা কন্না চেনবা মতমদা ইনাকখুনবা ইমুংগী নুপামচা অদুমসু ঈরাক্লদুনা শিখি, কনা কনাগুম্বনদি মীনা হাৎতোক্লগা বরাক্কী ঈচেলদা লংথখিবনি হায়নখি। খরা লৈরগা তা-মহাবীরসু অদুম মাঙখ্রে।

লান লোইরকপগী অদুব্রাইদনি। হূরান-চীম্বী, লুট-পাৎ, মীহাৎ-মীপুনগী থৌদোক ব্রাথোক ব্রারী-ব্রাখোঙ নোংমা কাংদনা তাখি। মণিপুরগী ব্রারীগা কাছাড়গী ব্রারীগা পূংশম শম্নখি। মীওইবদগী ওনবা তমথীরবা শা-কৈশিংদো কাছাড়-মণিপুর খায়খিদে, খুদোং চারু-চারুবা মফমদা মখোয়গী শারাক তম্ফম ওইখি। মতাং অসিব্রাইদনি লক্ষীপুরগী ইনাকখুনবা ইমুংদা লুট চঙবগী ব্রারী তাখিবদো। ওইনামগী অহন্না লুপা ময়েক ঙাক্তা লংত্রিক লংত্রিক লংবশিংদো শেঙ্গা অচৌবা অমদা মমায় চোন্না পুথোরকখি হায়। লুট কাঙবু অদুনা মদুনদি য়ারোই হায়রবদা শেঙ্গা অমগা মমায় চোন্না পুথোরক্লুনা অহন অদুনা কৎখি। লুট কাঙবু অদু তা-মহাবীরনা লুচিংলকখি হায়। নুপী অঙাংগী লিক-কোনদি অমত্তা পুখিদে, লৌগেসু হায়খিদে।

মতম খরা মতুংদা তুজুংনীংঙাই ওইবা থৌদোক অমগী ব্রারী অমুক তাখি। লৌব্রাইগী ইনাকখুনবা ইমুংগী অহন অমা থাঙনা চোপ চোপ য়ান্দুনা হাৎলগা থম্লমখি। শেনথুম সনা-লিক্কোনসু অরৈবমখৈ পুদুনা চৎখি। তা-মহাবীরনা মখোয় লাক্কনি হায়দুনা মাঙজৌননা চিঠি পীদুনা খঙহল্লকখি হায়। যূম্বু অদুনা পাউ অদো থানাদা পীখি। থানানা নোংম-নীনিদি শঙবিরম্মী। অদুবু কয়ানি শঙবিগনি। নোংমদি লুট কাঙবু অদুনা মখোয়বু উশিত্তবগী কৈনীংচিৎ অদো খঙসনু মতাগম উৎলমখি।

ঐখোয়গী অহন-লমনশিংসু মীপাইখিদবদি নত্তে। কনানা খঙবা, শা-কৈদগী হেন্না তমথীরবা মখোয়বু থাজনীংঙাই করি লৈবগে। অদুবু ঐখোয়গীদা চঙবদি চঙলকখিদে। ঐগী ইখুন-ইরৈদা কনামতা লুট চঙবা য়ারোই হায়না তা-মহাবীরনা হায় হায়না তোকঙা ওই করি ওই ব্রারী তাখি। ঐখোয়গীদা চঙলক্রসু ঈ-পাউদি তত্তনা তাখি - অদু তৌখ্রে অদা তৌখ্রে হায়না, তা-মহাবীরগী ব্রারী ঙাক্তা - থৌনা ফবগী, মরীংজেন খাবগী, মীনুংশি খঙবগী, তমথীবগী, মীহাৎপগী, লাইর-অনংগী মতেঙ পাংবিবগী - অফ-ফত্ত য়ান্নবা ব্রারী কয়া।

মতম খরদি খরা চিকপগুম তৌখি। কনাগুম্বনা হায়, মণিপুরদা চৎপ্রে,

সিফাইনা ফাদুনা জেলদা লৈখ্রে। খরমনা হায়, আসামদা লৈখ্রে - যমুনামুখতা হোজাইদা লক্কাদা খোঙলোইশিং থৌদারগা নিংথৌদৌনা ফমদুনা চাদুনা লৈখ্রে।

চহী কয়া মতুংদনো খঙদে, নোংমা নুমিদাং অমা ফূং ফাওদোরকখি, নুপী অমসু লোয়নরকখি। ঈশিং খৌরাংবনা লোইরে, ঈশিং খিত্তং থকখিগে হায়রকই। মাগী ৱারীদি তারগা মশক্তি উদ্রিবা ইতৈমনা মানি খঙবদা নিকমনখ্রদুনা মখুত্তগী ঈশিং চাইশেন তাখিবা খঙহৌদে। মহাক্লা পুরক্লিবা নুপীদো নহা ওইরি, কুচু খরা লৈশিল্লগসু মতৌ অমদি লৈজে। মমা-মপা লৈখিদ্রবসু খুনসিগী অহন-লমনশিং খুরুমহনবা নুপীদো পুরকপনি। কুইরমদে, নোংম-নীনি লৈরম্লগা চৎখি। ইমাখোয় ইন্দ্রানথৌখোয়না তৌফম থোকপদগী হেন্না নুংশিনা তৌখি, মফি-মরোল থোনবিবতা নত্তনা মৌ অদুগী মনাদা সনাগী নানপ্পী মচা অমসু নপশিনবিখি। নুংশিদুনা তৌরিবরা কিদুনা তৌরিবরা অদুদি খঙদে। নুংশিবদগী কিবনা হেল্লম্বসু য়াই।

অদুদগী চহী কয়া হৌখ্রে। মাগী মব্বা-মপাউ তাখিদ্রে। ময়াম্না মাবু হাইফেৎ কাউনখ্রে। ঐসু লাইরিক-লাইশু তম্বা লোইরদুনা সরকারগী থবক তৌরে, যূম পাল্লে। সেন্ট্রেল সার্ভিসকী হৌনবী মফম কয়া কোয়রুরগা মৈতৈ মচানি হায়দুনা ইম্ফালদা ট্রান্সফার তৌবিরক্লে। কদায়দগী ফংলুবা পাউনো খঙদে থা অনী-অহুম লৈরগা ইথা থাজদনা তা-মহাবীর ঐগীদা লাকখি। মশক অদো হেক-হাক লাকশিনবা ঙমখিদে, হাইফেৎ ফজনা হোংলম্মে - মমায় খুইরি খুইরি তৌরে, মকোকসু হাইফেৎ ঙৌরে।

চা থক্লা থক্লা ৱারীদো তৌরকখি। নাগালেন্দদা চহী কয়া লৈরুরে মিস্ত্রি শূদুনা। মমিং হোংদুনা খঙন-চানবা লৈতবা মনুং হুঞ্জিনবা লমদুদা ঈংন-তপ্লা লৈজবা ঙমখি। শেনসু চহী খরদুদা ফনা নীংথিনা তূংশিনজখি। অদুবু মতাং অমদা ওম্ভোকপা থিকাদার অমা থেংনরুই। থবক শূবমখৈ শূহল্লগা মীগী খুৎশূমন পীরমদাইদা বেরা-বেরী তৌনবদগী খরা ঈন্ন-খোৎনবা তৌবদগী মাগী মচীংদো লাক্তুনা নিপাদো লোকখাদা ঈম্ভুরম্লগা চেল্লকখি। অদুদগী উখুলদা মমিং-মথা অমুক ওম্ভোক্তুনা লৈখি। নাগালেন্দগী থৌদোক অদো তূমিন্না লৈপ্রবদুদা ইম্ফালদা লাকখি।

নুমিৎ অদুগী মতুংদা তা-মহাবীর মরক মরক্তা ঐখোয়গীদা লাকখি। ৱাগী ৱা ওইনা ঐনা হায় - তা-মহাবীর খরা তোয়না লাকউনে।

- ইকায়দহে নখোয় ওফিসারগীদা লাকপসে। মীনা ৱানোম্বা লাকপা ওইনা লৌখিগনি। চেকশিল্লুকো মণিপুরসে ৱানোম-থৌনোম য়াম্না কনবনি।

মরক মরক্তা ঐখোয়না কাইহৌদুনা মাগী থাইনগী ৱারী-ৱাখোঙশিংদো

লৈহল্লি। হৌখ্রবা ৱারীনি, হৌজিক্তি কবিসু তৌররোই খন্দুনা মাসু ৱারী তৌথোকই, হায় - ঐদি সিফাইনা অমুক্তা ফাহনখিদে, ইখুৎসিনা মীসু হাৎখিদে। অদুবু করিগীনো খঙদে ঐবু মীনা পংখিতা কিনখি।

নোংমদি ঐখোয়গী নুপীনা হায় - কাকা ঐখোয়গী থোঙসে ওম্থোক্লা চেকশিনখিদ্রে। অমুক্তা খরা নীংথিনা শেমজিনবিয়ুবা।

- নুপীমচা, মণিপুরগী করম্বা থোঙনো ঐঙোন্দা অমুক্তা হায়যুনে ঐ তৌগে।

- কাকা নঙসে হান্নগী নুংশিৎ কোক্ত্রিমাল্লেবো।

ৱাদো তাবদা মাগী হৌনবী ময়া ইহি-হিগৎলগা নোকখৎলকই।

নোংমদি কদোমদগী শিৎলকখিবা নুংশিৎনো খঙদে, নাগালেন্দগী কেস অদো মথি ফোংলকখি। মদুদনি থানানা কেস অদো ককপিগনি হায়দুনা খুদক্তা ঐঙোন্দগী লুপা চামঙা লৌদুনা পীখিবদো। অদুবু কেস অদু থানানা ককপিবা ঙমখিদ্রবরা, সিফাইনা কোয়শিল্লরে হায়দুনা চেল্লকখিবসিনি।

মল্লবা নোংজুগী অহিঙদুদা মাঙখিবদগী তা-মহাবীরগী ঈ-পাউ ফনা কুইনা তাখিদে। অদুবু অশিবা মীগী ঈ-পাউতনি লেপখিবদি, অহিংবা মীগী পাউদি অদুম তপ্পসু তপ্পা নোংমা নৎত্রগা নোংমদি য়ৌরকই। পাউ লাকখি কাছাড়দগী - মহাবীরনা উপদ্রব হৌররে, মচিঞ্জাক খরা চাবা ইমুংশিং তৃম্ব-চাবা খঙনদ্রে। খরা মতুংদা অমুক লাকখি, মহাবীর থানাগা সিফাইগনা কোয়শিন্দুনা ফাখ্রে, জেলদা নমশিনখ্রে। তা-মহাবীর ফাখ্রবা, জেলদা লৈখ্রবা, ঐ থাজখিদে। কাইনথংদবুদি অশেংবা পাউদো তাখি - তা-মহাবীরনা য়াম্না থাজনা তৌবা খোঙলোই বিক্রম কৌবা অমনা চাক চামিন্নসি হায়না কৌরগা ফাহনখিবনি।

থা খরা মতুংদা ঐগী থবক্তা মরী লৈননা শিলচর চৎলি। ঐনা থুংলুবা নুমিৎ অদুমক্তদা শিলচরগী পাউজেল চেগী অহানবা লামায়মক্তদা ফোটোগা লোয়ননা পাউদো য়াওরকই - শাথীখ্রবা ডাকু মহাবীর, জেলদগী নাম্থোক্কুনা চেনখ্রে। খল্লি, উমংগী শা-কৈবু শারং মনুংদা কয়া কুইনা ফাজিন্দুনা থম্বা ঙমগদগে !

নীনি-হুমনিদা থবক-থনা লোইশিল্লগা অঙাং ওইরিঙৈ লাইরিক তম্মিন্নখিবা লুনা তিন্নবা মরূপ অমা কুইনা নাদুনা লৈরে তাবদগী মহাক উনরমগে হায়দুনা চৎলি। ওম্থোকপা লম হায়দুনি। হৌজিকপু গাড়ি ফাওদবা লম লৈরি। লমখাংদগী খঙন-চান্নবা অমদগী একাগাড়ি অমা ৱায়রগা চৎপা তাখি। কুইনা উনদ্রবা মতুংদা উনবনিনা চাক-ঈশিং চাদবা য়াদ্রে, ৱারীসু অৱা-নুংঙাই য়ান্নবা কয়া মরী মরী থোক্লক্কুনা হেক-হাক লাকপা য়াখিদে। অদুমকপু নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা হন্দবা য়াদে

হায়দুনা মরূপতগী বিদায় লৌদুনা থোরকখি। অদুবু খরা চৎলগদি গাড়িগী চাকা অদু পোকখায়দুনা ঈনবা তাখি। কৈ লৈবা মফমদা নুমিৎ তাই হায়বদুমক থোকখ্রে। লম্বীগী নাকল অনীমক্তা মোংশোং ফনা শাংনা লৈ। ইতোমতা চৎপদা হঙ্গোইনীংঙাইনি। হায়গুম্লদুনা মাঙদা নুপা অনীনা খংথৎ থৎলরে - অমুক্তা ঙাইবিখো, ঐখোয়গী ওজানা কৌরি, লেঙশিনখিসি।

মূর্তিশিংদু উবদা ঐ খাই লাউই। অদুবু মাই হায়বগী উপায় লৈখিদে। দাইখোক মমাঙদা লিলবোপ্পা কদায়দনো চেনগদৌরিবা ! 'কনানো ওজা হায়বদি', অদু ফাওবা হংবগী পাঙ্গল থৌনা লৈখিদে। মখোয়না পুবা মায়কৈদা অদুম চৎলে। বলিগী হামেংদি মে-মে খোংবা ফাওবদি ঙমই, ঐদি মদু ফাওবা ঙমখিদ্রে।

খরা চৎলগা য়ূম অমদা ঐবু পুশিনবিরে। ইমুংগী মল্লি মল্লিদুদা চৌকি অমদা ফমদুনা লৈরিবা মীদো উবদা ঐ খংপ্রেক খঙই।

- লাউ লাউ, চঙলকউ। নঙনা ঙসাই চৎখিবদো লাপ্পা উহৌবদগী নঙবু উননীংদুনা কৌবনি। তা-মহাবীরনা হায়রকই।

তা-মহাবীরদো খরা চোকথনা উরে, ঐগী ব্রাখলনরদি খঙদে।

- কমদৌরি ? ঐগী অঙাংশিংদো মরক মরক্তা য়েংবি-লাকপিরুব্রা ?

ব্রাহংদু তাবদা চাউরবা ইরাল অমা ঐগী মাঙদা চোংথোরকখি। নোংজুগী অহিঙদুদা মানা চৎলমদাইদা হায়রম্বনি - নখোয়সু লৈরিদনা।

ব্রাহংদুগী পাউখুম ঐ পীবা ঙমখিদে, ইকায়বনে নুংঙাইতবনে হায়ফম খঙখিদে।

ব্রারী কুইনা শানবা য়াবা মতাং নত্তে। তা-মহাবীবনা হায়রকই - চৎলো। অঙাংশিং থিন্দোকহনগে। ঐসু নোং-নীনিসিদা থবক লোইশিল্লম্লগা মণিপুর থোরক্কে, ঐগী কেস ককপিগনি হায়না শেন লৌখিবা পুলিসতুগা অমুক্তা উনদবা য়াদে।

অদুবু নোং-নীনি ফাখিদে। মথংগী নুমিৎ অদুমক্কী পাউজেল-চেদা ফোটোগা কোন্ননা পাউদো য়াওরকখি - জেলদগী নাম্থোক্তুনা চেনখিবা তমথীরবা ডাকু মহাবীর পুলিসকা কাপ্পবদা শিরে। মাবু ফাননবা লাং থাকপদা হামেং ওইনা শীজিন্নখিবা বিক্রম পুলিসনা কনবা ঙমহৌদ্রে। পাউজেল চেদা য়াওরিবা ফোটোদুদা ঐ মুন্না য়েংদুনা লৈখি। খঙহৌদনা ব্রাখলগী ঈপাক্তা ঈথক-ইপোম ঈহৌরকখি - কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা অভিমন্যুদো চক্রব্যূহদগী নাম্থোক্লবা ফনা কন্না হোৎনখিবনি, নাম্থোকপা ঙমখিদে। তা-মহবীরসু পুন্সি লানফমদা চক্রব্যূহদগী নাম্থোক্লবা ফনা কন্না হোৎনখি, অদুবু নাম্থোকপা ঙমখিদে। খল্লুবদা নুংঙাইতে। ❑

[২০০৪]

## চাকচামাঙদা ৱারী লীবা

ঐনা অসুম হায়না য়ূমকৈ-ককা পান্দুনা মপান নাইদ্রবা সংসার ঈপাক্কী ঈথক-ইপোম মরক্তা অমুক লূপথবোই অমুক তাউখৎপোই তৌদুনা লেল্লগনি হায়বসি অঙাং ওইরিঙৈদা নোংমতসু খল্লুদে। ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী মঙলান ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী ফিদম ঐনা ঙসি ওইরিবসি নত্তে, ঙসি ওইরিবসিগা খেন্নখ্রে, য়াম্না খেন্নখ্রে, স্বর্গগা-মর্ত্যগা খেন্নবগুম। ঐগী মঙলান অদো থাজদনা খাক্লকপা অখাক-অরাও অমনা ফৃগায়দুনা থুগাইখি, ঐগী পুন্সিগী পামজখ্রবা ফিদম অদো শজিবুগী মায়কৈ-শলাই খঙদবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমনা মথোঙ-মরম খঙদনা হুমদোকপিখি। অদু নৎলমদ্রবদি ঙসি নঙগা ঐগা ফমুং অমত্তদা মোন অমত্তদা মোনখাঙমিন্নরিবসি ...।

- খাঙমিন্নরল্লোই, অসিনিনে! মহাক্লা ঐগী ৱাহৈদো তাপ ওক্লগা হায়রকই। ৱারৌরপ তৌনা মখা অমুক তাথরকই - অদু ওইরম্লবদি ঐগী ওইনদি ওঙ্খোক্লা ফমরমগনি। মরিংনা শাবা শংবাইবু নামা ৱাংনা শাব্রা, ঐসু কনানা খঙবা নঙোন্দগী হেন্না ফবা নুপা অমা ফংলম্বসু।

- হাই, অদুম হায়না খলহৈদে, অদুম হায়না হায়হৈদে। হৌজিকপু অতোপ্পা নুপা অমগ-কা হায়দুনা! ময়ূম পাল্লবী নুপীনা অদুম হায়না খলহৈব্রা হায়হৈব্রা ? তূল্লমদাইসিদি অফবা ৱাখল খনগদবনি।

- লানখ্রে, ঐ শোয়খ্রে। শাউরব্রা ?

হায়রগা মানা ঐঙোন্দা চেজেৎ কোনশিল্লকই। ঐ শাউশিন্নে।

- ফরে, ঐগী ৱারীসে লীররোই। নঙ তানীংদ্রমাল্লে।

- লীউও তাগে। করিগী তানীংলোইদৌরিবনো ? নখোয় কবি খরা খরা চঙবশিংনা লীবা ৱারীসে তাবা নুংঙাইয়ে।

ঐসে চান্নরা ৱারৌখ্রবোই খন্দুনা মোইথেম তৌরকই। অদুদগী মখা অমুক শমথরকই - তশেংনমক তাবা য়াম্না নুংঙাইয়ে, অঙাং ওইরিঙৈদা ইবোক্লা লীবিবা ফুঙ্গাৱারী অদুম হায়না।

- ঐগীসে ফুঙ্গাৱারী ওইনা খল্লুরব্রা ?

- খন্দেদা নাউশুম ঈশৈ ওইনা লৌবদি য়াইনা।

- তোক্লগে অদুদি লীররোই।

- শাউরব্রা ? অদুদি ঐসু শাউরনি।

হায়রগা মানা ওম্ভোক্কদগী তৌই। মাগীসে তৌশিন্নরিবনি হায়বা ঐ খঙই। ঐনা মাবু চেজেৎ কোনশিল্লগা হায় - ফরে ফরে, ঐগী ৱারীদো মখা অমুক তাথরগে -

স্কুলগী তম্নবা লাইরিক্তা গৌতম বুদ্ধগী পুন্সি ৱারী পারুবদগী ঐগী ৱাখল-ঈপাক্তা ঈথক-ইপোম কন্না হৌরকখি। গৌতম বুদ্ধনা ঐবু কন্না চিংশিনখি, মহাক্না ঐগী ফিদম ওইরকখি। সংসারগী অৱা-অনং অশি-অনা ময়াম অসিদগী তাইবংমীনা করম হায়না নাম্ভোকপা ঙমগদগে হায়বগী পান্বৈ ঐসু থিনীংলকখি। অৱাৎ-অপা লৈত্রবা সনাকোনুংদা নুংঙাই-য়াইফনা হৌরকপা নিংথৌমচা অমনা নুংশিরবা মতৃ-মচা লংশেক্লমদুনা সংসার ত্যাগ তৌবা ঙম্লগা ঐনদি করিগী ঙম্লোই খনখি। ঐগীদি মায়াগী লীচিং থোইনা লৈতে। পলেম-পম্ভৌগী চেংলৌশক্তম উহৌদবা ঐনি। ঐগী হায়ববু ইপম্ভৌগা ইম্মাম্ভৌগতনি। মখোয়না য়োকপি-কোনবিরকপগী লীচিং অমবুদি লৈতবা নত্তে। মায়াগী লীচিং হায়ববু অদুখক্তনি। মদু মঙাই ঐনা থদৎকদবা হায়ববু। কল্লবসু শোল্লবসু লীচিং অদু থদৎপা তাবনি, মীওইবগী অরান-খুভমগী লম্বী থিবদা। গৌতম বুদ্ধনা চহীকুমজা তরানিথোই চঙখি জ্ঞানগী মঙাল ফংবদা। ঐসু অদুগুম্বা মঙাল অদো ফংবা ওম্নবা লাই নীংগনি সনাখোংনাং অমগী মখোঙদা তৃমদ-চাদনা নোংজু-নুংশা মরক্তা। চঙজখিসনু চহীকুমজা তরানিথোই, মদুদগীসু হেন্না চহী কুমজা কুনমরি। মীওইবগী নির্বানগীদমক্তনি।

মতাং অদুৱাইদা ময়াই লৈকাইগী ৱাংজম ইপূনা ঐগী ৱাখল ঈচেলদা ঈনোৎ অমমুক হাপচিল্লকখি। মহাক্কীনি হায়বদা কনা লৈজদবা ইপূনি। মমিং-মথা খঙদে, ৱাংজম ইপূ হায়না ময়াম্না কৌনৈ, ৱাংজম ইপূ হায়রগা অদুম খঙনৈ। লৈঙাং মচুগী ফিজোল শেৎলদুনা ঝুলিখাউ অমা য়াল্লদুনা ভিক্ষা নিবা কোয়চৎ চৎলি, নাম মতেক অমা নৎত্রগা অমা শোনগনি শুমাঙ খুদিংগী। মানা য়াম্না তোয়না শকপা ঈশৈ মতেক অমদি হৌজিকসু ঐগী নাকোংদা ঙংলি -

গুরুনাম মধুর পিয়োরে মনৱা  
এ সংসার সব ঝুঠা  
আবে একা যাবে একা  
কেউতো সঙ্গমে যাবে নারে মনৱা  
এ সংসার সব ঝুঠা

... অরেম্বনি সংসার অসি
নতোমতা লাকপনি, নতোমতা হনগনি
লোয়নরোই কনাসু নঙগা
হে পূক্লিং, শোল্লু ঈশ্বর মাগী নুংশিরবা মিংলেন।

চৎনীংলকখি ঐসু ব্রাংজম ইপূদৌনা গেরুবা শেত্তুনা খুঙ্গং অমদগী খুঙ্গং অমদা, লৈবাক অমদগী লৈবাক অমদা ঈশ্বরগী মিংলেন শোল্ল-শোল্লদুনা তাইবংপানবগী অৱা-অনা কোকহন্নবগীদমক।

মতম অদু খুঙ্গং কয়াদা লৈকাই কয়াদা জগোই রাস, রৌখাল, ওদুখোল, গৌরলীলানচিংবা কুম্মৈ য়াম্না তোয়না কৎনরিঙৈ মতম্লি। নখোয়সু অঙাং ওইরিঙৈদা খরা খরদি খঙহৌরিনি, উহৌরিনি। অনকপদা তৌবা কুম্মৈদি ঐ অমত্তা থাদোক্লমদে হায়বা য়াই, অরাপ্পদসু চৎলি। কুম্মৈশিংদো ঐ য়াম্না থৱায় য়াওনা য়েংই। নোংমা শঙ্গোমশুম্বীদা ওইরমাল্লে গৌড়লীলা য়েংলুরগা যূমদা হল্লকুগা ঐনা ইপঙ্কৌদা হংই - মহাপ্রভুদো লাইরিক য়াম্না হৈব্রা ?

ৱারী লীবদা, লাইরিক থীব-হায়বদা খুঙ্গং লান্না পংচৎ চৎত্রবসু লৈকাইগী অমদি খুঙ্গংগীদি ময়াম্না পন্নরিবা ইপঙ্কৌনি - মহাভারত, রামায়ণ, চৈতন্যচরিতামৃতনচিংবগী মতাংদা হংঙু-হংঙুবদা খঙদবা লৈতে।

ইপঙ্কৌনা খুম্লকই - লাইরিক য়াম্না হৈখ্রপোৎনি, নিমাই পণ্ডিত হায়না ফাওরিবনি, ন্যায়শাস্ত্রদা মহাক্কী লাম্বা লৈখিদে।

নিমাই পণ্ডিততৌনা ঐসু ন্যায়শাস্ত্র তম্মীংখি। অদুবু মদুগী খুদোংচাবদি ফংখিদে। ঐগী ইতৌদুদা ইপঙ্কৌগা ইমাঙ্কৌগদু মপূক্লীংদা অকিবা অমা পোক্লকপগুম তৌখি - মসিগী অঙাংসিবু ময়ূমকৈ পানবগী ৱাখল লৈরোইদৌরিব্রা ?

মখোয় অনী মুন্না তান্নদুনা ঐবু শিলোংদা বি এ তম্বা থাবিরে। মখোয় অনীনা পোকচবা মচাশিংদি লাইরিক ফবা অমত্তা য়াওদে, অদুনা মখোয় অনীগী মচা অমত্তংদি বি এ ওইহনগে হায়বগী আশাদো ঐঙোন্দা তাখি। মখোয় অনীনা ঐবু বি এ তম্নবা লংফৈদা থাবসিদা লাইরিক তম্মনবগা লোয়ননা অতোপ্পা আশা অমসু য়াওবগুম তৌখি - সংসারধর্মদা মচানুপাগী মপূক্লীং-ৱাখল চিংশিন্নবগী। শিলোংগী খাসিয়া নুপীশিং য়াম্না ঙাওই হায়বা ময়াম্না ঙাঙনবা তাখি। ঈথক-ঈরাংপাম্বী নুপীশিং অদুনা মচানুপাগী মপূক্লীং-ৱাখলদা পাখং ওইবগী মতোন চোংহল্লকপসু য়াই। অদুবু মৈরৌ হেঞ্জিনখিদ্রা হায়বগী অকিবা অমসু পোকখিদবদি নত্তে। চৎলমদাইদা ইমাঙ্কৌনা কৌশিল্লগা হায়রকখি - চেকশিল্লুকো, খাসিয়া নুপীশিংদো পোৎশেম-যাদু

য়াম্না হৈ হায়বনি।

বি এ পরীক্ষা লোইরমদাইদা তাচৌ শিলোংদা ইথা-থাজদনা লাকখি। ইপক্সৌগা ইমাক্সৌগনা থারকপনি, মচানুপা ঐসে মাঙখিবা তারে হায়না তাবদগী। ঐবু শক নুংশিদবা ইমান্নবা অমনা য়ূমদা চিঠি থাজিনখিবা জাৎনি - নচানুপাদো, সাধু চেঙজংবা নচানুপাদো, খাসি নুপী অমদা পৃমঙাও ঙাওদুনা কোয়রে লৈদুনা লৈরে, লাইরিক লাইশু-ককা পৃমকাউ কাউখ্রে। চিঠি মরোলদো পৃমলান লানববুদি নত্তে। ঐ ঙাওদে হায়ববুদি য়াদে। ঐনা হন্দক ঙাওরিবনা বিবেকানন্দদনি। স্বামী বিবেকানন্দনা ঐবু চান্ননা ঙাওহনখি। পুক্লীংদা চপয়ুংনা লেপখি পরীক্ষা হেক লোইবগা ঐ চৎখ্রগে। লৈঙাং মচুগী ফিজোল শেৎতুনা লৈঙাং মচুগী কোকয়েৎ যেত্তুনা চৈশু অমা পায়রগা ভারতকী কোচিন-কোয়া য়ৌনা কোয়চৎ চৎলগে হায়না চপয়ুংনা খল্লে। ভারতকী নহারোলশিং য়াকাইহন্দবা য়াদে, তাহল্লুদবা য়াদে য়াকাইরোল - হৌগৎলো মিৎকপ থোক্লো, ভারতকী পাঙ্গল্লবা নহারোলশা, শেন্নসি অনৌবা ভারত, য়েংঙু থোরক্লে অনৌবা সভ্যতাগী কোরৌহনবা নোংপোক মায়কৈদগী। য়ৌহল্লুদবা য়াদে সমুদ্র ঈৱাং লান্না ভারতকী পাউজেল, ভারতকী বাণী - থাদোক্লরো জাতি পৃম্নমক অমগা অমগা খেন্নবা, হিংমিন্নসি মীওইবা পৃম্নমক চান্ন-চিন্ননা, শেন্নসি নুংঙাই-য়াইফবা শান্তিগী অনৌবা মালেম অমা।

অদুবু পরীক্ষা লোইরমদাইদা তাচৌ লাক্তুনা ঐগী থৌরাং পৃম্নমক পুংচাই চাইহনখি। পরীক্ষা লোইবগা তাচৌগা লোয়ননা ঐ য়ূমদা হল্লকপা তাখি। ইমাক্সৌদো ফমদা তাদুনা লৈরম্মী। মথোং হুক্তবা মরূপ অদুগী চিঠিনা ইমাক্সৌগী লাইমন কাঙহনখি। ঐবু কৌশিল্লগা শ্রুৎশ্রুৎ তৌনা মপি তৈথোক-তৈথোক্লা হায়রকখি - ঐগী ওইরিবা ফিভমসিদা ঙসিরা হয়েংরা হায়বা ঙমদ্রে, মিৎ উইশিন্দ্রিঙৈসিদা ইমৌগী মশক অদুতংদি উহল্লু, লাইরৈবাক্তা লৈখ্রবা মতম কুইনা কায়নরবা ইনাওনুপাগা ইনাওনুপীগদা নঙগী পাঙথোকপিফম থোকপা থৌরম পাঙথোকপা ঙল্লল্লে হায়না পুক্লীং হরাওনা তল্লুগে, নঙ মাই হায়বা য়াদেকো, নপক্সৌগা ঐগা তান্নদুনা ৱা লোইশিন্নরবনি, হয়েংমক ৱারোইপোৎ পুগদৌরিবনি।

ঐ মাই হায়বা ঙমখিদে। পলেম-পক্সৌগী চেঙলৌ-শক্তম উহৌদবা ঐবু ঈ মতুমদগী ইপক্সৌগা ইমাক্সৌগনি য়োকপি-থাকপিরকখিবা, ঐবু মী ওইনবা লাইরিক-লাইশু তম্মাল্লকখিবা। মখোয়গী নীংবা থুংহন্দ্রবদি মখোয়গী মায় ঙাক্তবদি ঐসে তৌবিমল খঙদবা শাগী পাংখক ওইরনি। অসুম্না ঐগী মঙলান ঐগী পুন্সিগী ফিদম ঈমায়থক্কী কোঙ্গোলগুম মিৎকৃপ্তা তাকখি।

ৱারী লোইবগা মঙোন্দা ওনশিল্লি।

- হাইমা, তূন্নবরা নঙবু !

চান্নরা তূম্নমাল্লে। ঐগী ৱারীসে মঙোন্দা ইবেনবোক্কী ফুঙ্গাৱারী নৎত্রগা নাউশুম ঈশৈ ওইনা থোক্কুরমাল্লে। অদুমকপু মাগীসে তশেংনা তূম্লবা জাৎলা নৎত্রগা তূমশিন্নরিবা জাৎলা খঙনীংলকই। মসিদি অতৈ করিমতা কান্নদে, তিক্রি হেক্তা হোৎলগে হায়না হোৎলুবদা মঙলা হারা মাগী বুব্বুব্ লাউবা খুবাক অদুনা নঙ্গন্দা বাক লাউনা থারকই - হাই সাধু চেঙজংবা।

ঐ ভাব খংতা তাই। চাকচামাঙদা কদায়দগী শাংথরুরিবা ! ❑

# এক্সিডেন্ট

**চাগী** কপ অদো টেবলদা থম্না থম্না ঐখোয়গী নুপীনা নীংশিংলকই - "মোয় বাবা, বেঙ্ক হায়দো খরা ঙন্না চৎনবা তৌবিয়ু। ঙসিদি কায়দবা য়াদ্রবনি। শেঙ্গাও শঙনবা পাই নাতৎপী অমা ফাওবা তাদ্রবনি।"

"হাই করিনো নঙনা হায়রিদুবু ! মীনা তাশ্রগা করি হায়নি। অদুক ইজ্জৎ লৈতবা ব্রাদুবু। ... হোয়দা করিসু কায়দেদা, নিংথৌতসু নোংফাদোক মৈতান ব্রাৎলি হায়নরিবনি।" নিংথৌগা চাংদম্নদুনা গপ হাইফেৎ য়াওনা ঐনা খুমই।

"ব্রাখলদি ফনা নুংঙাইরিয়ে নিংথৌগ-কা চাংদম্নরদুনা। অসিননি ক্কাক্কী খোঞ্জেলবু ঙমজরবসু ঈশৈ ঙংদুনা লৈবা ঙল্লিবসে। ও, ঈশৈদো থুপচিনবিরো, তাইবংগী অব্রা-অনা করি লৈগে হায়বা অমুক্তা ব্রাখল তৌবিয়ো।"

"করিনোনে নঙনা এটেক তৌশিল্লক্লিবদুবু। মীনা ঙাইহাক ঈশৈ ঙংজববু হিন্দী ফিল্ম থিংবদৌনা থিংলগে হায়রিব্রা ?"

"ও, থিংজদেয়ে থিংজদেয়ে। শেঙ্গাওগী পাউদো নীংশিংজবগী ব্রাতনি। অথু-অকায় লাকপদা ঐদি হায়জরিবসিনি মীঙোন্দা হারৌ-হারৌ কোয়চেন চেনবা ঙমজরোইকো। খঙবিরিবদুনি, নমৌনুপীসে ঙসি-হয়েং খঙদ্রবনি হায়বা।" হায়রম্লগা মখা তারমদনা অদুম থোকখ্রে।

খঙঙে, ঐনা থোইনা থৌব্রা শাদবগুম তৌবসিদা মাগী শাউনীংবগী বেরোমিটরসে হাইফেৎ ব্রাংলে। অসুম হায়না মাগী শাউনীংবগী বেরোমিটরসে হাইগৎলক্লবদি মাগী ব্রাঙাং-শঙাংদা ব্যবহারগী থাক অসিসু ব্রাংখৎলকপনি। অদুবু ঐসু খঙদবদি নত্তে, ইমৌনুপী অহনসে নুমিৎ-থা শুরে হায়বা। ঙসি-হয়েং খঙদ্রবনি। অহানবনিনা ডাক্তরদা পুখত্তবসু য়াদে। তৌবগীদি হৌজিক্কালসে অহানবনি খঙদে অরোইবনি খঙদে ডাক্তরদা লোইনা। অদুবু ডাক্তরদা পুখৎপা হায়বসে পৈশানিদো। সবকারগী ডাক্তরদি থাজবা ব্রাৎলি হায়দুনা প্রাইভেট ডাক্তরদা। প্রাইভেট ডাক্তরদা পুখৎপা হায়বসে শেনদি খজিক-খরাক্কী ব্রা নত্তেদো।

মদু খঙদুনা ঐসু শেনসে খরদি অদুম থমজবনি। অদু ফাওবদা কোন্নদ্রবদি হায়দুনা থাংজ নুমিত্তগীনি ঐনা শেন খরা লৌথোক্কে হায়দুনা তৌরক্লিবসে। অদুবু

কদায়দগীনো লৈকাইগী অঙাং অমা নুপী চেনশিল্লক্লে হায়দুনা পাউ হায়দোকপা চৎপিদবা য়াদে হায়রবদগী চৎতবা য়াদদুনা চৎলুরে। ফরসু ফৎত্রসু লৈকাইগী অহন হায়দো ওইরবনিনা মাই হায়বা ঙমদে। ঙন্তা হল্লক্কদবোই নীংবনি। পংলাপ লাপ্পা নত্তে, কৈথেলমানবীদনি খুম্বোং মখাদা। অদুগদি ওম্োকপা ইমুং হায়দো ওইরম্লে। অদু কৌরুখিনি অদা কৌরুখিনি, মমাপোকপা মবোকতো পাউ থাপ্পি, মবুংদুসু মৈ হৌবমখৈ শাউদুনা অয়ুক ঙন্তা থোকখিবদগী হঞ্জিল্লক্ত্রি, মাগীসু ব্রা অমা তাখিনি - নুপামচাদুগী অপোকপা মপা য়াওবিরকপ্রা, নুপীমচাদো হান্না থিনবিরকখো, থিনবিরক্ত্রিফাও মপারা কনানো মী অমা লৈবিহৌবা তারে।

ঙাঙনবমখৈ ঙাঙনরগা হল্লকপদদি নুংথিল পৃং অনী তারে। নুমিৎ অদো বেঙ্ক চৎপা অদুম নংহৌদ্রে।

নোংমাইজিং নুমিৎ নুমিদাংব্রাইরমদো ইরোমগী ইনে ইঙেল্লৈ ইপা-পাখক্তুনা চেল্লকই। মপা লৈত্রবা মশূনুপাদো মমান্নবগী স্কুটর পুদুনা কদায়দনো চৎলুবদা জিপ অমগা থেংজিন্নদুনা শাথীনা শোক্লে, ঙসিমক ওপরেসন তৌদবা য়ারোইদৌরি, অদুনা লীশিং অনী-হুমতং পীদবা য়াদে হায়ররে।

ইনে ইঙেল্লৈগী হায়রুরদি মতেঙ পাংনীংই, মশূনুপা অদুগী খল্লুরবদি পৈশামতা লৈতে হায়নীংবনি। মশূনুপাদো নুংশিত্রসু ইনে ইঙেল্লৈগী খন্দুনা উপৃদা লৈজবা খরদো লৌথোক্তুনা পীখি। ঐখোয়গী নুপীসু ইনেবুদি য়াম্না লুনা তৌজে।

ঐখোয়গী করিগুম্বা থৌদোক-ব্রাথোক অমা হেক থোকপদা ইনে ইঙেল্লৈনা খ্বাইদগী হান্না মশক উৎলগনি। অদুনা ঐখোয়গী নুপীনা লৈরসু লৈত্রসু মাগীনি হায়রদি নীংহন্নদে।

নুমিদাং অদু আই-এস-টিভিগী পাউদা য়াওরকই - হয়েং অয়ুক পুং ৪ দগী নুমিৎ নীনি, হায়বদি পুং ৪৮, আইন্না য়াদবা লালহৌলুপ অমনা পব্লিক কার্ফিউ লাউথোকখ্রে সিকিওরিটি ফোর্সনা লালহৌলুপ অসিগী য়াওল-লাম্মী অনী মখুৎ চল্লবা মতুংদা হাৎখিবগী প্রোটেস্ট তৌবা ওইনা। ঙাইহাক্তুদা মিৎকুপ খরা মৈ খংমুৎ মুৎখিদুনা করম্বা লালহৌলূপনো হায়বদুদি মমিং খঙহৌদ্রে। সরকারনা লাউথোকপা কার্ফিউদি ময়াম য়েংবা থোক্লরিবনি, নুপী-অঙাংতা নত্তনা জ্ঞান তারে হায়রিবা ঐখোয়সু য়াওরিবনি। শম্মা হায়রবদা সরকারনা লাউথোকপা কার্ফিউদি লমদম অসিদা ময়া য়াওদবা থাঙনি। অদুবু লালহৌলূপশিংনা কৌবা কার্ফিউদি তূমিৎ-কাঙ ফাওবা লম্বী-লমজাওদা মশক উবা ফংদ্রিবনি। অদুনা নুমিৎ নীনি অদু বেঙ্কতা চৎপা ওইথোকখিদ্রে।

মথংগী নুমিৎ, হায়বদি য়ুমশকৈশদো বেঙ্ক য়ৌরগদি বেঙ্ক থোঙ হাংলমদ্রে। ভারতপৃম্বগী ওইনা বেঙ্ক কর্ম্মচারিশিংগী স্ট্রাইক। উপায় লৈতে। য়ুমদা হল্লক্লগা মমাদা হংই - "ডাক্তরনা থারকপা নুমিৎতো চুম্মিকো ?" খল্লি, নোংম-নীনিতং চোম্বুবা য়ারগদি ফগ্রনিদা।

মথংগী নুমিৎ অদো থবক অচিনবা কয়া লৈন-লৈনা ঙম্ভা বেঙ্ককী থোঙজিন্দা লেপ্লুরে। ঙল্লিদুনা মী পংলাক লাক্লদ্রিমাল্লে হায়না খল্লিঙৈদা বেঙ্ক শঙলিবা সি-আর-পিদুনা ঐগী ইতৌদো উবদা হায়রে - "আজতো ছুটি হৈ। হজরত মোহম্মদকী মপোক নুমিৎ মিলাদ-উল-নবীগী নেসনেল হোলিডে, লৈবাকপৃম্বা ছুটি।"

ওম্ভোকপা হায়দুনি। হজরত মোহম্মদ নঙসু মরক অসিদা নঙগী নপোক নুমিৎ কদায়দগী নংহৌরোইদবগুম নমশিল্লক্লিবা, নোংম-নীনিতং য়ৈথোকপা য়াদ্রবরা ?"

হায়না হায়না চয়োল অমা ফাজিল্লক্লদৌরে বেঙ্কতগী শেন খরতং কায়নবা হোৎনরকপসিদা। মরকসিদা ইমৌনুপীনা মমিৎ-মমায় পাঙদ্রিবসি অমরোমদা লাইবক ফবনি হায়বা তাই। মকৃ-মনেমগী অৱাবা খঙবী ইমৌনুপীনি, মনেম-মকৃ য়োকপীনি।

ইরাই নুমিৎ অদুনি পাখৎপা অমা য়াওনা ঐখোয়গী নুপীনা বেঙ্কতা ঙম্ভা চৎননবা হায়না থৌরক্লিবদো। ঐসু অঙাংশিংগী পরীক্ষাগী চে খরদো য়োমশিল্লম্লগা থীন্দনা স্কুটর অদো থৌদোক্লগা থোরকপনি। অদুবু দাউ হায়সিনা য়াররোই খনখ্রগদি অদুম মথং মথং চখরকপা জাৎনি, বেবা অমা নৎত্রগা অমা অদুম ...। চীংমৈবোং য়ৌরমদাইদা মনীংগী টয়ার অদো পংচার ওইথোকখ্রে। স্পেয়ারসু য়াওদে। ইচাগী মমান্নবা অমনা নুমিৎ নীনি-হুমনি মমাঙদা ৱায়খিবনি, নোংঙানবগা শোয়দনা থিল্লক্কে হায়রম্বনি। অদুবু নীনি-হুমনি শুরবা ফাওবা থিল্লকপা লৈখিদ্রে। ইচা খঙদে মীচা খঙদে হৌজিক্কালগী নহারোলশিংসি চপ মান্নে, মচীন্না হায়রম্বদো লৈথোকখিবগা হেক্তা কাউখিবা জাৎনি।

স্কুটরদো টয়ার ফোংফম অমদা ঈনশিল্লম্লে। ঙাইহাক ঙাইবা য়াবনি, অদুবু মৈ লাক্কে, মৈ লাক্কদবা পৃং অনীরোম ৱাৎলি, মদুসু তম্বা ঙমদে, সুকলাক লাক্তবসু য়ারিবনি, নোংদম নাইদবা লমদম অসিগী মৈনি। মৈ য়াওদনা টয়ারদো ফোংপা য়াদবনিনা রিক্সা অমা ফারগা গান্ধী এভিনিউ তান্না লাক্লে।

বেঙ্কতা মী ফনা য়াম্না তিন্দুনা লৈরম্লে। ময়ামদো শাউনবগুমসু তৌই।

শাউনবগী মরমদো চীন অমদগী চীন অমদা শন্দোরকই - কম্পিউটর য়াদ্রে হায়য়ে, ও মখোয়গী কম্পিউটরদো বেরা তৌরে হায়য়ে। ওল্লোকপা হায়দুনি ! মীওইবনা মেশিন শাই, মেশিনদা থৌদাদুনা থবক কোম্না অমদি য়াঙনা পাঙথোক্লবা হোৎনৈ, অদুবু মেশিন্না নিঙাই তৌরকপা মতাংদদি মীওইবা তৌফম খঙদে, মীওইববু ফনা ফজনা লাক্লে।

পূং অনীরোম মীয়াম মরক্তুদা লেপ্তুনা ঙাইবমখৈ ঙাইরবা মতুংদা লাউথোরকই - ব্রারৌবা য়াদে। কম্পিউটরসে ঙসিদি য়াগদবা মান্দ্রে। কোলকতাদগী ইঞ্জিনিয়ার অমা হয়েং থারক্লবা হায়জখ্রে। অদু ফাওবতংদি ময়াম খরদি খাঙবিবা তারে।

ইস্, খরতা ওইরে ঐনা খাঙলক্লিবসি ! হপ্তা অমা ফাজিল্লক্লবনি।

খোয়দৌসি ফূক্কদৌই। মীনিন অদুদা থুক-থুক লাউবমসু পোক্লকই। কনাদা তাইনরুনি, তাইনফম খঙদে।

মপান্দা থোরক্লগা কদায়দা চৎসিগে খল্লকই। নুংশাসু মৈ হৌনা শারি, শাবতা নত্তনা ওমচাক্লবা অমসু য়াওরি। নোংলৈ-নুংশিৎ য়াওনা নোং হৈথগদবা মাল্লি। য়ূমদা হঞ্জিল্লুরগা অসুক ঙন্না ঐনা করিনো তৌগদৌরিবা। মদুনা হেন্না খোয়দৌ শাউগৎনীংঙাই ওইগনি।

নীংশিংলকই মরূপ ইবোয়াইমদো। কাংজেবুং মনীংদা গবর্নর রোডতা স্টেসনারি দুকান অমা চাউনা তৌরি। মচীন-মনাও মরি-মঙাগী মনুংদা মহাকখক্তনি মেট্রিক লাম্লোকপা ঙমহৌদবা। অদুবু শেন পায়বদি মানা খ্বাইদগী হেল্লে হায়নৈ। হোৎনবা কল্লি, মদুনসু ওইবা তাই। মঙোন্দা থেংলুরগে খল্লে। পংকুই কুইগদবা নত্তে, নোং-নীনিতংনি। লুপা লিশিং মরি-মঙাখক্তংবু, হরাও হবাও অদুম পীজরক্কনি। মাগী নুপী চেনবগী হাক্তক্তা ব্রামিন্নখিবদো নীংশিংলুরবদি ঐবু তরাই-তরাই তৌফম থোক্তে। মাগী মবুক-মপাউ ঐ খঙই।

নুংশা শারসু শানা খোঙনা অদুম চৎলে। কাংজেবুং মনীংদা ইবোয়াইমগী দুকান য়ৌগদবা খরা ব্রাৎলিঙৈদা পাউনা বাজাররোমদগী হাইজিল্লকপা লম্লোং অদুব্রাইদা মৌনহা অমনা কৌরকই - "ইতৈ, ইতৈ নৎত্রনে ?"

হৌজিক্কালসিদি নুপীনা নুপাদা ইতৈ কৌবসে পংকৌ কৌনদ্রে, নুপাদুমহায়না ইবাই কৌবসিনা হেন্না চৎনরে। খঙদে, ইতৈ হায়না কৌবসি মখোয়দা খ্বাই খ্বাই লাউবমা পোকপ্রা করিনো খঙদে। অদুবু ইতৈ কৌবসি পূংতোক তোক্লখিবদি নৎত্রি।

পংকৌ কৌনবা তাদ্রবা মিংগৌদো কৌরকপা তাবদুদা য়েংথোক্লুই - "হাইমা,

ইবেচা নৎত্রনে, কমদোমদগীনো ?"

ইনে ইঙেল্লেগী মচানুপী অতোপ্পী ইবেচানি। হান্নদগী মী কৌগন-লাকল্লি। মশক-মতৌ মানা মচীন-মনাও পূম্নমক্কগী হেন্না ফজবনি, মচীন-মখাসু নুংশি। ইম্ফালগী নুংঙাই-য়াইফবা ইমুং কয়ানা মচা-মমৌ ওইজগে হায়দুনা অহন-লমন মরী-মতাদা ব্রাচৎ-ব্রানোম কয়া তৌখিবনি। অদুবু পুম্নিগী লৈমিন্নগদবা মী হায়বসিদি ইশানা পামজবা ইশানা নুংশিজবা মী অদুনা ওইগদবনি হায়বা ব্রাংখ্রবা ফিলোসোফি অদু য়োংনা চু পায়দুনা লৈবগুম লৈখিবদগী ইম্ফালদা ভাড়া লৌদুনা লৈবা উচিব্রাগী ছাত্র অমদা চেনখি। য়াম্না নুংঙাইবমক নৎত্রবসু মচিঞ্জাক খরা চাজরি হায়দুনা মতমদুদা অহন-লমনসু য়ানীং-য়ানীংদা অদুম য়াখিবনি।

"ডাক্তরদা চৎলুবা। তামোগী মচানুপাদো এক্সিডেন্ট থোক্তুনা ডাক্তরদা লৈরে হায়বা তাবদগী," ইবেচানা খুম্লকই।

"কমদৌহৌরি ?"

"খঙদেদা, জ্ঞান তাদ্রি ঙসি ফাওবা।"

এক্সিডেন্ট থোকপগী নোংঙানবগা ঐসু ডাক্তরদা চৎলুবনি। ফিভম অদো নুংঙাইতনা লৈহৌই। ব্রারীদো অমরোমদা থৈদোকপা য়ানবা হায়দুনা ঐনা মঙোন্দা হংই - "ইবেচা চা থক্কেরা ?"

"ঙসাইদগী থক্লিংবনা লোইরবনি।" ইবেচানা হরাও হবাও খুম্লকই। চান্ননা পীথক্লিংদুনা হংলিবোই খল্লুরমাল্লেদনা। করিসুবুদি কায়দে ঐবু কোইজদদুনা তৌরিবনি। ফুরিৎখাউদা লুপা কুনমুকতি য়াওরি, কোন্নবা য়াই। মাঙমক্তদা মায়থোঙ নাম্তক তৌবা হোটেল অমা উই, মমিংসু ফনা ফজে - লা পেরাদাইজ রেস্তোরাঁ। ফ্রান্সমক নৎত্রবসু ফ্রেঞ্চ লোন্দা মমিং থোল্লিবনিনা লৈবাক অদুগী শহুম খরদি ফংহনবা য়াই।

ঐখোয় অনী হোটেলদুদা চঙলে। হোটেল মপুদুনা তরাম তরাম কৌশিল্লকই। পাখং খরগা লৈশাবী খরগা ব্রারী শানা শানা করি করিনো চারি-থক্লি। করি খল্লুবনো খঙদে খরা চঙশিল্লগা কাচিল্লোমদা লৈরিবা টেবল মনাক্তা থারিবা চৌক্রিদা খুদোম্বী থিন্দুনা তাক্লকই - "অসোমদনা নুংঙাইগনি।"

ঐখোয় অনীসু হরাও হরাও মানা তাকপা মফমদুদা ফমথরে।

চাগা বোরাগা কৌদুনা চাখৎপদা ঙায়রি, মপাল্লোমদগী মী ময়াম অমা লাঙবগী মখোল তায়। টেবল অতৈদা ফল্লিবা নুপামচা নুপীমচাশিংদো মানা মানা থোকপা চেম্বোক্লখি। পাখংমচা খরগা নুপী খরগা, লৈশাবী শরী ফি ইন্দবী খরসু

য়াওরি, হোটেলগী থোঙ নমখায়দুনা চঙলকই।

ঐখোয়নী চংঙক্লদুনা মখোয়গী মতৌদো য়েংদুনা লৈ।

"লৈরে লৈরে কাচিনগী কেবিনসিদা নুপামগা নুপীমগা।" ময়ামদো ব্রা-ব্রা *লাউনরকই, শাদানবশিংনা শা তানবদা শা থেংনবদুমঙাই।*

*"কেমেরা কেমেরা, ভিদিও ভিদিও ...।"*

ঐ জ্ঞান তাদে, করিনো তৌররিবসি!

"হাই নুপা, ফনদি অহনসু ওইরে। নরমচং অদুক কামলিবা করিগীনো ?" মৌনহা অমনা ওইরমাল্লে লাউরকপদো।

"নরু অদো কোক্লগা শুনু-য়াইঙং তৈগনি ঙসিদি।" ইচাগুম্বা নুপামচা অমনা হায়রকপা ওইরমাল্লে। মখোয়গী মথৌনা মরিংজেল অমদি থব্রায় য়াওবদো হেঙ্গৎলকই ময়াম মমাঙদা উৎনীংবা অমগা য়াওনা।

"হাইমা শীজিন্নবা কুইদ্রিবা কোন্দোম অমসু তারিনে মখাদা।" লৈশাবী অমনা য়াম্না অখঙবা শারদুনা হায়রকই মণি-মুক্তা তাদুনা লৈরম্বা থেংনরুবা অদুম হায়না।

মাগী ব্রাদো তাবদা হংনীংলক্লম্মী, লৈশাবী নঙদি করম হায়না কোন্দোম মশক খঙলুরিবা ?

অদুবু তাঞ্জাদুদা কদোমদগীনো ঐবু তম্না চৈ অমা হাইথরকই। খঙলে, মসিদি ব্রা হায়নদুনা য়ারোইদৌরি। মখোয়না হায়বতনা অচুম্বা ওইগদৌরি, মখোয়না তৌবতনা চুমগদৌরি। অদুদদি ঐনা অদুঙৈ থাঙ-তা খরা তমহৌবগী খরা খরা কাউরুরবা বিদ্যাদুগা ঐগী তোয়না ফৃদোক্তবা ইচিংদুগা পূনখিদুনা হাইথরক্লিবা চৈদো তাপ ফারগা ওয়-য়েৎ পংকন্তা কন্থরে। অদুবু ময়ামগী মরক্তুদা ইতোমতনা কৈদৌরুনি ! চক্রব্যূহ মনুংদা সপ্তরথীনা কোয়শিনখ্রবদা অভিমন্যু মতোমতনা করি তৌবা ঙমখিবগে ?

ময়াম্না ফৃবা-থিনবা অদুগী মরক্তা মঙ-ওই হা-ওই তাখি - সমাজগী লমচৎ-শাজৎ মাঙহল্লিবশিংসে তুম্নবা তৌদবা য়াদে। অমনমুক হায়রকপগুম তৌখি - কন্যা হেক কখোকপিরগা লোইরে।

জ্ঞান তারকপদা জে এন হোসপিতালগী নিউরো ব্রার্ডতা লৈরম্মী, ঙসি ফাওবা লৈরিসিনি। ইনাক্কী বেডসিদা লৈরিবসিনা ইনে ইঙৈল্লেগী মশূনুপাদুনি। মাগীসু এক্সিডেন্টনি ঐগীসু এক্সিডেন্টনি। মাগী এক্সিডেন্ট অসিনা মাগী মরাল খরা য়াওরি। ঐগীসিনা ঐগী ইরাল য়াওরিব্রা ? ইদি-ইকায়খ্রেদা ! পুন্সি চুপ্পসি মীনা ঐবু

চিংনবা অমদি ইরৈতা লৈরনি, ঐবু উরগা খুদোম্বী থিনবা মীসু য়াওগনি। ঐগীবুদি অমরোমদা থরবু ফখ্রে। নুপীমচা ইবেচাগী খল্লুবদা নুংঙাইতে। মাবু মাগী মপূরোইবা অমদি ইমুং-মনুংগী মীওইশিংনা করি হায়না লৌরমগনি ? য়ূম কায়নবা য়াবা থৌদোক্লি। মাগী পাউ খঙদ্রি, কনামত্তনসু তশ্লদ্রি, ঐনসু হংলুদ্রি, হংগদবসু ইকায়। ❑

[২০০৪]

# ইচে অমুরৈ

**ইচে** অমুরৈনা মপামদা হল্লকখিবা নুমিৎ অদো ঐ য়াম্না নুংঙাইখিদে। ঐঙোন্দগী হেন্না নুংঙাইরম্মোইদবা অসিনা ইচে মশামক্তি অদুগা খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইরম্মোইদসিনা ইন্দ্রান রসিদানি। মচানুপীনা মপামদা হল্লকপদা করম্বা মমানবু নুংঙাইবগে?

ইচে অমুরৈনা মপামদা হল্লকপগী মরম ঐ খঙলমদে, লৈকাইনা নিংফুং নিংফুং ঙাঙনববুদি তাখি- নুপাদুনা নুপী অতোপ্পী অমা পুশিল্লকপদগী তিন্নবা য়াদদুনা খাইনরকপনি। ইবাইদো ফজনদি ওক্তমাল্লে। মশক্তা দুর্গাপুজাগী হিংচাবনি, মরমচৎনা শয়তানগী মথক্তি হায়। য়ু, জব্বার, নুপী কোয়বা - অমখক্তং হায়বদা ওক্লবদো মঙোন্দদি লোইনা শুই। পাঙলদি নুপী মরি ফাওবা লোনবা য়াই, কোরানদা য়াওরি - হায়বসি মাগী মন্ত্রনি। ইনাককৈরাক খুনবা ইমুংগী মচাগা ওইবনে ধর্মগী লাইরিক্তা তাকপিবনে - অনীনা পূনশিন্দুনা নুপী নহাদা মমিৎ য়াম্বগী থৌনা মঙোন্দা হাপকৎপিখি। হন্দক্কী অসিগী মমাঙদসু নুপী অনীহুম পুরকখ্রবনি। অদুবু মখোয় অদো কুইনা লৈরমদে, ইরায় লায়না তালাক তৌখি। নুপী মরি হেন্দনবা মসি মাগী চলাকনি কদরনি হায়নৈ। অদুবু হন্দক্কীসিমদি মহাক্তা লাক্ল-ফানবা ঙমদবা নোংথাংনি, শজিবুগী নোংলৈ-নুংশিৎনি হায়নৈ। পোৎশেম যাদু, শুমহৎয়াই মন্ত্র - লোইনা হৈবীনি অদুনা মাগী খুদোম্বীদা ইচে খাঙবা ব্বারকখি, ইবাইসু তরেং-লৈবীদা উরু-উরু লৈখি। করিগীসু লৈরোই- ইনাকখুনবা ইমুংগী নিঙোলনি, মশক মতৌসু লাইদৌনা ফজে হায়নৈ।

অদুবু ইচেসু মশক ফজদবকাদি নত্তে, লাইরবা ইমুংগী নিঙোল ওইজরবসু। মতম অমদা লৈশারিঙৈদা হায়নরম্লিবনি। পাঙল-পাখংতা নত্তনা মৈতৈ-পাখং কয়াসুনি ঙাওখিবা। মৈতৈ-পাখং কয়ানা তকশি শোনবদো মনাকোংদা য়ৌখিবনি - অমুরৈ নঙসে মৈতৈ ওইরম্লবদিকো ! কনা কনাগুম্বনদি হৌজিক্লদুম হেন্না ফজরে, হেন্না মপূং ফারে হায়বসু য়াউই। চুম্লমবসু য়াই। চহী তরামরি তরামঙাগী পোমশাৎনরকপা অদুব্বাইদনি থাজখিবদো। হৌজিক্তা লৈকা ফন্না ফুগায়রগা শাত্তোরকপদৌনা তৌরি। মমিং অমুরৈ কৌজরবসু অমুবা লৈবাংদি নত্তে, কুলৈ

কুচু লময়ৌবীনি। শগোল মায়তানি, শাওং-শাদা চঙখোল্লি, তুংয়ান ফজে, মশম-মনা ব্বাত্তে, মমিৎ অনীদো হায়নীংঙাই লৈতনা রাশি লৈ।

কালেন ছুটি মনুংনি। ঐখোয়গী ইমুংদা অঙাং ময়াম্না য়াম্না লাঙই হায়দুনা হামিদখোয়গীদা অঙ্ক হোৎমিন্নসি হায়দুনা নুংথিল হেক হেক চৎলি। মখোয়গীদি মমা-মচা মখোয় অহুমতনি, য়াম্না চিকই। নুংথিল অমদি ইচে-মতোমতা লৈরম্মী, হামিদসু ইম্মানসু লৈরমদে।

ঐ মাঙ্গোন্দা কাখত্তুনা ফমই। ইচেনা মপান্দা থোরক্লগা হায়রকই - নুংশা খুৎশাসিদা ঐদি নঙ লাকখিরোইদ্রা খল্লম্বনি। অদুদগী মাগী হৈনবী, বাশি লৈরবী মমিৎনা নোকমি নোকমিদো তৌরকই।

শারসু শানা লাক্লবা, ইচেখোয়দনা লাক্লগা খরা ঈংবগুম তৌই - ঐনা খুমই।

অদুদি ফম্মুকো, ঐ থবক খরা লোইশিনগে - হায়রগা ইচেনা ইমুংদা চঙগে তৌই।

ইচে, ঈশিং খরা থক্লেবা - য়াম্না খৌরাংবদৌনা ঐগী ইচীন্দগী থোকখি।

খৌরাংলম্মনি নুংশাগী মৈশাসিদা। হায়রগা ইমুংলোমদা কৌশিল্লকই - হামিদকী কাদা ফম্মো লাউ, কনাগুম্বা মৈতৈনা নঙবু পাঙল ময়ূমদা ঈশিং থকপা উখ্রগা জাত তারে হায়দুনা পাউথোকপিরক্কনি।

হামিদকী কাদা চঙদুনা ফমথবগা ইচেনা পুনদা য়োকপা ঈশিং অঈংবদু কোন অমদা পুথোরকই। ঈশিংদো থক্লগা ঐনা হায় - ইচে, নঙগী ঈশিংসে ওস্থোক্লা হাউখ্রে, য়াম্না পীথক্লিংনা পীথকপা ওইরমাল্লে। নোকমি নোকমি তৌরকই ইচেনা, মাগী রাশি লৈরবী মমিৎতা নোকপা নোকমি নোকমিদো।

অদুদগী ঐনা নহান্দগী হংনীংদুনা লৈরকপা ব্বাফমদো তাঙ্গা চারে খন্দুনা হংই - ইচে, নঙ শাউগদ্রা ? ঐ করিনোমা হংগে।

করিগী শাউগদগে - ইচেনা খুম্মকই।

লকক লকক তৌনা ঐনা হংই - নশক অসুক ফজখ্রবা, নশক অসুক ফজখ্রবা নঙসে ইবাইনা করিগীদমক খাইনরক্লিবনো?

মদু খঙলগা নঙ কৈদৌগে হায়রিনো - মহাক্না ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা হংলকই।

ব্বাহং অদুগী পাউখুম করি হায়না পীগদবা ঐ খঙখিদে। অদুম হায়না ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা হংলকপা য়াই হায়বসু খল্লুদে। করিগীদমক ঐনা অদুম হায়না হংলুরিবনো খল্লুবদা ইতোমতা ইকায়জরকই। নুংসু নুংঙাইরক্তে।

মতাংদুদা হামিদ য়ৌরক্লমদ্রবদি তৌফম-লাকফম খঙলম্মোই। কয়া কুইরে

*লাকপা? হামিদনা চঙলকপগা হংঙকই।*

কুইদ্রি, ঙাইহাক্তা ঙায়রি, ইচেগা ব্বারী শান্নরন্নিবা - ঐনা খুম্মই। ইচেনা মাগী হৈনবী নোকমি নোকমিদো তৌরগা কোনদো পায়দুনা থংনবা কাদুদা চঙখি। মায়থোঙদা নুংঙাইতগী মমি তাদে, মহাক্লা মমি অদো তাদনবা কন্না হোৎনরম্বসু য়াই।

নোংমা ইম্মান্না য়াম্না নুংঙাইতনা শোনখি - খঙদেদা নচেনা তৌরিসে। মথব্বায় শোকপা করি লৈবনো খঙদে, থিনবিগে হায়বা ইয়ামক য়াদে। মচামতং পোকচরম্নদিনে অসুম হায়না তৌরম্নমদবসু য়াই। নুপীনা মপামদা হন্নক্কুনা লৈবা হায়বসি লৈকাই মীনোক চঙলক্কনিদো, নত্ত-নত্তবা বদনাম তৌবিরক্কনিদো।

হায়গুম্নদুনা মৈতে খঙদে, পাঙল খঙদে, নুপীথিবসু থিদবসু, মাগী মনাক্তা কোয়রৈ লৈবা হেঙ্গৎল্লকখি। ফৃগায়না শাৎলিবা লৈরাংগী খোইহী চুপকদগী খোইমুনা ঙংনা ঙংনা পাইশিল্লকপা হায়বসি মহৌশানি। মদু উবদা ঐ খোয়রাং খোয়শাউনখি, পাইশিলহন্নীংখিদে। করি মরমগীনোদি খঙদে।

ইপন অদো লৈরম্নগদি খরসু ফগদবনি, অহন অমা লৈবগী মীনা উশিংকদবনি। অদুবু মপূনা মাগী লৈকোন্দা ইপনবু হন্না লৌশিনবিখ্রে, ঙসি চহী অনীরোম ফারে। বরাক্তা হিরানবদা ঈরাক্লদুনা লৈখিদবনি।

রুপাইবালিদনি ইচেবু ইপন্না থাজবিবদো, ইম্মান্নদি য়াজখিদবনি। অমত্তা পোকচবী ইচাবু করিগীদমক্তা ঈব্বাং লান্না থাজগদৌরিবনো হায়দুনা ইম্মানদি কন্না হায়জখিবনি। হায়রদবসু নত্তে বাঁশকান্দি, শঙ্গোমশুম্বী, লালাং - খুন কয়াসিদগীসু ইমুং অফ-অফবা কয়ানা হায়রখিবনি। ঈব্বাং লান্দবা লম্বী থোংসু নুংঙাইবা ঙাক্তনি। মখোয়গী খুন সিরগাং অসিদগীসু মমৌ ওইজনীংবা অহন-লমন কয়াসু য়াওখিবনি। মদু পূম্নমকতো লংশেক্লমদুনা লম্বী-থোং নুংঙাইখিদ্রবা, গাড়িসু ফাওদবা, ঈব্বাংসু লানবা রুপাইবালিদা থাজখি। হায়ত-হায়রুরগা, ইবো জবান তৌথোকখ্রে হায়না ইপন্না খুম্নকখি। মংকৎসু খজিক্তং ফাওবা লৌখিদে। ময়াম্না ঙাওনখি - ওম্বোক্লা পঙখ্রেদকো, জন্নৎকী হূরদৌনা ফজরবী মচানুপী অসিবু মংকৎ অমত্তা লৌদমখৈ থাজরিবসিবু পঙদে করম হায়সিগে।

অদুবু ইপন্না খনখিবদি - লাইরজরসু ইজ্জৎতি ঙাক্কদবনি, অদুগী মথক্তা ইনাককৈরাক খুনবা ইমুংদা ইচানুপীনা লৈবদা নুংঙাইরুরগা লোইরে।

ইপন্না খল্লিবদো শকউদবা নোংদম্বা মানদি খঙখিবগুম তৌব্রা, খঙলগা হাইফেৎ নোকখিবগুমসু তৌব্রা? ইচেবু থাজখিবা চহী অহুমলোম মতুংদা নোংমা

পাউ অমা লাকখি মচানুপী মশা কন্না ঙমদদুনা ফমদা তাদুনা লৈরে হায়বগী। মপা-মমা অনীমক থীন্দনা মচানুপীগী মনাক্তা চৎনবা তৌখি। অদুদা নোংজু পান্থাগী নোংনা নুমিৎ খরনি কন্না হৈথবদগী বরাক্কী ঈমায় পানা চেনখি, ফিভম অদুদা হি লানবা লান্দবা খঙদে, অদুনা মপাতমক চৎলুগে হায়না চৎখি। হায়গুম্মদুনা বরাক ঈমায় চোল্লম্মী। খেব্রাগী হি লানবা তোক্লম্মী। মথব্রায় মখুত্তা হাপ্তুনা পৈশা খরা তালহৌবা ঙমব্রা য়েংগে হায়বা খরা নত্তনা তুরেল লানবিনবা মী অমত্তা লৈরমদে। মচাগী দোরিনা ইপনসু হি অমদা কাখৎলম্মী। কন্না চেল্লিবা ঈপাক্লি, হেম্ফদবা মী খরতনি মথব্রায় খুৎতা হাপতুনা লান্নরিবদো। ঈশিং ঈচেল কনবতা নত্তে, ঈথক ইপোমসু হৌরি। মহৈ মহৈ মাগী মাগী লাইতনি শোন্নরিবা, অদুবু লাই হায়বসিনা তাদবা উদবা মতাংসু য়াওমাল্লে। ঈয়ায় য়ৌবকপগী অদুব্রাইদা অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমা লাক্লুনা হিদো দোলমোল হাইরকখি, হায়না হায়না হিদো ঈরাক্লখি। পাক্লবা ঈপাক, কল্লবা ঈচেল, মথোং-মরম খঙদ্রবা নোংলৈ-নুংশিৎ অদুগী মরক্তা ফনা ঈরোইবা হৈদুনসু উপায় লৈখিদে। বরাক্কী লাইজ-ঈরোন্নুংদা হকচাং পূম্নমক লোইনা তিনখি।

মহাকথক্কী ইপন্না লৈখিদবনি হায়বসি খল্লুবদা ইচে হৌজিকসু মরাল লৈরবা মচা অমাগুম্না চাফম- থকফম খঙদে, মশা পূম্নমক ইচোক চোকথৈ।

মেট্রিক পরীক্ষা অদো হামিদসু ঐসু ফাস্ট ডিভিজন্দা পাস তৌরকখি। ইচেখোয়গী ময়ূম অদো নোংম-নীনিদি হরাওবগী ঈথক-ইপোম হৌখি অদুবু কুইখিদে। কোলেজদা মিং চনবগী ব্রাফম লাকপদা ঈথক-ইপোমদো মাঙখি। মিং চনবগী ঙাক্তা নত্তে, লাইরিক লাইশু লৈবা, জিলাদা লৈবা তাবা নত্ত্রগা সাইকল লৈবা তাবা - সাইকলদা কোলেজ কাননবা। মদু পূম্নমক অদো খল্লুবদা হামিদখোয়গী ইমুংদো নুমিৎ মঙাল চঙদবগুম তৌরকখি। কাইনথৎদা মশেক-মঙাল অমদি ফাওরকখি। বাগাদা লৈবা মখোয়গসু মরী-মতা থোক্লবগুম তৌবা মৌলবী অমনা আই এ লোইবা ফাওবদি মতেঙ পাংগে হায়দুনা চোংথোকখি। ঐখোয় অনী পূন্না গুরুচরণ কোলেজদা মিং চন্দুনা লাইরিক তমিন্নবা ফংবদা, ঐখোয় অনীমক হরাওখি। অদুবু মরাইবক্তা অব্রাবতা তম্নক্লবা মীদুগীদি নুংঙাইবসে কুইবা য়াদবগুম তৌই। ফাস্ট ইয়ার লোইরকপগী অদুব্রাইদা মখোয়বু মতেঙ পাংলিবা মৌলবী অদো গাড়ি এক্সিডেন্টতা মখোঙ নাম্মা ককপা তাখি। অদুগা লোয়ননা হামিদকী লাইরিক তম্বগী অধ্যায়সু থূপচিনখি।

লাইরিক তমথবগী করিগুম্বা মশেক-মঙাল উবা ফংদ্রবদা হামিদ সিফাই চঙখি। ট্রেনিং লোইবগা ঐঙোন্দা ইরকপা চিঠি অমদা হায়রকখি - নুংঙাইখ্রবা পুন্সিনি

সিফাইগী পুন্সি। নুংঙাইতবা হায়ববু নঙ, ইমা অমদি ইচেদগী লাপথোরকপা অসিনি। ট্রেনিং লোইবগা যূমদা ছুটি লাক্কনি হায়নসু ইরকখি। অদুবু ছুটি থোক্লমদাইদা ভারত পাকিস্তান লান হৌরকখি। হামিদকী ছুটি ককখি, মখোয়গী বাটালিয়ন অদো রাজস্থান সেক্তরদা থাখি। লান কন্না থেংনরিবদি কার্গিল সেক্তরদনি।

মতম অদো ঐ গৌহাটিদা তম্লবসু যূমদা লৈরম্মী। হয়েংদি গৌহাটিদা চৎলগনি হায়বা নুমিৎনি, অদুনা ইন্দ্ৰানগা ইচেগো কমদৌরিগে হংবা চৎলুই। মখোয়গী থোঙ্গালদা হেক চঙবগা কপ্ল-লাউনবগী মখোল অমা তাবদা পূক্লিংদা থুক লাউবা অমা ফাওরকখি। হকচাং তয়াং তশোইরকখি - করিবু করি তৌরবা জাৎনো। প্রপ প্রপ চঙশিন্দুনা শুমাঙ য়ৌবগা কনানো অমনা তেলিগ্রাম অদো লানশিল্লকই। ইস্, মসিবু করম্না থাজসিগে? হামিদ লৈত্রে হায়বা ! ইন্দ্ৰানগা ইচেগদা করি হায়না থেমগনি? অনীমক ব্রান্থদুনা জ্ঞান অমত্তা তাদনা লৈরি।

পরীক্ষা নংনবা চত্তবা য়াদবনিনা নোংঙানবগা ঐ গৌহাটি চৎলে। গৌহাটি য়ৌবগা ইচেদা চিঠি ইখি - নৌপ্পা অমা লৈখিদ্রবসু অমদি লৈরি হায়না খনবিয়ু।

চহী অমরোম মতুংদা বি এ পরীক্ষা থারম্লগা থোরকপদা ইন্দ্ৰান অদো ফমদা তাদুনা লৈরম্মী। অদুবু সংসারসিদা লীলা শান্নরিবা মহাক্না মতাং অদুমদি ইন্দ্ৰানবু থাদবিরম্মী।

নোংমা বসন্তগী মালংনা ঈথক-ঈরাং হৌবা মতম, কোকিল খোঞ্জেলনা পূক্লিং মরাঙ হৌহনবা মতম - মতম অদুদা অহন-লমন্না ঐগী পুন্সি লৈপুনগী থৌরাং তৌবিখি। বার্তোন চে পুদুনা ইন্দ্ৰান অমদি ইচে অনীমক লাক্তবা য়াদে হায়রুই।

মৈতৈগী লুহোংবা নুমিৎতা পাঙন্নুপী য়াওবসি চৎনদে। অদুনা লুহোংবা মতুং নোংঙানবগা পাঙন্নুপীশিংনা মৌ য়েংবা লাকখি। মৌ অনৌবীদা মানা মানা ঙমজবা লুপা-পৈশা খরা খরা পীরম্মী। মখোয়না হায়বদো ঐ তাখি - লাইমদি ফজবা নত্তেহে, লাইগী মচাদৌনা ফজে। মখোয়না ঙাঙনবদো তাবদা ঐ হরাওখি। ইন্দ্ৰানসু লাকখি, ইচেদি লাকখিদে। ইন্দ্ৰান্না ফনেক ময়েক নাইবা অমা মৌ অনৌবীদা তম্লম্মী। ইচেনা তম্লকপনি হায়রম্মী। ইচেনা ফি শারগা খরা খরা তৌদুনা তূংশিনজদুনা লৈজবা ফনেকনি - মণিপুরদগী লাকপা ফিয়োনবা অমদগী। হামিদ লৈরিঙৈদা লৈবা ফিনি - ওইরম্বা য়াই মৌপ্পাগী মৌ লাক্লগা মঙোন্দা তম্নবা।

মঙানি চাক্লৌবা লোইরগা, নোংমদি অয়ূক মৌ পুদুনা ইচেগী মনাক্তা চৎলুগে হায়দুনা রিক্সা তোংদুনা থোক্লকই। ইচেনা মৌ য়েংবা লাক্তবগীসু শাউশিন্নরুগে খল্লুই। অদুবু মখোয়গী থোঙ্গাল মপা য়ৌরগদি তারে - ইচেদো ঙরাং অহিঙ চেনখ্রে।

কনাদা ? বাগাগী মৌল্লবীদুদা।

ঐ ওক্তক চাখি, ইতোমতা হংজখি - করিগীনো ইচেনা মখোঙ নামা য়াওদ্রবা মৌলবী অদুদা চেনখ্রিবসিবু? মাবু লৌগে হায়বা অফ-অফবা নুপা কয়ানি পাউ থারকখিবা। ইন্দ্ৰানগা পোকমিন্নবা মামচৌগী মচানুপা অদুনসু য়াম্না পামজবনি। মাগীসিবু লমন শিংবা হায়বদুরা নৎত্রগা লাইরবা তোল্ল-তারবা পুন্সি অমগী প্রায়শ্চিত হায়বদুরা? ঐ পাউখুম ফংখিদে। ❑

[২০০৩]

## বিশ্বামিত্র

**অয়ুক** অদো ময়াম ৱা- ৱা লাউনরকই, খুনকোক্তগী খুন্দোনফাও পাউ অদো শন্দোরকপদা কুইহৌদে- মহাদেবচীংদা সাধুবাবা অমা লাক্লে।

অহানবা থেংনরুবশিংনা হায় - ঐখোয়দি কিবু কিরুরে ভূতপ্রেত ওইরিদ্রা হায়দুনা। মশা পূম্বা উৎৱাই তৈ, মশাদা মফি থোংদে, খুদৈগুম্বা ফি মচা অমখক্তংদি মরৈ-মরৈ তাশিন্দুনা শেৎলি, অকংবা শীং খরা খোমজিল্লগা মৈ তিক্তুনা লৈরম্মী, মকোক জটা তায়, মনাক্তা ত্রিশূল অমা য়ুংলি, গঙ্গা কন্না চিংদুনা লৈরম্মী। কদায়দগী লাক্লিবনো খঙদে, হংত হংলুরগা মমিৎ হাইফেৎ পাঙথোক্তুনা য়েংলকই অদুদগী গঙ্গা কন্না চিংদুনা মমিৎ উইশিনখি।

মহে মহে হায়নরকই - অচম্বা সাধুদি ওইরম্লোই, মকোক্তা জটা তারবা হায়বসে অচম্বা সাধু নত্তে। চহীবুদি থোইনা য়াম্লমগদবা মান্দে, চহী নীফুমরি-মঙা অদুৱাই মঙাই মাক্লা ওইগে হায়না ওইরম্লবদা, মকোক জটা তাবদুদা মকোইসু খরা খরা হৌবদুদা অহন ওইনা উবগী ৱানি।

খরনা অমুক হায় - অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরসু অচম্বা সাধুদি নৎত্রে। মশাদো মরৈ মরৈ তারদুনা য়েংবদা নুংঙাইত্রা ? শোয়দনমক্কী সিদ্ধ পাল্লবা সাধু ওইরমগনি। ঐখোয়গী মহাদেবকী খুভম অসিসু অচম্বা নত্তে হায়বদু লাপথ্রবা কনা খঙদবা লমদগী সাধুবাবা অমা লাকপসিনা ময়েক শেংনা তাক্লবনি।

মহাদেবকী খুভম লৈরিবসি খুনগী অৱাংলোমদা খরা লাপ্তুক তৌবা চীংদুম অমদনি। মহাদেব লৈ হায়দুনা চীংদুম অসিবু মহাদেবচীং হায়না খঙনৈ। চীংদুম অসি মতম অমদদি, অদুঙৈ হায়বা তাই, য়াম্লা শোঙলম্মী; মখল মখলগী উপাল-ৱাপাল, হৈপাল-লৈপাল, উরী-ৱারী কয়া হৌরম্মী - থৈবোং পুংদোনদগী হৌরদুনা চাউর-চাউরবা হৈনৌপাম্বী, মঙ্গে পাম্বী কয়ানি; লৈহাউ পাম্বী, নাগেশ্বর পাম্বী কয়াসুনি, মরক মরক্তা উরীগী মপোক্তা পোক্লবী উরীরৈনা মনাক নকপা উপাল-হৈপালশিংদা মপোক অসিমা থাদোকচরোই হায়বা মতাগুম মরৈ-মরৈ তাশিন্দুনা হাইন-হুম্লা শান্নজরম্মী। হৌজিকসু উপাল-ৱাপাল, হৈপাল-লৈপাল, উরী-ৱারী কয়া হৌরি, অদুবু হান্নগী অদুম হায়নজি শোঙদ্রে। হান্নদি নুংথিল

পোবোপ্তা লমহূই থোক্লম্মী, নুমিদাংদা শা-কৈ থেংনবসু য়াওখি, অদুবু ঙসি ফাওবা মী-পোং কনামতা শোকখিদ্রি। অহন- লমন্না হায়নবদা, শা-কৈশিংসু মহাদেব খুরুম্বা লাক্লিবনি, মখোয়সে নোংমাইজিং নুমিত্তা অয়াম্বা লাকল্লি, নোংমাইজিং নুমিৎ অহিঙ নোংয়াইদা তূমিন্না য়েংলবদি শা-কৈ লাকপা হৌজিকসু থেংনগনি।

চীংদুম অসিদা মহাদেবকী খুভম লৈরক্লিবসি কয়াম কুইরবা কনাসু খঙদে, কনাসু হায়বা ঙমদে। চারোন-শূরোন কয়াদগী হায়নবা অমদি লৈ - অদুঙৈ হনুমান্না শ্রীরামচন্দ্রগী মনাও ইবুংঙো লক্ষ্মণগী মথন্নায় হিঙ্গৎহন্নবা শিদহিদাক থিবদা গন্ধমাদন চীংজাও ফুক্তুনা পুরকপদা মাগী খুৎশাগী কারক্তা চীংজাউ অদুগী মচেৎ খরা খরা লীখহৌবদো মদুদগী মালেম নৈমায়দা লৈবা চীংদুম মচাশিংসে ওইরকখিবনি। মহাদেবচীং অসিসু ময়ামদুগী মনুংদা অমনি। অদুবু চীংদুম খুদিংদা মহাদেবকী খুভম লৈবদি নত্তে, মায়কৈ অসোমদদি মহাদেবচীং অসিতনি।

চীংদুম অসিদা মহাদেবনা মরেপ ব্রাংতক তৌবা মতুম তাবা নূংগী মূর্তি লৌদুনা লৈরিবসি শঙ মচা অমদনি। ময়াম্মদি মসিবু শিব-মহাদেবগী মন্দিরনি হায়নৈ। মন্দির অসি উনা শাবনি, টিন্না কূপই, মনবা হৌনবমখৈ মল্লে। করি করিগুম্বা চহীদা নোংলৈ-নুংশিৎ পন্থাদা পবন-নন্দন হনুমান্না কা-হেন্না ঙাওশিন্নদুনা ওইরিগদ্রা শঙ মচা অসি হুমদোকপিরম্বসু য়াওই। গঞ্জাদা ঙাওদুনা লৈরিঙৈ তাঞ্জা ওইদুনা তৌরিগদ্রা ভোলানাথ মাসু হনুমানবু থিংবা তৌদে, ব্রারৌবসু লৈতে। তৌবগীদি মন্দির অসি শেমজিন-শাজিনবগী থবক্তি খুঞ্জাশিংগী মথক্তা তাই। ভোলানাথ মহাক্তি মাগী খোঙলোই নন্দী-ভৃঙ্গীগা লোয়ননা চীংদ-মান্দা কোয়চৎ চৎপা পামজবনিনা, মীগী মোংফমদা ফাওবা য়াহীপ-য়াতাবদা করিমতা হঙ্গোইদবনিনা লৈফম চাফম ফৈ-ফত্তেগী ব্রাখল পংলৈ লৈতবগুম তৌই।

খুঞ্জাশিংনদি মাবু চেৎনা থাজজৈ, চানবীহৈবনি, পীনহৈবনি হায়দুনা থব্রায়-হকচাং য়াওনা মাবু নীংজৈ, মাবু খুরুমজৈ। নোংমাইজিং খুদিংগী ইমুং অমা নৎত্রগা অমনা হৈরা, কবোক-হৈবোক কৎলৈ, নূংগী মূর্তি লৌদুনা লৈরিবা মূর্তিদুগী মকোকথক্তা শঙ্গোম সের অম-নী হৈথরৈ, মাগী ওয়-য়েক্তা লৈরিবা নন্দী-ভৃঙ্গীসু শঙ্গোমগী মচুম খরা থকপা ফংজৈ, মখোয়তা নত্তনা লাইখুরুম্বা লাকপশিংসু শিবগী মকোক্তগী চেম্থরকপা শঙ্গোম মচুম অদো পাত্র অমদা য়ারগা মচুম খরতং থকপা ফংজরবদি পাপ কোক্লে খঙৈ। পাখংমচাশিংনা খৌরাংনা ঙাইজবদি ইবুংঙো মঙোন্দা কৎপা গঞ্জা অদু ফজনা শেল্লগা পেন্না চিংবা ফংজবদুনি। মদুদা মখোয়না ঙাওবদুদি ভোলানাথ মহাক্কা চপ মান্নে।

চহীগী অমুক্তং লাকপা বারুণী নুমিত্তদি লাইফমসিদা মী য়াম্না তিল্লি। ভুবন বারুণীচীং কাবগী খুদোংচাবদো মী খুদিংমক্না ফংবা ঙমদবনিনা মহাদেব চীংথক অসিদা কারগা ভুবনচীং কাবগী মহৈ অদো চপ-চানা ফংই খঞ্জে। অদুনা চীংথক্তা মীনা পীক থল্লি, অকোয়বদা লৈবা খুনগী মীশিংসু নুমিৎ অসিদা লাই খুরুম্বা লাক্লে। পাখং-লৈশাবীশিংসু তাঞ্জা য়েংদুনা পূন্না পূন্না খুরুম্নবা তৌজে। পূন্না খুরুমমিন্নরদি নুংশি পম্বুং য়ৌবা ঙমই হায়না থাজনৈ। মসিগী মতাংদা ভুবন মহাদেব অমদি নারান্দ্রবাবাদগী মহাদেবচীংনা পংতা তাদে। পামু-নুংশি ঈচেলদা তাউরিবা পাখং-লৈশাশিংনা মসি য়াম্না থাজনৈ, মসি ঙসি ঙরাংতগী নত্তে, অদুঙৈ চারোন-শূরোন কয়া মমাঙদগীনি। অদুবু ইবুঙো মানদি পাখং-লৈশা খুদিংমক্কী নীংবা থুংহনবদি ঙমখিদে। অয়াম্বদি অহন-লমনগী য়াথং হীক্তোকপা ঙম্নদুনা থম্মোয়নুংদা কায়ন-মৈচাক ওমদুনা খাঙখি, মখোয়গী মীৎলু পিরাংনা নোংজুথাগী ঈচেলদৌনা ঈহৌরক্লুনা নূংফৌ অমদি বরাক্কী ঈচেলদা তিনখি।

সাধুবাবা লাকপদগীদি মহাদেবকী খুভম অসিগী মগুণ খংহেন হেঙ্গৎলকপগুম তৌখি। নোংমাইজিং নৎত্রবসু খুঞ্জাশিং হৈরা, চেম্পাক চিনি, শঙ্গোম, মানা মানা ঙমজবা পুদুনা নোবিৎ কৎলৈ, প্রসাদীদো ফংজরগা খুঞ্জাশিং পুণ্য ফংনবা হোৎনজে। সাধুবাবাগী ব্রা তাবদা অরাপ্পা খুঙ্গংশিংদগীসু মী কয়া লাক্লখি মাবু দর্শন তৌননবা। সাধুবাবাদি থোইনা ব্রা ঙাঙদে। মাবু খুরুম্নরিবশিং অদুগী মকোক্তা নাম্বিবিসু য়াওই। মদু ওইরবদি খুরুম্নরিবা মীদো লোইবে, সাধুবাবাগী থৌজাল ফংলে হায়না লৌজে, থম্মোয়দা হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইবা অমা পোকচৈ। সাধুবাবানা অদুম হায়না নাম্বিরক্লবা নৎত্রগা মঙ্গল ওইয়ু হায়রক্লবা অদু ওইরবদি নীংবা থুংবা শোয়দ্রে হায়না লৌনৈ - মমিৎতা মচা উজদবা মীদো মচা উবা ফংই, পরীক্ষা পাশ তৌবা ঙমদবা মীদো পাশ তৌবা ঙমই, ভোট লেপ্পা মীদো ভোট শোয়দনা কায়। ব্রারী জাৎ-জাৎনি শন্দোকখিবা। থিতা থিজিল্লুরগদি মায় পাক্তবা কয়াসু য়াওখি, মায় পাক্তবনবু মশীং হেনখি, অদুবু মায় পাক্তবগী ব্রারী অদুদি কনানসু থোইনা পন্নদে।

থা খরগী মনুংদা সাধুবাবাগী মমিং মায়কৈ মরিদা শন্দোরকখি। লানবুদি লানবাউনা হেল্লি হায়বসি অরানবা নত্তে। সাধুবাবাগী মশা-মরেং য়াওবা মগুণগী ব্রারী তাবদা লাইরিক-লাইশু হৈতবা খুঞ্জাশিংদি তোক্লদুনা লাইরিক-লাইশু হৈরবা শহরগী মী কয়াসু লাকপা হৌনরকখি - হৈরাং লৈরাংনা মপোৎ মপোৎ পৈরখি। মদু পূম্নমক্তো মহাদেবনদি চাদবনিনা সাধুবাবাগী ওক্লবা খরা খাক্লগা মাবু দর্শন তৌবা

লাকপা মীয়ামদা য়েম্লোকপি, লাইগী প্রসাদী ফংবদা ভক্তশিংগী পেঞ্জবা অমদি থাজবা হেঙ্গৎলকখি।

নোংমদি খুরাইজমগী মপা লৈজদ্রবী লৈশাবী খুরাইলৈমদো মমা লুখ্রাবীনা পুরক্লুনা সাধুবাবা খুরুম্লে। নহানমখৈদি লাপ্পা অদুম খুরুমজবনি। ঙসিদি সাধুবাবাগী মনাক্তা চঙদুনা মমানা মমীত্তগী মপি শিন্থনা হায়জরবে। নুপীমচাদো পুংকক চাউরকপদগী শারৈ হেক হেক হৌরকখি, মরক-মরক্তা চোইরোন পারোল লোনবসু য়াওই। মাইবা-মাইবী য়েংহনবা য়াবা কয়া য়েংহল্লে, অদুবু ফবদি লৈতে। মী খরনদি মাইবী চঙগদগী তৌরিবনি হায়। মমানা নুমিৎ-থা ওইনা য়েংজরিবী নুপীমচা খুরাইলৈমদো মমাগী মিৎয়েংদা অঙাং ওইনা উজরবসু চহীদি ফজনা চৎলে, মমান্নবীশিংদি মচা অহুম-মরিশুবা য়াওনখ্রবনি। মাগী লায়না অসি ময়াম্না খঙবনিনা কনামতনা মচা-মমৌ ওইগে হায়রদে, পাখংমচাশিংসু মাগী মতৌদুদা কিদুনা মনাক্তা মোং হারদে।

সাধুবাবানা হাইফেৎ য়েংবদা খঙই - হোয়, নুপীমচাসে চহীবুদি য়াম্বা মাল্লি, অদুবু মশক থীবদি নত্তে, শাওং-শাদাসু চঙখোল্লি, হকচাং-কয়াৎকী মতাংদা মঙোন্দা করিমত্তা ব্রাত্তে। করিগীনো খঙদে সাধুবাবা মঙোন্দা মুন্না য়েংনীংবা অমা পোক্লকই। মমুন ফারবা হৈনৌদৌনা থেংত-থেংলুবদা কেল্লক্কদবা মাল্লি। ঙাইহাক ব্রাখল তৌরগা নুপীমচাগী মমাদা হায় - ইমা, ঐগী ইবুঙো শঙ্করগী কৃপা লৈরবদি ইবেম্মগী লায়না অসি শোয়দনা ফগনি।

অদুগী মতুংদা খুরাইলৈমা মমা-মচাদো সাধুবাবাগীদা তোয়না তোয়না লাকপা হৌরকখি। লৈজবা হৈরা খরা পুদুনা লাকই, থম্মোয় শেংনা কৎলৈ, সাধুবাবাগী মখোঙ শোক্লুনা খুরুমজবৈ। সাধুবাবানা মকোক্তগী মনঙ্গনফাও নাম্থবি। করিগীনো খঙদে সাধুবাবাগী ব্রাখলদা শ্বাই-শ্বাই লাউবা ব্রাখল অমা ফাওরকই। নুপীমচাগী ঈরুজরকপতা ঙায়রিবা চেংহী মনম্না মাবু খোয়রাঙহল্লি।

মমা-মচা চৎখ্রগা সাধুবাবা মতোমতা খল্লকই, করিগী মতৌনো তৌরিবসি? ব্রাখলদা ঈথক-ইপোম হৌরকই। মপৃক্লিংদা অকিবা অমা পোক্লকই, নহানমখে অসুক কুইবা তোপ-জোপ-ধ্যান তৌরিবসি নোংলৈ-নুংশিৎ অমনা হুমদোকখিগদৌরব্রা?

নোংমা সাধুবাবাদো কনামতদা করিমতা হায়রমদনা মাঙখ্রে, কদায়দা চৎখ্রবা কনামতা খঙদে। মহাক্কী মপোৎ-মচৈসু অমত্তা লৈরমদ্রে। হোয়, মাগী মপোৎ-মচৈ হায়ববুদি করি থোইদোকপা নত্তে, শেৎনবা খুদৈ মচা খরগা ত্রিশূলগা কমণ্ডলুগা

- অদুনা লোইরে।

সাধুবাবাদো য়াম্না লাপ্না চৎখিরম্বা তারে, অনকপদা ওইরবদি পাউ শোয়দনা তাগনি। ময়াম্না ঙাঙনৈ, মসিনিনে মখোয়গী মতৌ। মফম অমদা কুইনা লৈবা হৈনদে, কুইনা লৈবা য়াদে, দেশ অমদগী দেশ অমদা কোয়চৎ চৎপনা মখোয়গী হৌনবীনি, নীংঙকপদা পংচৎতা চৎপনি।

মতম ফনা কুইখ্রে সাধুবাবানা চৎখিবা, চৎখিবা নত্তে মাঙখিবনি হায়বা য়াই। অদুমকপু ভুবন বারুণী খুরুম্বা চৎলুবা খরনদি হায়রবা য়াওই - মহাক মানবা সাধুবাবা অমা উরম্মী, মনাক চঙদুনবুদি য়েংলুদে। বদরপুরগী সিদ্ধেশ্বর বাবাগী মেলাদসু মহাক মানবা সাধু অমা থেংনরম্মী হায়বসু য়াওই। হন্দক্তা এলাহাবাদকী প্রয়াগতা কুম্ভ মেলাদা পুণ্য তানবা চৎলুবা থাংজমগী ইনে থরোগা মাম-থম্বৌগসু মশাদা মফি থোাংদবা সাধু-সন্ন্যাসীশিংগী মরক্তা মহাক মানবা অম-নীসু লাপ্তুক্লা উরকই হায়না তমই। কনানা খঙবা মশাদা মফি থোংদবা সাধু-সন্ন্যাসীশিং অদুগা লোয়ননা হিমালয় পাংখ্রবরা, শিব মহাদেবনা স্বয়ং ওইনা লৈরিবা কৈলাস চীংদোন য়ৌননবা ? সাধু-সন্ন্যাসীশিংগী ব্রাসিদি হায়বা ঙমদে, তম্বা ঙমদে। মখোয়দি নীংঙক-নীংঙকপদা, মখোয়বু চিংঙক-চিংঙকপা মায়কৈদা কোয়চৎ চৎপনি, কোয়থুং থুংবনি।

অসুম হায়না ময়াম্না ঙাঙনরম্বদগী মাবু খরা খরা কাউনরক্লবা মতমদা নোংমদি লৈচিন্না কুইনা কুপশিন্দুনা লৈরুরবা থাজগুম ফুং লাউনা ফাওদোরক্লে সাধুবাবাদো। খুনকোক্তগী খুন্দোন ফাওবা ব্রা-ব্রা লাউনরকই- সাধুবাবাদো অমুক্তা লাক্লে, সাধুবাবাদো অমুক্তা লাক্লে।

মহাক লাকপদগীদি মহাদেব চীংদো মী তিনবা হেঙ্গৎলকখি, হৈকৎ-লৈকৎ তম্লবা ইমা-ইবেন মশীং হেঙ্গৎলখি, মচা-মশূ নাদ-য়েক্তনবা, মপ্রোইবা নারিবদো ফননবা, মচা-মশূ পরীক্ষা পাশ তৌননবা, য়ূমলোন্নবগা লৌ-ইংখোলগী মতাংদা কেস তৌনরিবদো ঙম্মনবা,থাজ-য়োঞ্জবা য়ারবী মচানুপীদো নুপা অফবা অমত্তং ফংজনবা, হল্লক্তুনা লৈরিবা মচানুপীদো অমুক হঞ্জিন্নদুনা ফৎখিদ্রবা মনেমদো নন্ধৎতুনা পানবা ঙম্মনবা - য়ামখ্রে সাধুবাবাদা মচীন্দি থোক্তুনা, মপৃক্লিংদা নিররিবদো। সাধুবাবাসু ব্রা ঙাঙদে, মখোয়দা হাইফেৎ হাইফেৎতং য়েংলগা মোমোন মোমোনতমক তৌই।

তশেংবমক্তি, সাধুবাবা হন্দক্তি ব্রা-লান থোইনা ঙাঙখিদ্রে, চীংলেম্বা য়াম্না হেনখ্রে, অদুবু মাগী মিংয়েংদা চোকথবগী মমি অমদি তাবগুম তৌই। মাবু

দর্শন তৌবা লাকপা অহন খরদদি কৌশিল্লগা তপ্না তপ্না হায় - ঐনা হন্দক অমুক লাক্লিবসে লীচিং অমনা চিংদুনা লাকপনি। ঐগী মঙদ-হাদা ইবুঙো ভোলানাথ মশামক্লা লাক্তুনা য়াম্না তোয়না হায়ররে, ঐগী মন্দির মচা অমত্তংদি শানবা তৌ, ঐবু নীংজবশিংদা হায়য়ু, অঙম অঙম্বা দান তৌসনু।

ময়াম ব্রা তান্নদুনা মহাদেবকী শঙমচা অদুগী মমাঙদা শেন থাদবা য়াননবা উপু মঁচা অমা থম্লে, মদুগীদমক মখুন মচা অমত্তংদি হৃৎলি। মখুন অদুদা মানা মানা ঙমজবা শেন থাদরে, অরাপ্পদগীসু মী রুয়া লাক্তুনা শেল কৎলে, মন্দির শাবগী পুণ্য অদু খজিক্তং ওইরসু ফংননবা।

সাধুবাবানা হায় - ঐখোয় পূম্নমক শিবা নাইবা ঙাক্তনি, ঙসি শিনি পাউজেন্দে হয়েং শিনি পাউতাক্তে হায়রিবদুনি, কনানা করি নুমিত্তা শিগদবা কনাসু হায়বা ঙমদে, অদুনা অফবা থবক হায়বসিদি থুনা তৌগদবনি ... য়ারবদি লাক্লিবা শিবরাত্রি নুমিত্তা মন্দিরগী যাত্রা অসি হুন্নবা তৌসি।

ময়াম্না হায় - শিব-শঙ্কর অমদি সাধুবাবাগী কৃপা লৈরবদি ঐখোয় ঙম্নবা তৌজগে।

অসোমদনা সাধুবাবানা হন্দক হেক থুংলবদগী খুরাইলৈমগী শারে হৌবদো তোয়খৎলকই, মাইবী চঙবদৌনা চোইরোন-পারোন লোনবদো মওং অমা তৌরকই। তৌফম খঙদ্রবী মমানা মচানুপীবু সাধুবাবাগী মনাক্তা তোয়না তোয়না পুদুনা লাকই। সাধুবাবানা মাগী কমণ্ডলুদগী ঈশিং অশেংবদু লৌদুনা মমীৎতা মমায়দা চাইশিল্লি। নুপীমচাদো তপ্না তপ্না মমীৎ-মনা শিংবগুম তৌরকই, সাধুবাবাদা মুন্না য়েংখৎলকই। সাধুবাবাসু মঙোন্দা মুন্না য়েংই। মায়থোঙ অদো হান্নদগী হেন্না ফজবগুম উই, লীৎলিবা পাম্বোম ককপী ফুরিৎ অদুদগী পুন্নুম তাবা পাম্বোম অদুনা মাগী মীৎয়েং চিংশিল্লি, হকচাং কায়াৎ খুদিংমক্লা মাবু ঈরাং হৌহনবগুম তৌই। শেন্নহৌদবা মীৎকুপ্তা নুপীমচা অদুগী ওয়থংবা খুদাং তাপ পায়রুই মিহুন য়েংবগী মওংদা, সাধুবাবাগী হকচাং পূম্বদা নোংথাং কৃপ্পদৌনা চিং লাউবা অমা ফাওরকই। মখুবাক্তো তিংথোকহল্লগা খুবাক ময়ি য়েংই, অদুদগী হায়রকই - করিমতা কিরুবনু শোয়দনা ফরনি। ঐনা আশীর্বাদ তৌরিবসিনি হায়রগা মকোক্তগীনা মনঙ্গন-ফাও নাম্থবি।

নুমিদাং অদো সাধুবাবা নীংথিনা তূম্বা ঙমখিদে, ঙাইহাক কাংদনা মিৎকপ থোকই, খল্লি-মহাক্লা তৌরিবসি করিনো, মহাক্কী ব্রাখলদা, হকচাংদা ঈথক-ইপোম হৌরক্লিবসি করিগীনো?

খুরাইলৈমগী মমানদি মচানুপীগী লায়নাদো ফহন্নীংবনিনা য়াম্না তোয়না সাধুবাবাগী মনাক্তা পুদুনা লাকই। তোয়না লাক্লবনিনা মমাসু সাধুবাবাগী অমদি মচাগী মনাক্তা হান্নগী অদুম ফমদুনা লৈরম্বদো খরা কোমথোরক্লে। করি করিগুম্বা মতাংদা সাধুবাবাগা নুপীমচা অদুগতা লৈহৌবসু য়াওই, করি ঙাঙনরিবা করি হায়নরিবা থৌশারুদে।

নোংমদি থামম্বগী অহিঙ অমদা সাধুবাবাগী তূম্বা কায়খি। কনানো অমা চীংথক্তা তপ্না তপ্না কাখৎলকপগুম তৌই। কাখৎলক্লিবা মী অদো নকশিল্লকই, ফি অমুবা অমনা মকোক-মরু কূপশিল্লি, সাধুবাবাগী মনাক্তা ফমথরে।

খুরাইলৈমনি। সাধুবাবা শ্বাই লাউই, করিনো মহাক্না তৌররিবসে? সাধুবাবাগী লূ- তোং শিংলি-নুংলি হকচাং কায়াৎ পূম্নমক মৈদৌনা শাগৎলকই। অসুম্না ওইরম্বা তাই, অদুঙৈ মথোৎ কারক্লিবী মেনকাগী জগোই শাথেক-খূৎথেক-মিৎয়েংদা বিশ্বামিত্রগী ধ্যান কায়খিবদো, ব্রহ্মচর্য ধর্ম ঙাকপা ঙমখিদবদো।

নোংমা-নীনি মতুংদা লৈকাইগী মী খরনা ঙাঙনবা হৌরকই - অহিঙ নোংয়াইদা তিনমু-লাইমু থোক্লেকো, ফিমুনা মশা পূম্বা কূপশিল্লি, মমি-শামি ওইনা চৎলি, নয়ূম-নকৈদা থেঙন-খোৎনা হঞ্জিনবা তৌনুকো, তিনমু-লাইমুদো ওক্লরবদি হিংবগী ৱা লৈতে।

অসোমদা শিবরাত্রি নকশিল্লক্লে, মহাদেবকী মন্দির যাত্রা হূনবগী মতম কুইশিল্লক্লে। দানপাত্রদা দানগী শেনফমসু ফনা য়াম্নম্লগনি। সাধুবাবাবু ময়াম্না থাগৎনৈ। মহাক লাক্লমদ্রবদি মহাদেবকী মন্দির শারম্লোই, শাবা ঙম্লম্লোই, ঙম্বদি লায়রদুনা শাবগী ৱাখল ফাওবা পোক্লমলোই।

অসুম হায়না মন্দির যাত্রা হূনবগী অমদি শাবগী ৱারী অমদি থৌরাংনা খুঞ্জাশিংগী হরাও-মথোই কারকপা মতাং অসিদা নোংমদি অয়ুক অমা সাধুবাবাদো মহাদেব চীংদা লৈরমদ্রে। ময়াম চঙদুনা থিবা য়াবা থিরে। কাইনথংদা চীংগী কাচিন অমদা সাধুবাবা মাগী যটা তাবা মশমদো কাটিনা চপথৎলগা লংশেক্লম্বগুম থেংনরে, মনাক্তা মাগী ত্রিশূল অদু য়ুংদুনা লৈরি, কমণ্ডলু অদুসু মনাক্তা তাদুনা লৈরি। মী ফত্তবা কনাগুম্বনা হাৎতোকপিগ্রবা ওইরিদ্রা নৎত্রগা শা-কৈনা শারাক তমদুনা পুখিবা ওইরিগদ্রা? অনীমক অদুগী অমা ওইরবসু ঈ খরদি মনাক অদুৱাইদা তাগনি। অদুবু ঈ মরীক অমত্তা তাবা উদে। কনানো অমনা হায়রকই - লাইমাঙগী দানপাত্রদো লৈবরা য়েংঙু। দানপাত্রদো লৈদি লৈরম্মী, অদুবু শোদি ফক্কাইরম্লে। হাংদোক্লুনা

য়েংবদা শেল খরদি লৈরি, খরদি পুখিবা মাল্লি।

ওাইহাক লৈরগা নুমিৎ মাঙ্গোল ময়ায় য়ৌবগী অদুব্রাইদা পাউ অমমুক নাকোং অমদগী নাকোং অমদা য়ৌরকই - খুরাইজমগী খুরাইলৈমদো নোঙাল্লকপদা ময়ূমদা লৈরমদ্রে হায়য়ে, শোয়দনা কনানো অমদা চেনখিবা ওইরম্বা তাই। অদুবু অসূক থেঙলবা ফাওবদা পাউ হায়দোকপা অমত্তা লাক্তবসিনদি করিনো ঐখোয়না খঙদবা অমদি থোক্লম্বা তারে।

অদুদগী মরী অমা শম্লরকপগুম তৌরকখি। সাধুবাবানা লৈরমদবগী লৈচিন অদো তপ্না তপ্না হাইদোরকখি। ❑

[২০০৯]

# ঐনা কেনগে কেনবা নত্তে

**ঐগী** অহুমশুবা শৈংরেংগী লাইরিক 'পোকমিন্নরদি চেক্লাগী মপোক্তা তোংমিন্নসি উশা অমত্তদা, পোকমিন্নরগা লৈরাংগী মপোক্তা শাৎমিন্নসি লৈকা অমত্তদা' হায়বদো ফোঙলমদাইদা খরা কৃপ্না য়েংহৌনবা থবক অতৈ লংশেক্লগা অয়ুক অদো তহা তহা চৎলি প্রেসতা। চঙবগা ফম্নু ফমদ্রি তা-থোইবনা নোকমি নোকমি হায়রকই - নঙদি তারমখিরোই, ঐখোয়গী রাধাদো কৃষ্ণদা চেনখ্রে।

ভাব তাদদুনা ঐনা হংই - করিনো হায়বিরিবদুবু? ঐ ভাব তাজদ্রে। তা-থোইববু ঙন্তানা গঞ্জা-ককা ফাল্লুরব্রা, পাউখোং চনবদৌনা পাউনি হায়না হায়রিবদুবু?

- এরা, নঙসু ওহ্লোক্লা ভাব তাগনখিদ্রে। ঐখোয়গী রাধারানীদা কৃষ্ণকুমারদা চেনখ্রে।

- ফরেনা 'দুদি।

- নঙনদি ফরে হায়রিবা, অসোমদনা ব্রা থোক্লরিবা। কৃষ্ণকুমারদো মপা-মতোন কনাসু লৈজদে, অদুনা নুপী চেনবগী পাউ হায়দোকপা চৎপদা ঐবুসু ঙাইহাক্তা য়াওবিয়ু হায়রদুনা ঐ চৎলুবনি। ঐ হল্লকপতা ঙায়রি। রাধারানী মপাদো মনা পায়বা য়াহৌদ্রি, মৈ হৌনা শাউহৌরি। ঐনা মরূপ-মপাংনিকা হায়বদা ইব্রা করিমতা তাখিদ্রে। লাই লাক্লুনসু ঐ সুকয়া য়ারোই, ঙসিদগী ইচাদো শিরে হায়না লৌরনি হায়হৌই।

- করিগীনো অদুক য়াম্না শাউহৌরিদুবু ? লৈশাবী-পাখং চেনচেংবা হায়বসি থাইনদগী, অদুঙৈ লাই হাক্তক্তগী চৎনরকপা মহৌশানি, অনৌবা অমা নত্তে। মনুংগী ব্রা খঙদনা ঐনা হায়।

- বামোন্নুপীনা মৈতৈনুপাদা চেনবা য়াদে'সিনিনে। ইপা-ইপূ হাক্তক্তা তৌরক্তবা থবক্লি অসিনিনে।

- এরা, ইপা-ইপূ হাক্তক্তা তৌরক্তবা কয়া তৌরিবসিদি। ইপা-ইপূ হাক্তক্তা ইনা কৃপ্না য়ুমদা লৈরম্মী, হৌজিক্তি ইনা কৃপ্না য়ুম কয়া লৈরিবগে? ইপা-ইপূশিংদো রেডিও উখিদে, টিভি য়েংখিদে - হৌজিক্তি রেডিও, টিভি লৈতবা ইমুং কয়া

লৈরিবগে ? মতমগী মতুংইন্না চৎনবীসু খরা খরা হোংবা তাবনি। হৌজিক্কী মতমদবু মৈতৈনা বামোন লৌবা য়াইগা য়াদেগা।

- ঐসু ফনা কন্না হায়বনি, থাইনগী লৈকাং চারবা ব্রাখলদো খরা খরা শেংদোকপা ফৈ। অদুবু তাগদবা মানা তাদ্রবনিনা ঐসু হায়রম্লে, অজ্ঞানা য়াবিদ্রবনিনা নুপা ময়ূমদা হোঙবা তারে। অদুদা মহাক্না - নখোয়না তৌনীংবতা তৌজখো, ঐগীদি ইচানুপীদো শিগ্রে হায়না লৌরে হায়রকই।

- অদুদি হৌজিক করি তৌবা তারে ? ঐনা হংই।

- লুহোংবিবা তারেদনা। হয়েংলা হংচিংলা য়ারিমখৈ থুনা। ফরে, হংচিৎসে শ্রীপঞ্চমী নুমিৎনি, লমদাগী মঙানি পানবা, পাঞ্জি অমুক য়েংলুদ্রসু য়ারে। ঐনা নুপাগী মপা শারগা লোইরে। শগোলশেম যশোদাদো শংলম্মদি নুংঙাইখ্রনিদা, মাবু শংলম্মদি ঈশৈসে মহাক হেক্তা শকহল্লগা লোইরে। করি হায়গে?

- য়াম্না ফজবা ব্রানি। রাধাকৃষ্ণগী লুহোংবদা মমাইবেম্মা যশোদানা ঈশৈ শকপা পংথোক থোক্তবা কুম্মৈনি, অমুক্তবু থোক্লি। অদুদা শ্রীপঞ্চমী নুমিৎনিনা নাহুৎ-নারেং কয়াগী বার্তোন লৈরমগদবা মাল্লি। হোয়, অদুবু লুহোংবদি নুংথিল নুমিদাংব্রাইরমদনিদনা শংলম্বসু য়াই। অদুদি ঐ চৎলুখিগে, যশোদাদো শংব্রা য়েংলুখিগে। হায়রগা ঐ হৌগৎকে তৌই। তা-থোইবনা খাম্মকই - ঙাইখো চা পুরক্লনি, চা থকমিন্নখিসি।

চা থক্লা থক্লা তা-থোইবনা ফাগি ওই থাগৎপা ওই হায়রকই - নঙগী শৈরেংশিংসে ময়াইদি কনপ্রেকো । শৈংরেংশিংসে পারুবদগী লৈশা-পাখং কয়া ব্রাম্ভনরে। রাধারানীগা কৃষ্ণকুমারগতা নত্তনা লৈশা-পাখং অতৈ কয়াসু চেনচোংনবা য়াওগদৌরি।

- অতৈগীদি খঙদেকো। রাধাকৃষ্ণ অনীগীদি তা-থোইবনা মরম্লি। তা-থোইবা চেনবা য়ারোই। নীংশিংলিব্রা নুমিৎ অদো তা-থোইবনা কৃষ্ণকুমারবু কৌরগা নুপীমচাসে থবক ফজনা তন্বিয়ু হায়না মঙোন্দা শিন্নখিবদো।

ঐগী অনীশুবা শৈরেংগী লাইরিক 'পামু নশুংলাংগী' নম্বা মতমদনি। নুমিৎ অদো তা-থোইবগী কাদা ইতোমতা ফমদুনা প্রুফ য়েংদুনা লৈরি। লৈশাবী মচা অমা পুদুনা তা-থোইবা চঙলকই, মাগী চৌকিদা ফমথবগা হায়রকই - কবি হায়বসে চান্নবা ওইগে খল্লেনে।

ঐনা খুমদ্রিঙৈদা অঙাং অমদা কৃষ্ণকুমারদো অমুক্তা কৌরকউ হায়না থাখি। নুপীমচাদো মশক-মতৌ য়াম্নমক ফজে হায়বা য়াদ্রগসু য়েংবদি য়াই, রাশি মচা অমা

*মায়থোঙদা য়াওরি, মমিৎতো তরাও-তরাওরদুনা নুংশিবা অমা য়াওই, মনাতোনদো তুমতক তৌরদুনা ময়াং শক্তা খরা চঙই, হকচাং কয়াৎতা অৱাৎপা অমত্তা য়াওদে, হেক উবদা মিৎয়েং চিংশিন্নীংঙাইহনি।*

হেড কম্পোজিটর কৃষ্ণকুমার চঙলকপগা তা-থোইবনা হায় - সে নুপীমচাসে ঐগী য়াম্না লুনা তিন্নবা মরূপ অমগী মচানুপীনি, থবক ফজনা তম্বিয়ু, নঙোন্দা শিন্নরিবসিনি।

তা-থোইবগী প্রেসতা তোয়না লাকপনিনা প্রেস অদুদা থবক তৌবা শিন্মীশিংগা ঐগা ফজনা খঙনৈ। ঐগী শৈরেংশিংদো পারগা কবি ওইনীংবা কয়া য়াওরকখি। কৃষ্ণকুমারমক নোংমা ঐঙোন্দা ইকায়বোই হরাওবোই হায়রকখি - ওজা, ঐগীসু শৈরেং ফনা য়াম্না লৈজরে, লাইরিক মচা অমদি ওইবা য়ারনি। ওজাদা অমুক্তা য়েংহঞ্জবা তারি।

- ইগদবনি ইগদবনি ইয়ু, কবি হায়বসি ওইগে হায়রগা হেক্তা ওইবা য়াদে, ৱাখলগী ঈফুৎ থোরক্রবদি শৈরেং ইবা য়াবা নত্তে।

তা-থোইবনা নোংমা ঐবু থাগৎপোই করেম্নবোই হায়রকখি - নঙনা অঙাংশিংসে লোইনা ঙাওহল্লেকো। কনানা খঙবা নোংমদি ঐগী প্রেস অসি কবিনা চেংগুম শৌবগুম শৌরক্নুনা কুম্মৈ তানিকো।

থোঙাম তা-থোইবগা ঐগা চহী ফনা য়াম্না খেন্নরবসু ইমান্নবদৌনা ঐখোয় অনী তিন্নৈ। চহী ফনা য়ান্নক্লে ঐখোয় অনী তিন্নরক্লিবসে, মহাক্কী প্রেস 'পেরাদাইজ প্রিন্টিং ৱার্কস' লিংখৎত্রিঙৈ মমাঙদগীনি। শগোলবন্দগী লমজাও মপান্দা অমনবা ট্রেডল মেশিন অমনা মাগী প্রেস অসি হৌদোকখিবনি। রাজনীতি খরা খরা তৌরম্মী তা-থোইবসে। অদুগা মতম অদুগী ছাত্রনেতা অফাওবা শাবা ঐখোয়না মঙোন্দগী পাউতাক হেক হেক লৌখি। মহাক্না প্রেস হাংদোক্লবা মতুংদা মহাক্কী প্রেস অসিদা ঐখোয় লিফলেট কয়া পৈশা পীবোই পীদবোই নমখি, মরূপ-মপাং কয়াগী লুহোং-খোঙদোংবগী বার্তোন মাগী প্রেসতা পুশিন্দুনা নমহনখি, স্কুল-কোলেজ কয়াগী মেগাজিন কয়াসু।

শিনফমসিগা তা-থোইবগা লাইবক-শা তিন্নরুদুনা তৌবনরা করিননো খঙদে মাগী প্রেস অসি জরজর চাওখৎলকখি। প্রেস অসিগী মপূ ওইবতা নত্তনা মেনেজরসু মহাক্নি। থবক তৌবদা য়াম্না চেকশিল্লি, চে-চাং লাইরিক-লাইশু নম্লবা খুদিংমক মহাক্না অরোইবা ওইনা য়েংহৌগদৌরিবনি, য়েংবদা মহাক্না য়ারে হায়না খল্লবা অদুদতা নম্লরিবা চে-চাং পোৎচৈশিংদো পীখিগদৌরিবনি।

প্রোপ্রাইটর- কম- মেনেজরগী কা মচা অদুদা থারিবা মাগী চৌকি অদুগী মনীংগী ফক্লাংদা ইংরাজিদা ফজনা ইদুনা থেৎলি Customers' pleasure is our pleasure। মসি ৱাহৈগী লৈতেং ওইনা থেৎপা নত্তে, মসিগী চপ চাবা অর্থ খঙনা মহাক থবক তৌই। মহাক্কীদা লৈবা কম্পোজিটর, মেশিনমেন, বাইণ্ডর - পুম্নমক থবক ফজনা তৌদবা য়াদে। শম্মা হায়রবদা তা-থোইবা থবক্তা চিলহাউ থিবা মীনি। থবক ফজনা হৈতবা নৎত্রগা তৌদবা শিন্মী অদুদি মহাক্কী অসিদা কুইনা থমদে - য়োংনা তিনথোক পায়বদৌনা তৌগদগী শরুক অতোপ্পা শিনফম অমা য়েংঙুচো, সংসারসিদা প্রেসকী থবক নত্তবা অতোপ্পা শিনফম কয়ামসু লৈরি, নঙগা চূনগদবা অমা য়েংঙুচো হায়রগা মাগী ফংফম থোকপা সিকি অনা ফাওবা পীরগা থাদোকখি। মহাক্কী শিন্মীশিংসে মণিপুরগী প্রেস অতৈদা পীবা খুৎশুমল অদুদগী খরা হেন্না পী, তোলোবকী মথক্তা বোনাস, এনুয়েল ইনক্রিমেন্ট, প্রোভিডেন্ট ফণ্ড অসিনচিংবসু। থবক্তি মতম চানা কারক্তবা য়াদে - অয়ুক মাপন্দা, ছুটিনা নুংথিল পূং মঙাদা, নোংমদা পূং নিপান থবক শূবা। শিন্মীশিংনা মাবু য়াম্না য়াই।

তা-থোইবসি নহা ওইরিঙৈদা কমিউনিষ্ট য়াওরম্মী হায়, রাজনীতিদগী হৌজিক লাপ্তুক লৈরবসু কমিউনিজমগী ৱাখল্লোন অদুদি মঙোন্দগী পূংমুৎ মুৎখিদ্রি। মহাক্না হায় ঐগী প্রেস অসিনা চাওখৎলক্লিবসে শিন্মীশিংগী মপান্ননি, মদু খঙনা ঐসু মখোয়গী পীফম থোকপা খুৎশুমল অমদি মতেঙ কয়া পীবা তাই। তশেংবসুনি, ট্রেডল মেশিন অমনবা অমনা হৌদোরকখিবা প্রেস অসি চহী খরগী মনুংদা মথং মথং চাওখৎলক্তুনা তাঙল-তাঙলবা মেশিন কয়া - সিলিণ্ডর, ওটোমেটিক্লচিংবা কয়া হাপকৎপা ঙমখিবসি শিন্মীশিংগী মপান কয়া য়াওখি। অসুম হায়না তা-থোইবগী পেরাদাইজ প্রিন্টিং ৱার্কস অসি মণিপুরগী মশক নাইবা প্রেস অমা ওইখৎলকখি। লাইরিক লাইশু চে-চাং ফজবা অমা নম্বা তারবদি মাগী প্রেসতা লাক্লে। হৌজিক মমিং য়াম্না চৎলিবা নুংতিগী চেফোঙ 'অয়ুক্কী কোরৌ মঙাল' অসি প্রেস অসিদা নম্বা হৌখিবনি।

ঐগী অহানবা শৈরেংগী লাইরিক 'শাবী ইনেম্মচা' হায়বদু প্রেস অসিদা নমখিবনি। তা-থোইবদা হায়নদুনা প্রেস অসিগী খ্বাইদগী মখুৎ নানবা কম্পোজিটর কৃষ্ণকুমারবু লাইরিক অদু হৌবদগী লোইবা ফাওবা পায়হনখিবনি। কৃষ্ণকুমার কম্পোজিটর ওইবতা নত্তনা আর্টিস্টসুনি, লাই ফজনা য়েকপা হৈ। কোনারক অমদি খাজুরাহোগী লাইশঙদা হক্তুনা ময়ামগী মিৎয়েং চিংশিংলিবা লাইশিং অদুগী ফোটো য়েংহল্লগা লাইরিক অদুগী মখুমগী লাই অমা মাবু ফজনা য়েকহনখি, লাইরিক

মনুংদসু মরক মরক্তা লাই খরসু মাবু য়েকহল্লগা হাপখি। লাইরিক অদু ফোঙবগা পোইরৈ লমদম অসিদা শেৎ-শেগাইনা ফাওখি। লাইরিক অদুগী মখুম অমদি মনুংদা য়াওরিবা আদিরসকী লাইশিং অদুনরা শৈরেংশিংগী নুংদা অফা-অপুন লৈতবা লৈরাং-খোইমুগী নুংশি-নুংওলগী চেল্লিবা ঈচেল অদুনরা হায়বদুদি খঙদে। অনীদুগী অপূনবা ময়াইনসু ওইরম্বা য়াই। হৌগৎলক্লিবা শাবী-শানৌশিংনা ফোংনা লৈবদা ইকায়বা য়াওরবসু লোন্না লোন্না লৈদুনা মাগী মাগী থম্মোয় ঈরাং হৌহল্লিবশিংদা খূদোল তম্লখি। চহী অমদা অহানবা খুৎনম লোইখিবা খঙহৌদে। মতম অমদা পাখং-লৈশাশিংনা য়াম্না পাম্লখিবা 'নুংশিচিঠি' হায়বা লাইরিক অদুগী রেকোর্ড থুগাইখি হায়বা য়াই।

অদুগুম্বা কবিগী মিংচৎ ঐবু ফংহনখিবা কৃষ্ণকুমারগী লুহোংবদা ঐনা করিগী থৱায় য়াওনা হোৎনরোইদৌরিবা ?

- তা-থোইবা ঐ চৎলে, যশোদাদো ফংনবা চেল্লুখিগে হায়রম্লগা ঐ থোরক্লে।

অসুম হায়না মপামগী মী হায়বদো কনামতা য়াওদনা ঐখোয় খরনা লাঙদুনা রাধারানীদো কৃষ্ণকুমারদা লুহোংবিখি। ইমাইবেন খরনা হায়নরকখি - কয়াদা চানকখ্রবনো, রাধারানীগী রাধাগা কৃষ্ণকুমারগী কৃষ্ণগা অনীসে পূল্লগা রাধাকৃষ্ণ। কুঠি য়েংনদ্রফাওবদা য়ারে, ওম্মোক্লা পক্লরমগনি। অওং-অউন হেনফদবা খরা তা-থোইবগা ঐগা তান্নদুনা তম্বিখি।

চহী অম-মখায়রোম মতুংদা মখোয় অনী নুপামচা অমা ফংজখি। ষষ্ঠিদা তা-থোইবা ইবানি চৎলুই। পাউ লৌবদা, মপামলোমগী তুমিৎ অমা ফাওবা পাইরকখিদে হায়। বাচস্পতি ময়ূমগী অজ্ঞা বাসুদেবদো মরীন শাথীনা খারম্বা তাই, নৎত্রগা সমাজপু শাথীনা কিরম্বা তাই। অঙাং অনীসিবু লৌখৎপিনবা তা-থোইবনা মহাক্কী মরূপ অদুদা ফনা তোয়না হায়রুই, অদুবু বাচস্পতিময়ূমগী অজ্ঞাদো চীংদৌনা খজিক্তং ফাওবা লেঙদনা লৈখি।

রাধারানীগা কৃষ্ণকুমারগদো মখোয়গী মপূক্লিংগী নুংঙাইতবদো মীঙোন্দা থোইনা উৎথোকপা তৌদনা থম্মোয়নুংদা ফুমদুনা খাঙখি। নুংঙাইতবা মৈচাকতো খাঙনা খাঙনা মখোয়গী শিনফমদা থৱায় য়াওনা ওনশিন্দুনা নোংমদি নুংঙাইবগী মতম অমা লাক্কনি হায়না ঙাইজখি, মঙলান অমসু মঙজখি মতমগী শানরিবা মওংদা য়ূম মচা অমত্তং শাজরগা খূয়া তুশিংনা পানবগী। তা-থোইবসু মাগী পেরাদাইজ প্রিন্টিং ৱার্কস অসি চাওখৎলিবগী মথক্তা হেন্না চাওখৎপগী মঙলান অমা কন্না

মগুজখি। ঐসু মাগী ছাপাখানা অসিদা পৈশা পীবোই পীদবোই লাইরিক ফোঙখিগনি হায়বা আশা থাদোকখিদে।

অদুবু মতমগী খোঙলৈ কনানা খঙবা ঙম্বগে? ইখঙ-খঙহৌদনা প্রিন্টিং টেক্নোলোজিদা য়াওল অমা লাকখি। পাউ তানরকখি, দিল্লী বোম্বে কোলকাতাদা ওফসেট ঙাক্তা ঙায়খ্রে, লেটর প্রিন্টিংগী যুগ লোইগদৌরে। অদুমকপু ওফসেট প্রেস হায়বসি পৈশা চঙবা পোৎনি, মণিপুরগুম্বা মফমদদি মসিগী চন্নফম লৈরোই, লেটর প্রেসকী মহুৎ ওফসেটনা শিনবা য়ারোই হায়না ময়াম খন্নখি। অদুবু করম্বা হেলোইগী য়াদুমন্ত্রননো খঙদে মণিপুরদসু ওফসেট প্রেস য়ৌরকখি। 'অয়ুক্কী কোরৌ মঙাল' মশাগী ওফসেট প্রেসতা নম্বা হৌরকখি। ইথা থাজদনা ওফসেট প্রেস অতৈ খরসু চোংথোরকখি। তা-থোইবগী 'পেরাইদাইজ প্রিন্টিং ৱার্কস' পেরাদাইজতগী ওন্থখি। মাগী প্রেসসিদা লাইরিক-লাইশু চে-চাং নম্বা পংলাক লাক্লখিদ্রে। প্রেস থোঙ লোনবা তারকখি, শিন্নীশিং থবক তোকপা তাখি। তা-থোইবগী মমল য়াম্লবা মেশিনশিংদো তূমদুনা লৈরকখি, য়োনগে হায়বদা লৈবিনবা মী লৈখিদে। য়োত্তেক-থাংতেকতৌনা খলদা ওল্লগা য়োনবদা তাখি। শিন্নীশিংতা নত্তনা তা-থোইবসু পাক্লবা ঈপাক অমদা ঈরাক্লখি।

অদুদগী পেরাদাইজকী শিন্নীশিংদো কনানা কদায়দা চৎখ্রবা উন্নখিদ্রে। লাইরিক নমদ্রবনিনা ঐসু তা-থোইবগীদা পংচৎ চৎত্রে, সুকচৎ চৎত্রে হায়বফাও য়ারে।

চহী অনীরোম মতুংদা নোংমা চেক্কোন অমদা চেক খরা য়েংলুগে হায়দুনা চৎলুবদা ইথা থাজদনা রাধারানীগা থেংনখি। মশক অদো হেক লাকশিনবা ঙম্লুদ্রে। চহী অনীসিদা মশক অদো ওনখ্রে, চহী কুন্থ্রারোমতা ঙায়রিবী মহাক্না নীফুগী মথক মানখ্রে।

- কমদৌরি ইবেম্মা? হংফম থোকপগী ঐনা হংই।

- কমদৌনি ওজা, হিংনবগী লানফমদা তৌদবা য়াদদুনা তৌরিসিনি।

- ইবুংঙো কৃষ্ণকুমারদি করি তৌরি?

- রিক্সা থৌরি। য়ূম পুবা ঙম্নবা অমা নৎত্রগা অমা তৌদবদি য়াদেদো।

তাবদা ঐ নুংঙাইখিদে। কৃষ্ণকুমারদো ঐখোয়গী কোলেজকী নাইট শিফটতা তমদুনা বি এ পাশ তৌখিবনি। মহাক্কী বি এ সার্টিফিকেট অদো করিমতা কান্নখিদ্রবা !

রাধারানীগা উন্নবগী থা খরা মতুংদা নোংমা খবরদা শাথীরবা পাউদো য়াওরকখি - ঙরাং নুমিদাং অথেংবদা মশক খঙদবা ট্রক অমনা রিক্সাৱালা অমদা

থোমজিল্লমদুনা য়াম্না থীনা শোক্তুনা রিমসতা লাইকন্নরি, রিক্সাৱালা অদুগী মমিং কৃষ্ণকুমার কৌই, থামৈবন্দগীনি। অমম্বা অদুদা ট্রকী নম্বর খঙহৌদ্রে।

ওস্থোকপা পাউনি। নোং-নীনি লৈরগা তা-থোইবা হৌরগা রিমসতা চৎলুই। কৃষ্ণকুমারদো ৱারী খরা খরদি শান্নবা য়ারম্মী। ঐখোয় উবদা মপি তৈথোক তৈথোক্লা হায়রকখি - ঈশ্বর হায়বসি ওস্থোক্লা নুংশিহৈতেদকো। ঐগী খুৎ থুদেকপিবতা নত্তনা খোঙসু নামা ককথৎপিরে। সংসারসিদা ঐনা তৌগদৌরিসে করিনো?

মাগী লায়েংবদা খরা মতেঙ ওইনবা হায়দুনা ঐখোয় অনী লুপা চামঙা চামঙা পীরম্লগা 'য়াম্না থুনা ফবা ওইয়ুকো' হায়রম্লগা থোরকখি। মাগী নুপীনা কাগী মপান ফাওবা ঐখোয়বু থিন্দোরকপদা হায়রকখি - খঙদে তৌরিবসে, ডাক্তরনা য়েৎথংবা খোঙসে কক্তবা য়ারোই হায়রি, ককপদা তারমাল্লে।

ঐ - ঐগী থবক্তা চিন্নবনিনা ঐখোয়সু অমগা অমগা নীংশিংনখিদ্রে।

চহী অনীরোম মতুংদা নোংমা নুমিদাংৱাইরম থবক অমগী থাঙমৈবন্দলোমদা চৎপদা কৃষ্ণকুমারদো নীংশিংলক্তুনা মখোয়বু কমদৌরিবা খঙনীংদুনা মখোয়গীদা চঙলুই। কৃষ্ণকুমার মতোমতা মাঙ্গোন্দা চৌকি অমদা ফমদুনা লৈরম্মী। ঐবু উবদা মহাক হায়নীংঙাই লৈতনা হরাওবগুম তৌখি, মমিত্তগী মপি শিন্থরকখি। মনাক্তা থারিবা চৌকি অমদা ঐবু কৌশিন্দুনা ফমহল্লি। মশাদো কংশিনবা হৌনমখে কংশিল্লে। য়েংবদা মসিবু অদুঙৈগী কৃষ্ণকুমারদুরনে হায়না ফাওবা চিংনবা পোল্লকই।

হংবা হৌনবগী ঐনা হংঙি - মমা-মচাদি কদায় ? মচাগী চানবা হায়দুনা ঐনা বিস্কুট পেকেট অমা পুরকপদো লৌথোকই। কৃষ্ণকুমার ঙাইহাক পাউখুম পীবা ঙমদে, তপ্না তপ্না হায়রকই - ইচানুপাদুদি সংসারগী অৱাবা লীলাসে য়াওহন্নীংদদুনা ওইরমাল্লে ঐখোয়দা পীবিরকপা মহাক্লা অমুক লৌশিনবিগ্রে। ৱাদো তাবদা ঐ শ্বাই লাউই, ওস্থোকপনিদকো খল্লি। মাসু ঐসু ঙাইহাক তূমিন্না লৈ। মপি তৈথোক -তৈথোক্লা মহাক্লা মখা তাথরকই - মমানা কৈথেলদা ইনশাংনাপীগী পোৎফম ফল্লি, হোরেন নুমিদাং অথেঙবদা হল্লক্কনি।

- মাবু চেক্কোন অমদা থবক য়াওরম্বদাইনে।

- কুইরে তোকপা। খঙদেদা ওজা, নুপীনা তাল্লগা হিংবা পুন্সি মহিংসি কয়া কুইনা খাঙখিগদৌরিবনো?

- খল্লুনু ইবুংঙো অদুক হাক্লা। খাঙবা তাবনি, পুন্সি হায়বসিদি ...। ঐ করি হায়না মখা তাথগনি খঙখিদে।

ঙাইহাক ৱারী শামিন্নরম্লগা ঐ হৌগৎলকখি। ঐনা পুরকপা বিস্কুট পেকেট অদো ঐনা ফম্লম্বা চৌকি অদুদগী লৈবাক্তা তাখিবদো খঙশিন্নদনা থোরকখি। কৃষ্ণকুমারসু মমিত্তগী মপি তৈথোকপদা মদুগী ৱাখল লৈহৌদবা মাল্লি। অদুবু থম্মোয়দা নুংঙাইতবা অমদি ফাওরকখি - হোরেন মতৈ-মনাওনা বিস্কুট পেকেট অদো উরগা মচাবু নীংশিংদুনা কপকদবদো।

তাইবংমীগী মথৌ অসি চহী য়াম্ল-য়াম্লগা হেঙ্গৎলকই হায়নবদো য়াম্না চুমগ্রে। ঐখোয়সু চহী য়ামখৎলকপগা লোয়নননা থবক অসুম অসুম চিনশিল্লকপদগী থাইনগী মরূপ-মপাং ফাওবা উন্নবা ফংলক্কে, অনৌবা খঙন-চানবা কয়ানা ফিজং ওইনা কৃপশিনখিবগুম তৌগ্রে। তা-থোইবা, রাধারানী, কৃষ্ণকুমার মখোয়সু অকাউবগী লৈচিল্লক্তা চঙগ্রে । লমদম অসিদা তত্তনা থোক্লিবা থৌদোক-ৱাথোক কয়াগা লোয়নননা পৃথিবীগী থৌদোক-ৱাথোক কয়াগা তোৎন-তিন্নখিদুনা অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমগুম্না মীওইবগী পুন্সি মরেন্দা তংদা-লৈতাবা খঙহনখিদ্রে। ঐখোয়সু মদুদা খঙহৌদনা য়াওগ্রে।

কুমগী খোঙচত্তসু নোংলৈ-নুংশিৎ পম্থানি। নুমিদাং অদো মৈসু লাক্কে, অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমা লোইখিবতা ঙায়রি। ঐখোয় অনী ৱারী শাদুনা ঙাইহাক লৈরম্বদগী তূম্লনবা থৌরাং তৌরি। তাঞ্জাদুদা থোঙজিন্দা তেক্ তেক্ তৌবগী মখোল অমা তাবগুম তৌই। তেক্ তেক্ অদো অমুক্তসু তৌরকই। ঐখোয় অনী ৱাখল চম্মৈ, থেঙলবা মম্লবা নুমিদাং অসিদা কনানো তেক্তেক্ তৌররিবসিবু মতম্লগা ফত্তবসিদা, হংই - কনানো?

মপান্দগী পাউখুম লাকই - ঐনি ওজাবু, রাধারানীনি।

রাধারানী, থাংমৈবন্দগী রাধারানী ওইরম্বা তাই। মাগী মখোল হাইফেৎ মাল্লি।

- নতোমতরা, মী অতৈ য়াওরিব্রা? ঐনা হংই। হংদবা য়াদবা ৱাহংনি, কনানা খঙবা নহারোলনি খঙদে নহারোল শাবনি খঙদে ইমুংদা চঙবা য়ানবা পাম্বৈ শীজিন্নরম্বসু। হৌজিক হৌজিকমকসু অদুগুম্বা থৌদোক কয়ানি থোক্লিবা।

- ঐ ইতোমতনি ওজাবু - মপান্দগী মহাক্না খুম্লকই।

লালতেনদো পায়রগা ঐখোয় অনী থোঙ হাংদোকই। মানি, রাধারানীনি, মতোমতনি। থোঙ হেক হাংদোকপগা ইমুংদা শৎ চঙলকই। থোঙদো লোনশিনবগা ফম্মু হায়বফাও হায়দমখে ঐনা হংই - করিনো কৈদৌরে, অসুক থেঙলবা নোং-নুংশিৎকী নুমিদাংসিদা ?

- ঙাইবিখো, ঐ তপ্না তপ্না লোইনা হায়জগে। য়ুমসিদা অতৈ কনা কনাসু

লৈতেকো !

- লৈতেনে, ঐগা নন্দোনগতনি। নুপামচাদুনা বাঙ্গালোরদা থবক তৌদুনা লৈ, নুপীমচানা দিল্লীদা লাইরিক তল্লি। করিগীনো নঙনা অদুম হায়না হংলিদুবু।

- হায়জগে, ঐ তপ্না তপ্না হায়জগে। অদো চাক লৈবিরিবরা ? চাক চাদ্রি চাক লাম্বনা লোইরে।

- লৈনে লৈনে, অদুবু ইনশাংদি হাউররোই, শৌগ্রি থোংবনি। নোয় ওজাদি ডাক্তরনা থাউথুম চাবা থিংবদগী অচম্বা ঙাক্তা চারে। অদো ঙসিসু চাক চানীংদে হায়দুনা চখোম অমনীতং হুক্লগা হৌগৎখিবদগী ঐগা লাউনরল্লিবনি - ঐখোয়গী নুপীনা খুমই।

চফূদা চাক খরা লৈহৌরিবদো থিদোকপিরগা শৌগ্রি থোংবদুগা ঙারৌ অমনীদুগা মাবু ঐখোয়গী নুপীনা পীজরে। য়াম্না হাউনা চাবা মাল্লি। লাম্বু লাল্লবদি থোংলু থোংলু পূম্নমক হাউবঙাক্তনি।

চাক-ঈশিং চাবদো লোইরগা ঐখোয় অহুম ফক অমদা ফম্মিন্নরগা ৱারী শান্নে। ঐনা হংই - নঙনা লাক্লিবসিবু নয়ূমদগীরা? কৃষ্ণকুমারদি কমদৌরি ?

- য়ূমদগী নত্তে। মাদি কুইরে মচাগী মতুং ইনখিবা।

- ওহ, করি ৱানো ওম্থোকপনিদকো, নুংঙাইতেদা। ঐখোয়দি পাউ অমত্তা তাহৌদেদো। রাধারানীগী মমিত্তগী মপি তাখিবরা তাখিদবরদি খঙহৌদে, অদুবু মখোল অদো ফাইরপতি তৌই। ঙাইহাক তূমিন লৈরগা ঐনা হংই -

- অদুদি নঙ হৌজিক করি তৌরি? কনাগা লৈমিন্নরি ?

- হায়জগে, ঐ লোইনা তপ্না তপ্না লীজগে।

তপ্না তপ্না রাধারানীনা মাগী ৱারীদো লীথরকই -

পেরাদাইজ প্রেস থোঙ লোনখ্রবা মতুংদা ঐখোয় অনী তৌনীংঙাই খঙদদুনা মানা রিক্সা থৌখ্রেদো, ঐনা চেক্কোন অমদা ওজাগা থেংনখিবদুনি। চেক্কোনদা থবক শূবদো পৈশা অদুম খরা খরা ফংজরম্মী। মতম লেনবা য়াবা মওংদা অদুম লেল্লম্মী। অদুদগী নুমিদাং অমা ট্রক অমনা মাবু থেঙ্গাইবিরল্লেদো। মখোঙদো কক্তবা য়াদদুনা কল্লে। মাগী লায়েংবদা লৈজরম্বা শেনথুম খরদো লোইখিবা খঙহৌদে। উপায় লৈতদুনা কৈরোই-লৈকাইগী খঙন-চান্নবা খরদগী শেন্দোই কাবীদা শেন খরা খরা পূবদগী শেল্লেপকা শেন্দোইগা হায়ফম খঙদনা য়ামখৎলকখি। মখোয়গী শেনদো খরদং ওইরসু শিংদোক্লবা হায়দুনা চেক্কোনদগী এডভান্স খরা পীবিয়ু হায়জগে খল্লে। তাঞ্জা অদুদা চেক্কোনগী মপূদো থবক অমগী দিল্লী চৎখি, তরানিরোমগীনি হায়।

মচানুপানা চেক্কোনগী থবক য়েংথোক-য়েংশিন তৌদুনা লৈ। নোংমদি নুমিদাংৱাইরম থবক থাদোরকপগী অদুৱাইদা মচানুপাদুদা ইকায়-ইকায়না হায় - ইবুংঙো এডভান্স খরদং পীবিদবা য়াদ্রে, নখোয়গী তাদগী লায়েংবদা মীগী শেন য়াম্না তোল্লে। হপ্তা হপ্তাগী ঐগী ফংফম থোকপা অদুদগী খরা খরা ককথৎপিয়ু। হরাও-হরাওনা মানা হায়রকই - পীগে, হোরেন থবক থারগা ঐগী কাদা চঙবিরকউ। থবক থারগা খোঙ খুৎ হামদোক্লুনা ঐসু হরাও-হরাওনা মাগী কাদা চঙলুই। চঙবগা মানা হংলকই - কয়ানো ইতৈমনা এডভান্স পাম্বিরিবসে ? লুপা চামরি চামঙাতনিদা ইবুংঙো - ঐনা খুমই। - ইতৈমা, চামরি-চামঙানা হৌজিক্কী মতমসিদা কৈদৌনরুনি, সে লিশিংসিমা পুখোসে, শিংলক্রসু য়াগনি - হায়রগা ফুক হৌগৎতুনা কাগী থোঙদো লোনশিনখি। ঐ ঙাইহাক চম্মম্লে। ঐ লাউসিরা খল্লি। অদুবু লাউবা ঙমখিদে। ঐনা লাউবা তারগা মী চেনশিল্লকপবুদি য়াই, অদুবু মানা ওন্না তৈননা ওনখৎতুনা ঐঙোন্দা ইরাল শিরক্লদি! ঐ উপায় লৈখিদে। নুপীগী অশোনবসি অসিৱাইদা ওইরে খঙখি। পাঙ্গল থোকপা ঙমখিদে। অদুদগী মাগী লুপা লিশিংগী চবুন অদো লংশিল্লম্লগা ঐ থোক্লকখি। নুমিৎ অদুদগী ঐ চেক্কোন অদুদা অমুক চৎলুদ্রে।

হিংদবদি য়াদবনিনা ঐ কৈথেলদা ইনশাংনাপী য়োনবা কারে। অদুবু ঐগী ইশাগী পোৎফম হায়বমা লৈতবনিনা ঙসিনা মফম অমদা হয়েংনা মফম অমদা চোং-চোংদুনা পোৎচৈদো য়োল্লি। মীগী পোৎফমদা ফম্লুবগী থীনা থীনা চৈরগা তাম্থোকপিরকখিবসু য়াওই, অদুগী মথক্তা পুলিশনসু লম্বী মপান্দা পোৎফম ফম্বা য়ারোই হায়দুনা কোয়তান তানখাইবদা পোৎচৈ কয়াসুনি মাঙখিবা।

অসোমদনা মীগী শেন্না খ্বাঙ কোয়শিল্লকখি, শেন্দোইগা শেল্লেপকনা নোংম-নোংমগী চীংদৌনা ৱাংখৎলকখি।

ঙাইহাক তূমিন লৈরুরগা মখা তাথরকই - মহাক লৈখিদবা মতুংদা ঐ করি তৌসিগে খনফম থোক্তদুনা ঐখোয় লৈকাইগী ইনে তম্ফাদা ঐবুসু মোরে লল্লোনবদা খরা পুবিয়ু হায়জরুরে। মহাক্না হরাও-হরাওনা য়াবিরকখি। চহী অম-নীসে মোরে লল্লোনবা চৎপদগীদি মী য়াম্না খঙনরক্লে, নহারোল খরগসু। নহারোলশিংগা খঙনবদগীদি ফিভম্না য়াদদুনা ঐসে মখোয়গী ঈ-পাউ পুবা অদুগা চে-চাং খরা পুথোক-পুশিন তৌবদগী মখোয়গা নকশিন্নবা হৌরক্লে। করিগুম্বদা মখোয়গী খুৎলাই পুবসু মতাংনা য়াদদুনা পুরকখি। ঙসিসু অদুগুবা থবক অমা পাঙথোক্লম্লগা য়ূমদা চৎকে তৌবদা লৈকাইদা সিফাই ময়াম চাদুনা লৈরে তাবদগী

ঐ অসোমদা লাক্লবনি। ঙসি অহিঙসিমা ওজাখোয়গীসিদা লেক্তবা য়াদ্রে।

মাগী ব্বারীদো তাবদা ঐখোয় অনী মিহুন হাইগৎখ্রে। রাধারানী নহারোল য়াওরবা, ঐখোয়গীদা অহিঙ লেক্কদৌরিবা, অহিঙ সিফাই লাক্লদি কমদৌবা ! মওল মওল খল্লকই।

মাগী ব্বারীদো লোইবগা ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা হংলকই - ওজাদি লাইরিক লাইশু ইবিদ্রবরা ?

- কুইরে ইদবা ইবেস্মা, শৈরেংগী ইফুৎ কংখ্রে। হন্দক থবক চিন্না চিন্না উপন্যাস মচা অমখক্তি ইবা লোইরে, মণিপুরগী হৌজিক থোক্লিবা থৌদোক-ব্বাথোক্তা য়ুম্ফম ওইরগা ইবনি।

- মমিংদি ?

মানা কূপথরক্লিবসে মানা মায়োক্লরিবা লুরবা ফিভম অদুদগী নাথৈনবা তৌবা মাল্লি। খুমদবা য়াদবনিনা ঐনা খুমই -

- মমিংদি ঐনা য়াম্না মুন্না খল্লগা য়াম্না নুংশিনা থোনবা মমিংনি- 'ঐনা কেনগে কেনবা নত্তে।'

- এ, মমিংসে য়াম্না ফজখ্রে, মনুংদা ব্বাহম্বোক লুরবা অমা চেল্লমগদবা মাল্লি। পাবদা য়াম্না নুংঙাইগদবা মাল্লি।

- নঙ করম হায়না খঙলিবা? ঐনা মঙোন্দা হংই।

- কবিনা উপন্যাস ইবসি ফজগল্লি। কবি ডাক্তর কমলনা ইবা মাধবী ফজরিবসিনিদনা, হৌজিক ফাওবা হায়নরিবসিনি।

ঐ মখা তাথদ্রে। নীংশিংলকই রাধারানী লাইরিক য়াম্না পাজবনি। মৈতৈরোলদা ফোঙবা লাইরিক থেংবু থেংনরুবদি থাদোক্তবনি, লোইদ্রি ফাওবা পাবনি। ফজৈ ফজদেসু হায়বা ঙম্বনি। মশা মেট্রিক ফাওবা তম্লুবনি। সরকারগী থবক ফংদবদগী তা-থোইবগী প্রেসতা কম্পোজিটর ওইনা চঙলকখিবনি।

অহিঙ অদো তূম্বোই তূমদবোই লেনখি, পূক্লিং-হকচাং ইপা পাখৎখি - করিবু করি থোক্লগবা!

নোংঙাল্লমদাইগী মল্লি মল্লিদা নুপামচা অমা লাকখি। করিমুক তৌরগদৌরিবা, ঐখোয় অমুক্তা হেন্না পাখৎখি। রাধারানীগা খঙনবা ওইরমদুনা নুপামচাদুনা মাবু পুদুনা চৎখি। চৎলমদাইদা ঐখোয় অনীদা খুরুম্লগা হায়রম্মী - অদুদি ওজা, ইন্দোনবেস্মা, নচা চৎচরুখিগে।

হৌনবী ওইনা মকোক্তা নাম্থবিরগা হায়খি - মঙ্গল ওইয়ুকো ইবেস্মা, য়াম্না

চেকশিন্না চৎলু।

মখোয়না চৎখিবদো মাঙ্গোন্দা লেপ্তুনা ঐখোয় অনী য়েংদুনা লৈহৌই। ব্রাখলদা মওল মওল খল্লকই, না চপ য়ুংখৎলি করিগুম্বা নোংমৈ মখোল তারদি ! তম্বা ঙমদে, মখোয়না চৎলিবসি নোংদম নাইদবা তিংখং-তুম্বৌ, মহূ চেল্লবা তীন-কাঙ-লিন্না থল্লবা লম্বীদনি। নুমিৎ খুদিংগী পাউজেল চেদা টি-ভিদা য়াওরিবা পাউশিং অদুনি - হৈরোক-চীংমাঙদা কাপ্লবদা নহারোল অদুক শিরে, খুন্দ্রাকপমদা নহারোল সিফাইগা কাপ্লখ্রে, কাপ্লবদুদ্দ নহারোল অহুম য়াওনা সিফাই খরসু শিরে, শিরিবা নহারোলশিং অদুগী মনুংদা নুপী অমা য়াওই। হে ঈশ্বর ইবুংঙো, ঐখোয় রাধারানীদদি অদুগুম্বদো থোকহনবিগনুকো। নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্কী খবর পাবদা শিরিবা নহাবোলগী মমিং-মথাসু করিগুম্বদা য়াওরকই। মদুদা রাধারানীগী মিংতদি য়াওবিরক্তবা ওইহনবিয়ুকো হে ঈশ্বব ! অদুবু অগুরগ্রাউগুদা লৈবা নহারোলশিংসে মমিং ওন্থোকই হায়নৈ, অতোপ্পনা খঙদনবা। রাধারানীগীসু মমিং অমা ওন্থোক্লরিদ্রা - লৈপাক্লে, থাবল্লে নৎত্রগা নোংথাংলৈমা মালেমলৈমা - কনানা খঙবা ! অদু ওইরম্লদি মাগী করিগুম্মমা থোকপদা ঐখোয় খঙবা ঙম্লরোই। খঙদবনদুম ফৈ, ফত্তবা পাউ ওইরগদি খঙদনা লৈজগে। ব্রাখলদা মওল মওল খল্লকই।

তপ্না তপ্না ইনুং মাসু ঙাম্থোরকখি। ঙরাং নুমিদাংগী নোংলৈ-নুংশিৎতা কেল্লকখিবা উনা-ব্রানা ময়াম অদো শুমাঙ থন্না পূংচাই চাইদুনা লৈবদো উরকই। খল্লকই, উনা-ব্রানাশিংসে মশানা কেনগে হায়না কেনবা য়াওরমগদ্রা ! ❑

[২০০৯]

# অদু ওইরসু মঙদি মঙলি

**থা** অমরোম ছুটি লৈরুরবা মতুংদা ছাত্রী অয়াম্বা হন্নরক্লে। মতম খরা পৃংচিক চিক্লুরবা হোস্টেলদো অমুক থৱায় পাল্লকই, হরাওমথোই কারকই, পৃংনিল নিল্লকই। অমগা অমগা ঈপাউ হংনৈ-

- হাই, ঙসিতা লাক্লিবা করিগীনো ? ঐদি ঙরাং লাকই।
- ছুটি মনুংদা কদায় কদায়দা কোয়রুই ?
- লাইরিক পাবা য়ারকপ্রা ?
- ফোন তৌরক্লিবা করিগীনো ?
- হাই, নঙদি নশা য়াম্না ফরক্লেনা ! নখজাইনা তঙাং তঙাং, চেকশিল্লুকো।
- হাই, হিংচাবীসিদি, মায় হৌনবী তৌরক্লনি।

ঈপাউ হংনবতা নত্তনা মতাং মতাংদা ৱারী মতেক মতেকসু য়াওরকই, নুংঙাই নুংঙাইবা ৱারী - ইমুং মনুংগী, মমান্নবা মমান্নবীশিংগী, পাখং-লৈশাগী, ৱারী লোইবা খন্বা নাইদে। মরক মরক্তা ময়াম ৱা-ৱা নোকই, অমগা অমগা খুং শোক্লে, লেংগোন্নে, কোনশিন্নে, খজাই চূপ্লে।

ময়াম অসুম হায়না ঈথক-ঈরাং হৌরিঙৈ কোয়লাঙ লাঙলিঙৈ মরক অদুদনি ফোন লাকখিবদো, বিনোদিনীগী ফোন ময়ূমদগী - ঙবাং নুমিদাং অথেঙবদা আর্মিগী গাড়িগা থেঙ্গাইনবদা য়াম্না শাথীনা শোকপদগী বাবাদো ঙসি অয়ুক হোসপিতালদা লৈখিদ্রে।

ইখঙ-খঙহৌদনা মিংকৃপ অমদা বিনোদিনীগী মালেম দোলমোল হাইরকখি, নোংমদোনথক্কী শংবানবা অতিয়া কীন্থুরকখি। ও-খোংনা কপ্পুনা ৱাম্নুদুনা তাখি বিনোদিনী ফোনগী রিসিভার মনাক্তা।

মমান্নবীশিংনা মাবু মাগী ফমুংদা থাংজিনবিদুনা হিপহল্লগা লৱাইদা ঈশিং থাবা য়াও মখোঙ-মখুৎ নোইবা য়াও শেন্নবিখি। অহিঙ চূপ্পা বিনোদিনী জ্ঞান তাবোই তাদবোই কপ্পুনা লেনখি। মঙ-ওই, হা-ওই নীংশিলকখি - কুইদ্রি মপানা য়ূমদা টেলিফোন অদু পুশিল্লকখিবা, 'চারসু চাদ্রসু ফোন অমা লৈতবা য়াদ্রে দিল্লীদা লাইরিক তম্লিবী ইচানুপীগা ৱারী তোয়না শান্নবা য়ানবা'। অদুগা ঙসিদি শাথীরবা

পাউ অসি পীননবগীদমক্তা ওইরম্লবা ! মপাবু নীংশিং নীংশিংলুরগা বিনোদিনী মপি খান্বা ঙমদে, য়াম্না লুনা তৌজবনি মপানা মাবু। খল্লু খল্লুরগা থিলহৌ থিলহৌ কপ্পগী লোইবা নাইদে। মমান্নবীশিংনা নুংশি-নুংশিরবা ব্রাহৈনা থেমজিল্লি, অদুবু মখোয়গী নুংশি-নুংশিরবা ব্রাহৈশিং অদুনা মঙোন্দা হেন্না কপ্পীংবগী মচাক ওইরৈ, মানা কপ্পদুদা মখোয়সু মপি তৈথোকই, কপ্পা য়াওই।

নোং ঙানবগা মমান্নবীশিংনা কোয়চেন চেন্দুনা প্লেন টিকেট অমা লৈদুনা এয়ারপোর্ট তান্না মাবু থিনবিরকখি। তান চান্নরুবদগী শিলচর য়ৌগদবা বাংগালি মতৈমনাও অমা থেংনরুরে, মখোয়দা ব্রারীদো তমদুনা খরা শেন্নদুনা পুবিখো হায়দুনা মমান্নবীশিংদুনা শীন্নরম্লে। মখোয়গা পূন্না চেক-ইন তৌমিন্নরবনিনা সিটসু থংননা ফম্লে। মাগী নুংঙাইতবদো খবা ফননবা হায়দুনা মতৈমনাওনা ব্রারী অদো তৌরকই - ঐখোয়গীসু নঙগুম্বী লৈশাবী ফাবকপতা ঙায়রিবী ইচানুপী অমা লৈরম্মী, ইচা হায়ববু অদুমখক্তনি, অদুবু ঈশ্বর মানা মনুং-মতম চাদনা লৌশিনবিখ্রে, ফনা কুইনা ঐখোয়সু কপ্পুনা লেল্লম্মী, হৌজিকসু কপ্লি, অদুবু পূক্লিংসে থেমজিনজে, মচা পোক্তবা মতৈমনাও কয়াসু লৈনা। হৌজিক্তি ঐখোয় অশংবা মতম হেক ফংবগা তীর্থ কয়াদা কোয়দুনা লৈরে। হন্দকসু হরিদ্বার-হৃষিকেশ চৎলুরিবনি। কমদৌনি লাইবক্তা তম্লক্লবা হায়দুনি। পোকপ-শিবা হায়বসি ঐখোয়গী খুৎতা লৈতে। য়েংঙু, পৃথিবীসিদা মপা-মমা লৈতবা মচা কয়াসু লৈরিবনি, মখোয়সু হিংলিবনি। মসিসু তাইবং পুন্সিগী রিয়েলিটি অমনি। রিয়েলিটি অসি থেংনবা তাবনি। নপূক্লিং শোন্থবা তৌগনু।

পাউতাক অদু লৌশিনবা ঙম্বগী মতাং নত্তে বিনোদিনীগী ফিভম অদো। মদু খঙদবা নত্তে মতৈমনাওদো, অদুমকপু মসিনা নুপীমচা অসিগী মপূক্লিং ফাজিনজবগী পান্থে অমদি হৌজিকমক নৎত্রসু মতম খরা মতুংদা ওইবা য়াই হায়বদো মখোয়না খল্লি।

নুংথিল শিলচর এয়ারপোর্টতা থুংলরে। ময়াম ঙাঙনরকই, ঙসিদি টেক্সি স্ট্রাইক তৌদুনা লম্বীদা টেক্সি অমত্তা চেনদ্রে। পাউদো তাবদা বিনোদিনী খল্লকই, করম্নো তৌগদবসে। য়ূমদনা মাবু লাকপা ঙাইবদা তৌফম লাকফম খঙলম্লরোই। মপূক্লিং খোয়রাং খোয়শাউনরিবদো কোক্লনবা বাংগালি নুপাদুনা হায়বকই - কিছু চিন্তা করো না ... করিমতা চিন্তা তৌরুনু, ঐনা থোকপা তৌনি, ঐগী মরূপ অমা অসিব্রাইগী চা-বাগান অমদা মেনেজর ওইরি, মঙোন্দা ফোন তৌখিগে, উপায় অমদি মানা শোয়দনা তৌরক্কনি।

হায়গুম্মদুনা খরা ঙাইনরসু ঙাইননা কার অমা য়ৌরকখি, মেনেজরদুনা থারকপনি, মহাক মশামক লাক্কদবদা থাদোকপা য়াদবা থবক অমা লৈবদগী লাকপা ঙমদ্রে হায়না দ্রাইভরদুদা হায়রকই।

শিলচর শহর য়ৌরগা প্লেন ওফিস মমাঙদা গাড়ি খাল্লগা নুপানদুনা হায়রকই - অসি য়ৌরবনিনা নঙ যেশা উপায় অমা তৌদুনা নয়ূম য়ৌবা ঙল্লনি খল্লি, ঐ ইশাগী গাড়ি ওইরদি নয়ূম য়ৌবফাও থিনবিবা য়াবনি, মীগী গাড়িনি অথুবা থবক কয়া লৈরম্বা য়াই। ঐখোয়গীদা চৎলুসি হায়রসু নঙ থেঙখ্রনি। রিক্সা অমা ফারগা চৎখ্রোকো। রামনগর খেলমা ফাওবদি রিক্সাগী রিক্সা ঙাক্তনি। ইহে, ঐসে কয়াম্লা ভুল চুরবনো ঐগী ইমিং ফাওবা নঙোন্দা হায়দ্রি, সে ঐগী কার্ডসে পায়খোসে, ঐগী ইমিং বিশ্বজিৎ বৈরাগী, লৈফম অম্বিকাপট্টি, টেলিফোন নম্বর-কা লোইনা য়াওরিবনি। করিগুম্বা তাঙ্গা চারবদি নোংফাদোকসু কোয়থোরকউ। আসবে কেমন.... লাকউকো !

বিশ্বজিৎ মতৈমনাওবু বিনোদিনীনা খুরুম্লগা হন্না হন্না থাগৎলি। মতৈমনাও গাড়িদা চৎখ্রে। বিনোদিনীসু রিক্সা অমা ফারে।

মহাক্না মখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌরকপদা নুমিৎ তানীং-তামাং ওইরে। রিক্সাদগী হেক কূমথবগা মপি খাম্বা ঙমখিদ্রে, ও-খোংনা কপখ্রে। মমাগা মনাওনুপীগা চেম্থোরক্তুনা কোন্নদুনা কপমিন্নখ্রে। শূমাঙ মতোন য়ৌরকপগা মপানা শূমাঙ ময়ায়দা খাঙেন্দুনা লৈরিবদো উরে, খাঙেনফম মনাক অদুদা চঙদুনা মপাবু খুরুমদুনা মমা-মচা মচিন- মনাও অমুক কোন্নদুনা কপমিন্নখ্রে। মতৌদুদা সংস্কারগীদমক্তা ঙাইদুনা লৈরল্লিবা ময়াম অদুগী মরক্তা মী অমনীসু মপি তৈথোক্লবা য়াওরকখি।

চৎনবীগী মতুং ইন্নদি সংস্কার অসি ঙসাইনা তৌবা য়ারবনি। হোসপিতালদা পোস্ট মোর্টেম লোইদুনা ঙসাই অয়ুক্লা হকচাং পীথোরকখ্রবনি। অদুবু মমানা মচা লাকপা ফাওবতংদি ঙাইবিখো হায়না কন্না হায়জবদগী পোৎলোইদদুনা লৈরকখিবনি।

হান্ননা থৌরাং লোইদুনা লৈরক্লবনিনা মং কূম্বদো মতম অমুক ঙাইনদ্রে। চিতা মথক্তা হিপ্লিবা মপাবু তরেৎলক মৈ কোয়রগা অরোইবা ওইনা মপাবু খুরুম্লম্লগা মমা-মচা মখোয় মরি অমদি শাগৈনাতৈ পূম্নমক চিতাগী মৈরী ড়ুংড়ুং চাকখৎলকপদো অমুক্তং য়েংলম্লগা মঙ্গারক্লে। অসি ওইরে তাইবংমীগী অরোইবা, বিনোদিনীগী থম্মোয়দা খংফাও ফাওরকই। পঞ্চভূতনা শাবা হকচাং পঞ্চভূততা অমুক তিনখ্রে।

মপা লৈতবা য়ূমদো ইহাঙ হাঙলে। নহানমখৈ মপা লৈবদুনা ওইরমাল্লে

য়ূম অসি পূংথন থন্না উরম্লিবা। কর্ম মনুং অদুদি কৈরোই লৈকাই, মরীমতা, মরূপ-মপাংশিং অমদি অশিবা হংবা লাকপশিংগা ঙাইহাক ৱারী-ৱাতাই শান্নদুনা কপ্প-লাউনবা অমদি নুমিৎ খুদিংগী লাইরিক তাবনচিংবদা খরা চিনবনিনা মতম হৌখিবা খঙহৌদে। শ্রাদ্ধদা চঙগদবা শেনথুমগীসু থোইনা অৱাবা লৈরমদে। পোৎলোইবা নোংঙানবগা মপানা থৌরম্বা ট্রক অদুগী মপূ মারৱারিদো লাক্তুনা অৱাবা ফোঙদোক্লম্বগা লোয়ননা লুপা লিশিং তরা শ্রাদ্ধগী মতেঙ ওইনবা পীরম্মী, অদুগা চৎলমদাই হায়রম্মী - মাগুম্বা ড্রাইভরদি ঐ অমুক ফংবা ৱাররনি। মপানা লুপা লিশিং য়াংখৈগী ইন্সুওরেন্স অমসু য়াওরম্মী। মদুগী ফংফম থোকপা শেনফম অদুসু মখোয়গী লৈকাইদা লৈবা এজেন্ট অদুনা হোৎনদুনা শোরাৎ নংনবা পীরম্মী।

শ্রাদ্ধকর্ম লোইরগদি অৱাবগী মথক্তা অচৌবা ৱাহং অমা মখোয়গী মমাঙদা চোংথোরক্লে - বিনোদিনীগী লাইরিক তম্বনা কমদৌবা তারি ? দিল্লীগী খোর্চানি, ও বি সি স্কোলারশিপ ফংইদি হায়ববু মদুনদি ওইবা য়াবা নত্তে। মনাওনুপীগা মৌপ্পাগসু তন্নি। অসিৱাইগী কোলেজ অমদা তম্নম্নগসু খরা শাফগদবা, অদুবু মপানা আশা অমদা মচানুপীবু দিল্লীদা শেনথুম ৱারসু ৱানা ঙম্লনবা হোৎনদুনা থাখিবনি। মপানা মরক মরক্তা হায়খি - ইচানুপীসে আই এ এস নৎত্রগা কোলেজ ওজা ওইহনগদৌরিবনি। মহাক্না মসি পামজরুবগী মরম অমবুদি লৈখি। শিলচরদা মশাকমতৌ ফজখ্রবী বিজয়া বিশ্বাস কৌবী আই এ এস ওফিসার অমা ডি সি ওইদুনা লৈরম্মী। মাবু উরুবদগী মচানুপীবু আই এ এস ওফিসার ওইহন্নীংবগী মঙলান অমা মপানা কন্না মঙজখি। মদু ঙমদ্রগনা কোলেজ ওজা ওইবনি মানা পামজখিবদো। মাগী গাড়ি মপূদুগী মচানুপীবু মরক মরক্তা কারদা গুরুচরণ কোলেজ ফাওবা থিন্দোক-থিনজিন চৎপদা উখি - কোলেজ ওজা ওইবীশিংদুনা মফিমরোল নান্না শেত্তুনা চাউর-চাউরবা লাইরিক কোল্লদুনা চৎপদো। মচানুপীবুসু মখোয়দৌনা ওইহন্নীংখি। মচানুপীসু লাইরিক ফত্তবা নত্তে, মেট্রিক্তা স্টার মার্ক ফংদুনা পাশ তৌরকখিবনি, হাইয়ার সেকেণ্ডরি পরীক্ষাদসু মদুদগী হেন্না ফজনা পাশ তৌরকখি। অদুননি দিল্লীগী ফাওরবা কোলেজ মিরাণ্ডা হাউসতা ইরায়-লায়না মিং চনবা ফংখিবদো।

অদুবু হৌজিক্তি কমদৌবা তারি ? মখুড়া অনী লৈরিবদুনা ফনা লুনা তৌজরবসু মতেঙ পাংবা ঙম্বগী ৱা লৈতে। মখোয়সু মিস্ত্রি খরা শূ, লৌ খরা উ তৌদুনা য়াম্না ৱানা সংসার চলাইজরিবনি। অসুম্না খন্নরিঙৈদা নুমিৎ কয়ানি হৌখ্রে। মহাক্না লৌরিবা সবজেক্টনা ফিজিক্সনি, ক্লাস খরতং য়াওদবদা মেনখৎপা

ৱাগদৌরিবনি। মমানদি হায়, চৎলো থোকথোকপা লাক্কনি, চহীসিমতা ঙায়রবনিনা ইংখোল মচেৎ অমা বন্ধান থম্বরা করিনো তৌবা হায়দুনি। মখুড়া অনীনসু হায় - হোয়দা, ঐখোয়সু লৈরিদনা।

অসুম হায়না খন্নরিঙৈদা নোংমদি মমাদো অরুম-লাইহৌ কন্না তৌরকখি। লোক-লাইহৌ খরা খরা তৌবদি শোরাৎ মনুংদগী হৌরবনি। মশা ঙমদে হায়দুনা ফমদুনা লৈথোকপদি য়াদবনিনা থবক থনা নোমদুনা লাকপনি। নোংমা নীনিসি মশা খরা শোম্থুনা উরে। মন্দোন য়াইমনা তংচৎ চৎতুনা লৈকাইগী মমিং খরা চৎপা মাইবদো কৌরুই। মাইবনা মখুদাং মিহুন য়েংলগা মবুক ঙাইহাক শূদুনা য়েংই, অদুদগী হায়রকই - করিসু থোইদোকপা তৌরোইদা। লাইগী থবক অমদি তৌবা তারে। নহান মপাগী শোরাৎ নুমিৎ অদুদা তৌরম্মবদি কৈসু তৌরোইদবনি অদুবু হৌজকসু য়ারি। ইমুংগী অহন্নি লৈখিদ্রিবসি। উজাউ অমা তেক্লবদি মনাক্তা হৌবা উপাল মচা-মশৃশিং খরদি নন্দুনা তেকপা তাবনি। মদু থোক্তনবা লাইদা খয়োম অমা লাকথোক্তবা য়াদ্রে।

বিনোদিনীদি অসিগুম্বা খয়োম লাকপা চবান থাব-কা থাজদবনি। অদুবু মন্দোন য়াইমনা থাজনা তৌরিবনিনা ৱামতা হায়দ্রে। নুমিদাংৱাইরমদো বিনোদিনীনা মমাবু পুদুনা শিলচরগী ডাক্তর অমদা য়েংহল্লুই। ডাক্তরনা মুন্না য়েংলগা হায়রকই - হৌজিক্কী ওইনদি ঐ হিদাক অচম্বা অম-নী ইরগে, অদুবু লায়না অসিদি য়াম্না কৃপ্পা ইনভেস্টিগেসন তৌবমা চঙই, অদুনা য়ারবদি য়াম্না থুনা মেডিকেল কোলেজদা পুবনা ফগদবা মাল্লি।

বিনোদিনী মকোক শাই, লোয়ননা মখুড়া মন্দোনশিংসু। ডাক্তবনা হায়রকপগী মতুং ইন্না মমাবু শিলচর মেডিকেল কোলেজদা পুরে। ডাক্তরনা কৃপ্পা য়েংলগা হায়রকই - ইনভেস্টিগেসন মখল-মখা খরা তৌবা তারি, মশাসু শোল্লে, অদুনা ঙসিমক সোসপিতালদা এডমিট তৌবনা ফগনি।

ডাক্তরগী পাউতাক মতুং ইন্না নুমিৎ অদুমক্তদা মমাবু এডমিট তৌরে। থীম্থবা তৌদনা ইনভেস্টিগেসন তৌফম থোকপা মথং মথং তৌরে, হিদাক-লাংথকসু থাবা য়াবা থারে। অদুবু লাইহৌদি হন্থবা লৈতে, অনৌবা লায়োং অমমুক হাপচিল্লক্লে, খৌনাউ নাই হায়দুনা করিমতা চাবা য়াদ্রে, করিমতা চাও হায়বা য়াদ্রে। মচানুপী কৌশিল্লগা ডাক্তরনা হায়রকই - ঐখোয়না তৌবা য়াবা তৌরে, হৌজিক্তি ঈশ্বরগী মখুত্তা লৈরে, নমাগীসে থ্রোৎ কেন্সারনি, স্টেজসু খরা হেঞ্জিনখ্রে।

ৱাদো তাবদা বিনোদিনী শ্বাই লাউই, মমিত্তা মপি তরং তরং শিম্থরকই।

ডাক্তরনা মখা অমুক তাথরকই - তাইবংপুন্সি হায়বসি অসিনি, পোক্লবদি শিবা তাবনি, অকোন-অহানগী ৱাতনি। য়াম্না নুংঙাইতবা তৌগনু, নমাসে পুথখ্রো, নোংম-নীনি য়ূমদা লৈজরুরসনু।

নুমিৎ অদুমক্তদা মমাবু য়ূমদা পুথরক্লে। সেবা তৌবা য়াবা তৌরে। মমাসু খণ্ডলমাল্লে য়াররোই হায়বা, ফমদা তানা তানা মরক মরক্তা শোল্লকই - ওন্থোক্লসু মরাইবক থীনা তল্লকইদকো ইচাশিংসে। মপানদি লাইরিক ফৈ হায়দুনা আশা য়াম্না চাউজবনিকো।

মমাগী মপূক্লিংদো খজিক্তং ওইরসু পেঞ্জনবা বিনোদিনীনা হায় - ইমা, বাবানা মজরম্বা মণ্ডদো নচানা ইনাওগা ইউপ্বাগদা মণ্ডফাওননবা হোৎনজগনি।

- ইচানা খল্লিবা ৱাখলদো পাঙথোকপা ঙম্বা ওইজৌকো, ইচাগী নুংশিরবা ৱাহৈ তাবদা ইমা পেল্লে। হায়রগা মচাগী মকোক্তা নাম্থবি।

চয়োলমুক মতুংদা মমা লৈখিদ্রে। মমাগী শ্রাদ্ধকর্ম লোইরগা বিনোদিনী করি তৌসিগে খল্লকই। য়ূমগী খোর্চা য়ারিমখৈ ককথনবা তৌরকই। মপানা লৌশিল্লম্বা টেলিফোন্নি নুংশি, অদুবু খোর্চাগী খল্লুবদা মদু লৌথোকহনখ্রে। মদুনা অমরোমদসু ফরে, দিল্লীদগীনি খণ্ডে অমদগীনি খণ্ডে ঙাইহাক কাংদনা ঈপাউ হংলকপগা লোয়ননা নুংশি-নুংশিরবা ৱাহৈ খোম্ফমনা মপূক্লিং পেত্থহন্দুনা পিরাং শিম্থহনবদো খরদি লৎলে।

হৌজিক মহাক্লা কন্না খল্লিবসে করম তৌরগা মী ওইগদগে অসিনি। মনাওনুপীগা মৌপ্বাগা লাইরিক তমহন্দবা য়াদে, মমানা ফমদা তারিঙৈদা মানা ৱাশকখিবদো কাউদে। মখোয় অনীসু লাইরিক ফৈ। য়াম্না থুনা পাম্বৈ অমদি থিদবা য়াদে। কয়া কুইনা কয়া য়াম্না মখুড়াশিংদা তাংজদুনা লৈগনি ! মখোয়ীসু শেমগদবা মচাশিং লৈরি। সরকারগী থবক্তি হৌজিক্কালসিদা থিকনেম্বনা থা লাম্বগুম্বনি, শেনসু সঙ্গসু লৈতবা য়াদে। অদুনা অদোমদা থোইনা খল্লুদ্রে। ৱাখল অমা লাক্লে, মখুড়াশিংগা তানৈ - ইংলিশ মেদিয়ম স্কুল অমা লিংখৎপদি কমদৌই ? মখুড়াশিংসু য়ারে। হৌজিক্কালগী ঈরাংনি ফনা লায়রজরসু মচামশূশিং ইংলিশ স্কুলদা থাবা হায়বসে। অকোয়বদা লৈরিবা খুন খরসিদা অদুগুম্বা স্কুল অমত্তা লৈতে, অদুনা মমা-মপাশিংনা মচামশূশিংবু টাউনগী স্কুলশিংদা থায়। অদুনা অসিৱাইদা অদুগুম্বা স্কুল অমতং লিংখৎলবদি ছাত্র ফনা য়াম্না ফংগনি।

মপাগী ইন্সুওরেন্সকী শেনফম অদো কায়দনা লৈরি। মদুনা অহানবগী ওইনা থোঙ্গাল মনাক্কী লম মচেৎ অমা লৈবদুদা কা অহুম মরিগী শঙ অমা শারে।

*অহানবদা ক্লাশ অহুমতং হৌরগা চহী খুদিংগী ক্লাশ অম-মম হাপকৎপগী ব্রানি। মতাং চারুবা হায়গদ্রা অহানবা চহী অদুমক্তদা ছাত্র ফনা য়াম্না ফংলে। মথং চহীদা কা অম-মুক শন্দোক্তুনা ক্লাশ অমগা হাপ্লে।*

মীওইবা হায়বসি অঙকপা জীবনি। বিনোদিনীগী স্কুল অসিনা চাওখৎপা উবদা থংনবা খুন্দা লৈবা শেনথুম খরা পায়বা নুপা অমনা সরোক্কী ব্রাংমদা মহাক্কী স্কুল অসিগী মনাক্তা স্কুল অমা শাগৎলরে। শেনথুম প্ায়বনিনা স্কুলগী লমসু চাউই, শঙসু ফজনা শাগৎলকই।

অনৌবা স্কুল অসিনা বিনোদিনীগী স্কুলদা শাথীনা শোকহল্লে। ছাত্র অয়াম্বা হেন্না ফজবা হেন্না লূ-নানবা স্কুলদা চৎখ্রে।

চৈরক অসিদা নোংমদি শাজিবুগী অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমনা তমথীববা হিংচাবগী রূপ লৌদুনা খঙহৌদনা থুংলরে। কনাগী উপাল-ব্রাপাল, তুশোন-মানশোনবা যুমকৈ কয়া মাগী লম্বীদা লৈরম্বমখৈ ফৃদেক্তুনা হুমদোক্তুনা থম্লম্মে। বিনোদিনীগী স্কুলশঙ অদুবুসু মাপ তৌবিরমদ্রে, যুম্বী মখোঙ ফুক্তোকপিরম্বতা নত্তনা যুমথক্কী জিংঘ ফাত্তবা শুরুশুরু নৈহৎতুনা থম্বিরল্লে। লাইবক ফবদি ছূটিগী নুমিৎ ওইবনা অশোক-অপন থোকখিদে, নৎলমদ্রবদি ওজাসু ছাত্রসু ফনা গাম্না অশোক-অপন নংলমগনি।

মতাং অসিদনি মন্দোনয়াইমনা রংপুরদা মপাম চৎলুবদা পাউদো পুদুনা লাকখিবদো, মাইকৈ অদোমদা ফিভম হাইফেৎ ফরিবা কাংঙবম কালেঞ্জাউনা মচানুপা য়াইমগী মমৌ ওইজনীংই হায়না কন্না হায়রকপদো। বিনোদিনীনদি কন্না য়াজদে। মহাক্লা ময়ূম পানখ্রগা মনাওনুপী অমদি মৌপ্বানা কমদৌহৌগনি, মখোয়গী লাইরিক-লাইশু তম্বদো কমদৌনি ! মমাদা মহাক্লা হায়খিবদো নীংশিংলকই।

মন্দোনয়াইমনা হায় - মদুগীসু খন্নদবা নত্তে। মখোয়না হরাও-হরাওনা হায়রকই - মখোয়সু ইংলিশ স্কুল অমা লিংখৎনবা বিলডিং শাবা হৌরে। মতাবু ফনা চারে, নঙবু পান্নহন্নবা তৌগনি হায়না আশা ফাওবা তৌহৌরি। বৃন্দাসখীগা বিনোদ-কগী লাইরিক-লাইশু তম্বগী ব্রাদো করিসু ব্রানীংঙাই লৈতে, ঐখোয়সু লৈরি, অদুগী মথক্তা নঙনা স্কুলদো চলাইরদি নঙনা হোৎনবা য়ারেদনা। অদুগী মথক্তা নঙ থাজদনা ননাওনুপী বৃন্দাবু করম হায়না থাজগনি, মাসু থাজবা হেন্না য়ারে, ঈপাউসু য়াম্না লাক্লপোৎনি।

বৃন্দা হায়রিসে মন্দোয়াইমগী মচানুপীনি। মাগীদি মচা অসিমতনি। বিনোদিনীগা মাগা খেন্নরিবসে চহী অনীতনি।

মন্দোনয়াইমনা মখা তাথরকই - য়েংঙোই ইবেম্মা, নুপী হায়সিদি মতাং চারিঙৈদা থাজহৌদবা য়াদে। মতম্না হৌখ্রবদা অফবা ইমুং অফবা নুপা থিবা ব্রায়। ঐনা হায়রিসে নঙতগী নত্তে। বৃন্দাগীসুনি।

বৃন্দাগী ব্রা পল্লকপদা বিনোদিনী কন্না মাই হায়বা ঙমদ্রে।

মায়কৈ অনীনা অফবা নুমিৎ-থা য়েংনদুনা লুহোংবগী নুমিৎ লেপ্নরে ইঙাগী তরানিথোইনি পানবদা। নুপী ময়ূম্নদি হৈজিংপোৎ তৌদ্রসু য়াই হায়জবনি। অদুবু নুপা ময়ূম্না ময়াম মমাঙদা খরা উৎচনীংদুনা করিগী হৈজিংপোৎ পুরোইদগে, ইচা অহনগী হাক্তক্তসু পুখি হায়দুনা লুহোংবগী নুমিৎ নীনি ব্রাৎলিঙৈদা হৈজিংপোৎ পুরকখি।

ইনাকখুনবা ইমুংগা ওইরে খরসু ধপ তৌজনীংবনে নুংথিল অদো গাড়িগা গাড়িগা তৌদুনা অথুম-অহাও কৈবোক-হৈবোক পুরক্তুনা হৈথরখি, য়ুবীতনা চাহুমলোম পুবকখি।

নুমিদাং অদো লৈকাইগী মৌপ্পা থোকপা অমনা বিনোদিনীদা য়াম্না চিক্লা পাউ অমা তল্লে - ঙসাই নুমিদাংব্রাইরম নুপা অমখক লাক্লম্মী হায়বা, মণিপুরদগীনি হায়, ব্রাং-চাউরদুনা মশক মতৌনা ফর্জরিবা, মফি-মরোলনা নাল্লিবা। লমজাওদা রিক্সাদগী কৃমথরগা ঐঙোন্দা হংই - চহী খরা মমাঙদা দিল্লীদা লাইরিক তন্নম্বী বিনোদিনী হায়দো খঙব্রা ? মখোয়গী যৃমদো কয়াম ব্রাৎলি ?

ঐনা খুমই - য়ৌবে, অসিব্রাইদনি। ঙসি মাগী হৈজিংপোৎনি, ময়াম থোক্লরক্লির্বসি হৈজিংপোৎ চৎলুবগীনি।

অদুদগীদি মহাক্লা ঐবু লম্বী মপানগী টি-স্টোল অদুদা চা থক্লুসি হায়না পুশিল্লগা ব্রারীদো তৌরকই - ঐগী ইচন্নুপীগা মাগা মিরাণ্ডাদা তমিন্নবনি। ঐনা মতম অদুদা দিল্লী ইউনিভর্সিটিদা এম এ তম্লি, মদুদা মাগা শকখঙনখিবনি। লাইরিক তম্বা লোইরগা থবক ফংদদুনা ঐ ফনা কুইনা ঙাওচৎনদুনা লৈরুরে। হন্দক্তি ঐগী শনিগী দশা লোইবমাল্লে, সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টকী হাইফেৎ চৎনবা য়াবা থবক অমা ফংলে, কোলকাতাদা পোস্টিং তারে, জোইন তৌবা চৎলিবনি, লম্বী থোকপনিনা ইচন্নুপীনা বিনোদিনীদো কমদৌরিগে অমুক্তা চঙদুনা হংলম্মু হায়বদগী লাক্লিবনি। ... অদো মাগী হৈজিংপোৎ পুরে, হংচিৎ লুহোংগদৌরে হায়বনিনা মতাং অসিদা মখোয়গীদা চঙদুনা মাবু উন্নরুরবদি কৈরোই-লৈকাইনা করিনো অমা খনখিবসু য়াই, অদুনা ঐ চঙলরোই। নঙনা ঐগী থবক অমখক্তং তৌবিবা তাই। মহাক লুহোংদৌরে হায়বা খঙদবনিনা খূদোলপোৎ করিমতা পুরক্তে, অদুবু মতম কুইনা উন্নদবনি হায়দুনা ঘড়ি

অমত্তংদি লৈরকই মঙোন্দা পীরমগে হায়দুনা। মসিমতং মঙোন্দা ইবুঙোনা পীবিবা তাই। অদুগা সে কোলোমসিমতংগা, মঙোন্দা পীগে হায়দুনা পুরকপনি। কোলোমসিনা ফজ-ফজবা শৈরেং ইয়ু হায়য়ু। মহাক শৈরেং ইবা য়াম্না পামজবনি।

- অতৈ করিমতা হায়রমদ্রা ? বিনোদিনীনা হংঙি।

- অসুক য়াম্না হায়রম্লবা ফাওবদা পেন্দ্রিবরা ? নুপামচাদুনা অর্থ চেনবা ফাগিদো তৌরকই। অদুদগী মখা তাথরকই - ইহে, ঐ কাউরুরে, মচন্নুপী অদো কোলেজ ওজা ওইরে হায়য়ে। হায়রগা নুপামচাদো চৎকে তৌই।

বিনোদিনী খামই - ঙাইখো, ঘড়িসিসু কোলোমসিসু নঙ লৌজখ্রো।

- করিনো মীনা ইচেদা তম্লম্বা খূদোল অদুবু ঐনা করম হায়না লৌদোরিবা ? ঐ অদুক হাক্লা ভাব তাদবা মী নত্তে।

হায়রম্লগা নুপামচাদো চৎখ্রে।

বিনোদিনীগী থম্মোয়নুংদা ইকায়-নুংশি য়ান্নবা ফোংঙমদ্রবা ওমচাক্লবা অমা ফাওরকই। মতম কুইনা কাউরুরবা সুর অমগী শহুম মালংবনা হুন্নক্লুনা য়েরবগীরা ? বসন্তনা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টকী থবক অমা ফংলে তাবদা, মচন্নুপীনা কোলেজ ওজা ওইরে তাবদা মহাক মশানা ফংবদৌনা নুংঙাই। অদুবু পুন্সি লানফমদা মহাক মশামক্তি কয়াম্না শোক্খহৌরবা ! পিনৌবী মাগী পিরাংনা খঙহৌদনা শিন্থরকই।

লুহোংগদবা নুমিৎ কৈরোই-লৈকাই অমদি বারি-সম্বন্ধীশিংনা কোয়লাঙ লাঙদুনা থবক-ইনখাং শীন্দোক শীঞ্জিন তৌরিঙৈ নুমিৎ য়ুংবগী অদুব্রাইদা নুপা ময়ূমগী মী অহুমখক কারদা তোংদুনা লাক্লগা পাউদো হায়রৈ - লুহোংবসি য়ৈথোক্তবা য়াদ্রে। লুহোংগদবা নুপাদো থানানা ফাখ্রে। মাগী হান্নগী নুপীনি হায়বা অমনা থানাদা ব্রাকৎলকপদগীনি। গৌহাটিদা লাইরিক তম্লিঙৈদা লৌরম্বনি হায়, অহন-লমনদি খঙদে। উকিলনে করিনে ফনা কন্না হোৎনবনি, অদুবু নুপাদো কোর্টতা পুথোকত্রিমখৈ জামিন্দা খঙদে অমদা খঙদে থাদোকপা য়ারোইদৌরিমাল্লে। ঙসিদি অমুক্তা কোর্টসু ছুটিনি।

পাউদো তাবদা মহৈ মহৈ চংঙক্লে, শাউনীংবসু য়াওই, ইকায়-নুংশি য়ান্নবসু য়াওই। লুহোংবা য়ৈথোকপগী পাউদো লম্মৈ চাকপগুম শন্দোরকখি। হায়নবা য়াওরকই -

- নুপা অদো থীস্থগদবনি।

- মমা-মপাদু করিগী খঙলোইদগে ?

- ইনাকখুল্লি হায়দুনা তৌরিবনি, মী উশিৎত্রিবনি।

- মখোয় পূম্নমক জেল পীগদবনি।

- মীবু ইকায়বা নংহল্লিবা, ক্ষতিপূরন তানগদবনি।

- নুপা অহুমদো ফাদুনা থম্লম্লগা মমা-মপাদো কৌরমগদবনি।

পাউদো তাবদা বিনোদিনী ইদি-ইকায়, নুংঙাইতবদি তৌদে। মন্দোয়াইমগা মন্দোনমচাগদা হায় - ফনদুম ফরে, ঐখোয়বু লাইনা কল্লবনি। লুহোংবসি য়েথোকপতা নত্তনা পুংতোক তোক্লসি। মসিগী মতাংদা মখোয়না ফনা হায়জ-নোঞ্জররসু সুকয়া য়াবিরুরনু। ঐদি হায়জরিসিনি, ঐ সুকঙম ঙম্লোই।

নোংম-নীনিদি বিনোদিনী করি তৌসিগে খনফম থোক্তে। য়ূমদা অসুম ফমদুনা লৈবসে মকোক ঙাওরকই। খরা চখোক-খোত্তোক্লগা ফগদ্রা খল্লকই, মরূপ-মপাংশিং উন্নরগা মখোয়গা ব্রারী-ব্রাতাই শান্নরগা ব্রাখল খরা য়াঙ্গদবা মাল্লি। ব্রাখল মখল মখল খল্লম্বদগী নীংশিংলকই, চহী খরা মমাঙদা মহাক্না দিল্লীদগী লাকমিন্নখিবা মতৈমনাওদো। নুপাদো য়াম্না জ্ঞান লৈবা লাইরিক-লাইশু হৈবা সঙ্গ তৌবা মী মাল্লি। তাঞ্জা ফংবা মতমদা মখোয়গীদা কোয়থোরকউ হায়রকখিবনি। মানা পীরম্বা কার্ড অদো থিদোক্লে - বিশ্বজিৎ বৈরাগী, অম্বিকাপট্টি, শিলচর, ফোন নং ...। অতৈ করিমতা ইদে।

মথং নুমিৎ নুংশা খরা নেমথরক্লগা মন্দোনয়াইমদা হায় - ঐ অম্বিকাপট্টিদা ঐগা দিল্লীদগী চহী খরা মমাঙদা লাকমিন্নখিবা মতৈমনাওদো উন্নবা চৎলুগে।

- করিগীনো ? মন্দোনয়াইমনা হংঙি।

- অসুম চুম্না উন্ননীংদুনা তৌবনি। দিল্লীদগী মতৈমনাওনা য়াম্না নুংশিনা ঐবু লোয়নবিরকখিবনি। তাঞ্জা চাবদা মখোয়গীদা কোয়থোরকউ হায়রকখিবনি।

- অদো নতোমতদি চৎখিনু, বৃন্দারা বৃন্দাসখীরা লোয়নখো।

বৃন্দাগা লোয়ননা বিনোদিনী থোরক্লে রিক্সা অমা ফাদুনা। অম্বিকাপট্টি য়ৌরক্লে। হংল-হংলদুনা লাকপদা কাইনথংদা য়ূমদো ফংলে। য়ূমদো ওখাক মল্লে, শেমজিন-শাজিনবিদবগী মমি তারি । য়ূমদুগী থোঙদা তক্ তক্ অনীহুম্লক য়েরুবদা লৈশাবীমচা অমনা থোঙ হাংদোরকই। মনুংদা লাকউ হায়না কৌশিল্লকই। ড্রোয়িংরুম ওইরমাল্লে, অমনবা সোফা সেট অমা থারি। অহন ওইরপ তৌরবা নুপী অমা ফমদুনা লৈরম্মী। বিনোদিনী মশক অদো হেক লাকপা ঙম্মুদ্রে।

- নমস্কার মাসিমা। বিনোদিনীনা মখুৎ লোন্নদুনা খুরুমই।

- তুমি কে... নঙবু কনানো ? নুপী অদুনা মাবু মুন্না য়েংলগা হংলকই।

বিনোদিনীনা অদুঙৈ দিল্লীদগী প্লেনদা লাকমিন্নখিবগী ব্রারীদো হৌদোকই,

অদুগা হংঙি - ঐবু নীংশিংবিদ্রবরা ?

নুপী অদো নীংশিদবগুম তৌই, হায়রকই - চহী কয়া শুরবা ৱানোনে নঙনা হায়রিসিবু ? ঐবু ইমানা হেক পোকপদগী দিল্লী চৎলুদ্রি। দিল্লী চৎখিবদি মপা-মচানি। মচানুপীগী মিং চনবা চৎখিবনি। মখোয় অনীমক হল্লক্লি। ঈপাউসু অমত্তা পীরক্তে। ওল্লোকপা মপা-মচানি।

ঙাইহাক তুমিন লৈরুরগা অমুক্কা হায়রকই - ও নীংশিংলক্লে। ঐগী ইচানুপীদা জগোই তম্বিবদো নঙ নৎত্রা ? ইচানুপীদো মণিপুরি জগোই শাবা য়াম্না পামজবনি, পকসু পকচবনি। পকচদ্রনে ?

বিনোদিনী হোয়সু মাইসু হায়বা ঙমদ্রে। চংঙক্লন্দুনা লৈরে।

- ঙাইখো, নখোয় লাকথোক্তনা লাকপনি, ঐ চা লোল্লুখিগে।

- ঐখোয় চা থকচররোই - বিনোদিনীনা হায়।

- থক্তবা য়ারোই। থক্লোই হায়রবদি কৈদৌনা লাক্লিবা ? হায়রম্লগা ইমুংদা চঙখ্রে।

মহাক্না ইমুংদা চঙখিবৈঙেদা লৈশাবী মচাদুনা ৱারী তৌরকই - মতোমতা পোকপী মচানুপীদো লৈখিদবগী চৈনা ফৎত্রিবৈঙেদা মাম্মদুমুক লৈখিদ্রেদো, ইনেসে মদুদগী কৈনোমা তৌখ্রে, মরী লৈনদবা ৱা ঙাক্তনি ঙাঙলিবা। মী লাক্লগদি ঐ ঙাইহাক পোখাবা ফংঙি, নৎত্রবদি ৱাহং জাৎ জাৎনি ঐঙোন্দা হংগদৌরিবা। মতাং চানা চানা ঐসু খুমদৌরিবনি, খুমদ-লাক্ত য়াপোৎ নত্তে।

থীন্দনা চাগা রসগুল্লাগা পুথোরক্লগা হায়রৈ - সে চাওসে, থকউসে।

- করিগী অমুক রসগুল্লা-কা, চা-তা থক্লগা য়ারসিবু ?

- বাংগালি ময়ূমদা লাক্লগা রসগুল্লা চারোইদৌরিবা ? অদুদি কৈদৌনবা লাক্লি ?

চাদো থকপা লোইরগা বিনোদিনী বৃন্দাগা চৎলগে হায়না হৌগৎলকই।

- চৎলগে হায়বা, চৎলো চৎলো। কাল আবার এসো, আসবে তো ... লাক্কদ্রা লাক্লোইদ্রা হায়য়ু।

- হ্যা, আসবো... লাক্কনি, শোয়দনা লাক্কনি। নমস্কার মাসিমা ! হায়রম্লগা মখোয় অনী থোরক্লে।

মখোয়গী য়ূমদুদগী থোরক্লগা রিক্সা ঙাইরিবৈঙেদা লৈশাবী অমা চঙশিল্লকই, মুন্না য়েংলগা নোকমি নোকমি হায়রকই - বিনোদিনী না ?... বিনোদিনী নৎত্রনা ?

- মানিনে। হাই বিনীতা, কমদৌরি ? কুইরেদা উন্নদবা।

- কমদৌনি ! লাইরিক তম্বা তোকপদি কুইরে, মওং চাবা থবক অমত্তা ফংদদুনা কক্ঙাওনদুনা কোয়চৎ চৎলিসিনি।

- ঐসুনিনে। পুন্সিসে করম হায়না লেনগদবা খঙদে।

- হাই, পাউ অমা লৈ। ঙসিগী খবরদা য়াওবনি - হায়রকই বিনীতানা - বিনীতা বর্ধন্না। জেট এয়াররেজতা মী খরা লৌগদৌরি। ইংলিশ হিন্দী বাংলা অসামি নীংথিনা ঙাঙব-শকপা হৈবা চূং-ফিরান চাবা স্মার্ট ওইবা নুপীমচা নুপামচা পামই হায়। হংচিৎ হোটেল স্কাইলার্কতা পূং তরামথোইদা ইন্টর্ভিউ লৌগনি হায়। চৎলুসিদনা, য়াওরুসি।

- নুংঙাইবা পাউনি। য়াওরুসি, শোয়দনা য়াওরুসি।

বিনীতানা পীরকপা পাউদো খল্ল-খল্লদুনা বিনোদিনী ময়ূম য়ৌরকখিবা খঙহৌদে। ইন্টর্ভিউদো ফজনা তৌরবদি খল্লকপা য়াইনা। সরকারগী থবক্তি ফংবগী ব্রা লৈত্রে, অঙম-অথৌশিংদা শেঞ্জাও থিল্লুদ্রদি য়াদে, সঙ্গসু লৈতবা য়াদে। মহাক্কীদি শেনসু লৈতে সঙ্গসু লৈতে। নুমিদাং তূল্লমদাইদা অমুক্কা খল্লকই - হোয়দা, খল্লকপা য়াইদা, প্লেনদি খরা তোয়না তোংবা তারে, মতোমতা মঙ মঙলকই। অদুদগী কদায়দগীনো ঙসাই অম্বিকাপট্টিদা বিশ্বজিৎ বৈরাগীগী অহন ওইরবী নুপী অদুনা তৌহৌরিবদো খংনীং নীংশিংক্লই। মহাকসু মঙ মঙহৌরি, মপামচা হল্লকখিগনি হায়দুনা। অদুগা মহাকসু মঙলি, থবক ফংলনি হায়দুনা। অনীমকসু মঙনি।

জেট এয়াররেজগী ইন্টর্ভিউদো বিনোদিনী য়াওরুই, বিনীতাসু। ইন্টর্ভিউ লোইবগা নুমিৎ অদুমক্তদা রিজল্ট হাযদোরকখি। মখোয় অনীমক খনবদা য়াওবকখি। মখোয় অনীমক হরাওমনদুনা মমিত্তগী মপি তাখিবা খঙহৌদে।

ট্রেনিং লোইরগা বিনোদিনীগা বিনীতাগা মখোয় অনীমক কোলকাতাদা পোস্টিং পীরক্লে গ্রাউণ্ড স্টাফ ওইনা। থবক চিল্লবসু মসিদা থবক তৌবগী নুংঙাইবা অমদি লৈ।

নোংমদি, অয়ুক্লি ইম্ফাল পাইগদবা পেসেঞ্জরশিংগী বুকিং তৌরি।

অসুম য়েংথোকখিবদা তাঞ্জা চারুদুনা বিনোদিনীনা উই লাপ্তক তৌনা বসন্ত মানবা নুপা অমা লাক্লি নুপী অমগা ব্রারী শানা শানা। বিনোদিনী শ্বাই লাউই, মিহুন দংদং চোংবগুম তৌরকই। মানি, বসন্তনি, তামো বসন্তনি, নুপীসিনা মাগী ...। ওইরম্বসু য়াই, ওইরমদবসু য়াই। তাঞ্জাদুদা বিনীতা মনাক্তা হেক চঙলকই। বিনোদিনীনা মঙোন্দা মিৎকূপ অমত্তং লৈরম্মু ঙাইহাক্তং চখোক্লুখিগে হায়রল্লগা

চৎখি। লাপ্তক য়েংঙি মখোয় অনীদো। মপূক্লিংদা য়ারৌবা হায়গদ্রা কল্লকপা হায়গদ্রা করিনো অমনা খোইরাং খোয়শাউনহল্লি। মসিবু মাগী পূক্লিংগী অশোনবা ওইরিগদ্রা?

মখোয় অনীদুনা বুকিং লোইরদুনা সিকিওরিটি চেক্কী মায়কৈ অদোমদা চৎখিবগা বিনোদিনী হল্লকই। নংহৌরোইদবা মতাগুম বিনীতাদা হায় - হৌজিক হৌজিক্তা বুকিং তৌখিবা অনীদুগী মমিংদো অমুক্তা য়েংগে।

মীগী সাইকোলোজি খঙখ্রবী বিনীতানি, মপূক্লিংদা চিংনবা অমা পোক্লকই, হায়রকই - করিগীনো উন্নবদি কিরগা মমিংনা য়েংনীংলিবা ? ভাব তারে, করিনো ইতিহাস অমদি লৈরম্বা তাই।

- এরা নঙসিমা !

- খঙঙে ইবেম্মা, নপূক্লিং অদুক য়াম্না শোঙ্গুরিবা করিগীনো ?

বিনোদিনী খুমদে, মপূক্লিংদা মতোমতা হংবগুম তৌই - মাবু সিকিওরিটি এনক্লোজরদা চঙলম্লগদ্রা ? ❑

[২০০৯]

# মৈতৈ-অহন অমসুং শিক্ষা

[ অঙাং ওইরিঙৈদা ঐনা সম্পাদন তৌজবা চেফোঙ 'পঞ্জেন'গী অহানবা মশীংদা (১৯৫২) ঐগী ৱারীমচা 'জীবন উৎসর্গ' কৌবা অমা ফোঙখি। মদুনা ঐগী ছাপা ময়েক্তা ফোঙবা অহানবা ৱারীমচানি। মসিগী চহী অমা মমাঙদা ৱারীমচা অহুম ইজখি, অহুমদু পূল্লগা 'মৈতৈ-অহন' কৌবা লাইরিক মচা অমা শেমজখি। চহী কুমজা কয়াসি তাবুনুংদা তাদুনা লৈরকখি। মরূপ-মপাং খরনা ৱারীমচাশিংদো ফোঙদোকপদি ফৈ হায়বিরকখি। মতম অদুগী সমাজগী মমি খবদি ৱারীমচাশিং অদুদা উবা ফংবা য়াই। ঐসু চুমব্রা খল্লকই। অদুনা হন্দক ফোঙলিবা লাইবিক 'ঐনা কেনগে কেনবা নত্তে' হায়বসিদা অদুঙৈগী ৱারীমচা অহুমদুগী অহানবদু মচল অমা ওইনা হাপচিঞ্জবে।

ৱাবীমচা অসিগী ৱাহৈ-ৱাতানচিংবা হান্নগী মওং অদুদা অদুম থমজরি। বানানগী মতাংদদি নম্থোক-নানশিন খরা তৌজরে। ]

**নোংমাইজিং** নুমিৎ।

অযুক ঙন্তা ... নুমিৎনা ফক্লাং চিংখোং কূমলকপা মতমদা করিগুম্বা থবক অমগীদমক অহন খরা বীরেনখোয়গী য়ুমদা লাক্লম্মি। অহনশিং অদুবু বীরেন মপানা ফক অমা থারদুনা ফমহল্লম্মি। মপাসু ফল্লম্মি।

পরীক্ষা নক্লে হায়দুনা বীরেন ইমুংদা লাইরিক পাদুনা লৈরম্মি।

বীরেন মপানা বীরেনবু মপান্দগী হিদাক হাল্লকউ হায়দুনা হায়রকই। বীরেন্না হিদাক হান্দুনা মপান্দা পুথোরক্তুনা পীবম্মি। মপানা অমুক হন্না হায়রকই - "লাৱৈ কোল্লকউদনা।"

বীরেন্না লাৱৈ কোনবা ইমুংদা চঙখিঙৈদা অহন অমনা হায়রকই - "ইবুঙোহল, নঙগী নচানুপা বীরেনসে য়াম্নদুম চাউরম্লেদনা। অতৈ অঙাংদৌনা কোয়থোক চখোক্কন্দবনিনা ঐদি মশকতুম খঙলুদ্রে।"

ঙাইহাক তূমিন লৈরগা অহন অমনমুক হায়রকই - "ইবুঙোহলখোয়দি মচা চাউরবনিনা মশা য়াম্না কোল্লরিনি।"

"কদায়দগীনো খুড়াইবুঙো, ইতোমতনি শূরিবা। বীরেন্না লাইরিক পাদ্রগা খরা খরা শূবা য়াওই।" ইবুঙোহলনা খুল্লকই।

"লাইরিক তন্লিব্রনে ?"

"হোয়, তন্লি খুড়াইবুঙো।"

অদুদগী বীরেন লাক্লুনা লারৈ পীরম্লগা ইমুংদা চঙদুনা অমুক্কা লাইরিক পারম্মি।

*অহনশিংদুসু হিদাক চিংল-চিংলদুনা ৱারী শানরম্মি। অহন অমনা হংলকই* - "ইবুংঙোহল, নহাক্কী অঙাংদি কয়া শুরি ?"

"অহুম শুরি তাদা, - হৌজিক্কীদুগী মথক্তা নুপীমচা'মগা মখাদা নুপামচা'মগা লৈ।"

"নুপীমচাদুদি ইমুংগী থবক-থনা তৌবা ঙম্লরিনিদনা ?"

"হোয়, মমা লৈত্রবনিনা ঙম্লবসু ঙমদ্রবসু মহাক্না অদুম হোৎনরে।"

অহন অমনা হায়রকই - "অদুগা তাদা, লৌ-শীংদি তাদা নতোমতনা লাক্লরিব্রা?"

"লাক্লদে, ইতোমতনা কদায়দগী ঙমগদগে, নুপা অমা থন্লি।"

"অদুদি তাদখোয়গী করিসু কান্নদবদা লুপাপৈশা য়াম্না চত্নুনা তোক্লেদনা। ... করিসু নত্তবদা মী থন্লিবা। নচাসু চাউরে, নতুং-ইনবা ঙম্লনি। হৌজিক্তি মখোয়গুম্বা অঙাংদি ষন-ইরোই শেন্দুনা অতেংখৈদুম থবক কান্নরে। করিসু কান্নরোই তাদা লাইরিক য়াম্না তম্লুরগা। কোক তোকহল্লগা লোইরবা।" ফন্লিবা ময়ামলোমদা অমুক য়েংদুনা হায়রকই - "করি হায়বগে ঐনা হায়রিবসিবু ? ঐখোয়দি ফননবতনি ঙাঙলিবা।"

অহন অমনা মাগী ৱা অদো লোকতুনা হায়রকই - "হোয়নে চুমখ্রবা ৱানি।" অদুদগী ইবুঙোহলদা ওনশন্দুনা হায়রকই - "ইবুঙোহল নচাসিবু লাইরিক কদায় য়ৌবফাও তম্লে।"

"খুড়াইবুঙো, কুমশি মাইনর থাগদৌরিবনি।" বীরেন মপানা খুন্লকই।

"অদুদি য়াম্না তম্লবপোৎনিদন'সিদি। ফরে, তোকহল্লো। করিদুম কান্নরুগবা মৈতৈমচানা লাইরিক য়াম্না তম্লুরগা। আ-য়ৌনা তম্লুরগা চাকরীসু ফংলরোইদবদা। তোকহল্লগা ষণ-ইরোইদুম শেলহনবনা হেন্না কান্নগনি। নহাকসু নশা কোমজগনি। ঐখোয়গী ধবলোদি মমিং ইবা হৈবা ফাওবতা তমহল্লগা তোকহন্দুনা ষণ-ইরোই শেলহন্দুনা ঐগী অতেংখৈদুম ইতেং পাংলি।"

"খঙদ্রিনে খুড়াইবুঙো, তোকহনসি কদায় তোকহনগনুসি কদায়। তোকহল্লোই হায়বসু ঐহাক ৱাবনা লোইরে, তোকহল্লগে তৌবসু অঙাংসিনা

লাইরিক তম্লিংবনা য়াম্না থরায় য়াওনা তম্বসিদা ঐ করিমতা খঙদ্রে।

"নত্তেদা, করিসু কান্নদ্রবনি নহাক্কী হায়রিদো। ঐখোয়না হায়রিসে নহাক্কী ফনবনি, নহাক্কী নচাসিদি মমিং ইবদি হুন্দুম হুঞ্জেকলো চিঠি পাবফাও হেন্না ঙম্লনি; তোকহল্লো।" মসি হায়রম্লগা মতম থেঙখ্রদুনা অহনশিংদো চৎখি।

ইবুঙোহলসে মচাবু লাইরিক য়াম্না তমহন্নীংদুনা তৌরম্মি। তৌইগুম্বসুং ময়াম্না ঙাঙলম্বদো তাবদগী মপূক্লিংদা নীংজিং-মাঙজিন্নবা অমা পোক্লে। মচা লাইরিক তম্বা তোকহল্লগে হায়বা ভাব অমা নীংঙক্লে। সঙ্গী মগুণনা মপূক্লিং ওম্থোরক্লে।

অসোমদা মপান্দা অহনশিংনা বীরেনগী মরমদা ঙাঙনবদো বীরেন্না ইমুংদগী লোইনা খোৎখোপ্লা তারম্মি। মহাক্কী মরমদা মপাদা অহনশিংনা অফবদি তাকত্রদুনা মহাকপু লাইরিক তম্বা তোকহল্লো হায়না কন্না হায়বা ৱা পূম্নমক তাবদা বীরেন্না মথন্তগী মমোন্দা নীংঙম্মি - 'ওম্থোকপনিদা মৈতৈ নখোয়না ঙসি তৌরিবসে। জগত্তা ঙসি বিদ্যা নত্তনা করিমতা কান্নদে হায়বা নখোয়না খঙদেদো। লাইরিক হৈরগা করি কান্নে হায়বসু করিমতা খঙদেদো। নখোয়না খঙলিবা হায়ববু অঙাংনা খরা চাউরক্লগা ষণ-ইরোই শেলহনগনি, সম্পোৎ খোইহনগনি। অদুবু মহে খরা লৈরগা ষণ-ইরোই শেনবা, সম্পোৎ খোইবা য়াদ্রা ? লাইরিক হৈরগা কান্নদ্রা। নখোয়না খঙলিবা হায়ববু লৌ উরগা চাগনি। বরিষাদা ৱানা শূরগা মতম অতৈদা নুংঙাইনা চাগনি। অদুসু নখোয়না পঙদুনা খোঙগ্রাই চন্দুনা লৈরিঁঙদা জাতি অতৈনা নখোয়না ৱানা উবা লৌদুসু লৌশিংগী পাঙ্গন্না লৌদুনা নুংঙাইনা ফমদুনা চারি। অদুগা নখোয়দি ফংহৌদ্রে। উদবা মখোয়না ফংখ্রে। অসিবু করিননো ? লৌশিংনা নৎত্রা ? মীনা লাইরিক হৈবনিনা লৌশিং হেন্দুনা নুংঙাইনা লৈরিবনি। মৈতৈদি 'বুদু' চুদুনা লৈরে। অসিবু নখোয়না করিমতা খঙদেদো। জাতি অসি নোংমা-নোংমগী অসুম শোত্থদুনা লাক্লে।'

অসুম্না খল্লিঁঙদা মপান্দগী মপানা কৌদুনা হায়রকই - "বীরেন লাইরিক পাবা লোইরব্রা ? লোইরবদি অসোমদা অমুক্তং লাউ থবক অমতং তৌরো।"

"হোয়, লাক্লে" - হায়রগা লাইরিক ময়াম লোইশিন্দুনা বীরেন মপানা কৌরিবদোমদা চৎখিরম্মি।

* * * * *

অসুম তৌদুনা থা অমরোম শুরক্লে। বীরেনখোয়গী পরীক্ষাসু লোইখ্রে। রিজাল্ট থোক্কদবসু কুইদ্রে। ইবুঙোহলনা লৈকাই কোয়বা থোকপদা অমসুং খুল অতৈদা চথোকপদা ময়াম্না ঙাঙনবদো তারগা মপূক্লিংদা চিংনবা অমা পোক্লে।

মচানুপা বীরেনখোয়গী মমান্নবা কনাসু লাইরিক তমদে, অদুগা বীরেন মতোমতনি লাইরিক তমহল্লবসি, - ময়াম্না ঙাঙনবা অমসুং ময়াম্না তমদবা তারগা, উরগা ইবুঙোহল মতোমতা ইকায়রে।

মসিবু করিননো ? সঙ্গননি। ওঙ্খোকপনি সঙ্গ হায়বা পোৎ অসে। সঙ্গনা মী ফহনবা ঙম্মি, সঙ্গনা মী মাঙহনবা ঙম্মি। সঙ্গগী মগুণ কনখ্রবা পোৎনি। সঙ্গগী মগুণনা রত্নাকর বাল্মীকি আখ্যা ফংখি। সঙ্গগী দোষনা খুনু ময়ামগা তিন্নরুবদুনা লৌউবগী মখুত্তা ঙানু মথরায় মাঙখি। মীগী মমোনসু সঙ্গগী মতুং ইন্না ওল্লি। সঙ্গনা স্বর্গ ফংই, স্বর্গনা পুংমাঙ মাঙডি। মীগী চরিত্র সঙ্গনা শেম্মি। অসিনি সঙ্গগী পাঙ্গল।

সঙ্গগী দোষনা ইবুঙোহল মচানুপা বীরেনবু লাইরিক তম্বা তোকহল্লগে নীংঙক্লে।

নোংমা অয়ুকঙন্তা চাক চাবা তোক্লদুনা ফম্লিঙৈদা বীরেনবু মপানা হায়রম্মি - "বীরেন, ইপা য়াম্না ৱারে, যূম পুবা ঙমশিল্লকত্রে, নহাক্না লাইরিক অতৈসু তম্লবদি নহাক্কী লাইরিক তম্বগী খরচ হুনবদা ৱারিবসিগী মথক্তা অমুক হেন্নো ৱাবা তারে; অদুগা নতোমতসু নত্তেদো। নথক্তা নচেম অমগা, নখাদা ননাওনুপা'মগা লৈরিবনি। মখোয়গীসু খরা লাক্লরোইদ্রদো। অদুনা নঙ লাইরিক তম্বা তোকলো।"

লাইরিক তম্বা তোকলো হায়বা হেক তাবদা বীরেন তু খ্যাউ চুংঙি। ঙাইহাক তূমিন্না লৈরগা মপাদা ৱা অমতংদি হায় - "পাবো, লাইরিক অসি তমদি তমনীংশ্রেদা।"

মপানা অমুক্কা হায়রম্মি - "তোকথোকলো, তম্মেদনা, য়াম্না তম্লুরগা করি কান্নরুগনি। তোকথোকলো, নমান্নবা কনাসু তমদে।"

অদুদগী বীরেন করিমতা খুল্লমদ্রে, খুম্লুদুনসু করি কান্নরুনি। চপচাবী তোকহল্লগে নীংদুনা হায়রক্লিবনি। মপানা হায়রিবদো তূমিন্না তাদুনা লৈরম্মি। মরক মরক্তা খুমসিরা খুমলোইসিরা হায়দুনা নীংঙম্মি। খুমহৌদ্রে মহাক্কী ছাত্রজীবন অসিদা সুম লোইশিনবা। খুম্লবসু করিসু কান্নররোই হায়দুনা খুমদ্রে। অদুগা নীংঙম্মি - হন্দক মপানা লাইরিক তোকলো হায়রিবসে চপচানা মপাগী দোষ নত্তে, মসিগী দোষতি মৈতৈ অহনশিংগীনি।

অসুম্না নীংঙম্বদগী বীরেন মপাগী মনাক্তগী থোকলক্তুনা মহাক্কী ফামুংদা কাখত্তুনা লোংনা হিপ্তুনা চিন্তা তৌরম্মি। মরক মরক্তা মমাগী ৱা নীংঙম্মি। মমাগী ৱা নীংবদা মমিত্তগী পি তাখিবা খঙহৌদে। মমাগী অমসুং লাইরিক তম্বগী ৱা নীংঙুরগা মীৎলু অনীদগী লাইজ শিম্থুরক্তুনা তুরেলগী লেপত্রবা ঈচেলগুম চেল্লম্মি। অদুগা নীংঙম্মি, 'ইমা নঙ লৈরবদি ঐনা অসুম্না লাইরিক তোক্কদৌরিবসে

তোক্কদ্রা ? ঐবু অসুম্না তৌগদ্রা ? ... ঐনা তৌরিবসিবু নহাক্না উবিরিব্রা ?' অসুম্না পিনা শিন্থরদুনা ব্রাখল মওং মওং তৌরম্বদগী নিদ্রা কৌবী লাইরেম্বীনা বীরেন্না ব্রারিবসে উরদুনা নুংঙাইতদদুনা বীরেনবু অব্রাবা কোকহল্লগে নীংদুনা মমিৎ অনী খুমজিনবিখরে। বীরেন ঙাইহাক নুংঙাইনা তূমখুল হুনখরে।

অসুক কুইবা বীরেন নোংমতসু নুংথিল তূমদে। ঙসিগী নুমিত্তা নুংথিল তূমদবা মহাকসু 'মৈতৈ অহনগী থৌজালদগী' নুংথিল তূমজরে।

তূম্লবদা বীরেন সংসারদা অতৈ কনাবু লৈতবোই নীংঙম্মি। ঙাইহাক লৈরগা মমা লাকতুনা হায়রম্মি - "বীরেন, ইমা লাক্লে, নহাক্না ব্রারিবদো লোইনা খঙলে। ... অদুবু নপাদা দোষ তৌগনু, নপাগী দোষ লৈতে। নপাবু ব্রারৌগনু। দোষ মৈতৈ অহনগীনি। ইমানা নঙবু লৌবা লাকলিবনি। ঐ ..."

বীরেন খংপ্রেক খংদুনা হৌগৎলগা মাইকৈ মরি য়েংবদা কনাসু উদে। মমাবুসু উদে। মমঙদা হায়রম্বদো খরা খরা খঙহৌরি। ঙাইহাক ফামুংদা ফমলগা ব্রাখল তৌর-তৌরদুনা মপান থোকতুনা য়েংবদা নুমিৎ উবা ফংলমদে। নিংথিরবা শংবানবা অতিয়াগী মচুবু কৃপশল্লদুনা মুশিল মুবা মমখ্রবা নোংনা মঙাল কনখ্রবা নুমিৎপু লোৎখিরম্মে।

য়ূমদা 'সুম লৈবা নুংঙাইতদুনা ঙাইহাক মপান্দা কোয়থোকলুগে হায়দুনা য়ূমদগী থোরক্লম্মি। চিন্তা তৌর-তৌরদুনা 'সুম চৎপদগী কদায় য়ৌরকলবা খঙহৌদ্রে। লৈকাই থাদোকতুনা ইচিক চিকলবা লম্বীদগী খরা থাপতোকপা উজাউ অমগী মখাদা ফমলদুনা চিন্তা তৌরম্মি। অমুকসু নুংথিলগী মমঙগী ব্রা খল্লুরগা নীংঙম্মি "ইমা, ইমা, নঙ অওইবমক্কী লাকলমব্রা ? ব্রারিবসে উবিবব্রা ? উবিরব্রা ... তৌরিবসে ?"

'সুম্না মমাবু মমাঙদা উবগুম্লদুনা তূমিন্না মী অনী ব্রারী শান্নবগুম মতোমতা ঙাঙদুনা, চিন্তা তৌদুনা লৈরম্মি। ষণ-ইরোই চনশনগনি হায়বা কাউখিরম্মি।

অসোমদা অতিয়াদগী মুশিল মুরবা নোংদুনা শা অনী চিকনবদা ঙমলকপা শাগুম লাউর-খোংলদুনা মরক মরক্তা কামানগী গুলিগুম নোংথাং কৃপলম্মি। ঙাইহাক লৈরগা নুংশিৎ য়াওরক্লে। কুইরমদ্রে নোংসু মতম খঙলদুনা মথৌ তৌরক্লে।

মদু য়ৌরফাওবদা বীরেন নোং চুই হায়বা খঙলমদে। চিন্তা-সমক্রদা লুপ্তুনা লৈরম্মি। ঙাইহাক লৈরগা মফি-মরোল চোৎলকপদুদা করিনো হায়না য়েংবদা নোং-নুংশিৎ তৌবদো উবদা ময়ূমলোমদা চোৎ-চোৎনা অদুম হল্লে। ময়ূমদা থাউমৈ থাঙ্গৎনরম্মে।

ময়ূম হেক য়ৌবদা মপানা হংলকই - "কদায়দা চৎলুই বীরেন ?"

"অসিদা অদুক চৎলুবা।" বীরেন্না খুমলকই।

"অদুবু অসুক থেঙনা নফি-নরোল ইচোৎ-চোৎখৈ হল্লকলিবা করিগীনো ? চৎথোকলগা হঞ্জল্লকতুনা ষণ-ইরোই চনশনগনি হায়বা খঙদ্রবরা ?"

বীরেন করিমতা খুমলমদে। মফি-মরোল হোংদোকলগা ঙাইহাক ফমলম্মি। অদুদগী হকচাং ইন্থুম চন্দুনা অরুম হৌদৌরিমাল্লে হায়দুনা ইমুংদা চঙদুনা ফামুংদা ফি শুপ্পুনা হিপলম্মি। অরুম কন্না হৌরকতুনা ওরকপদা মপানা "করি তৌরে বীরেন ?" হায়না হায়রকই। অদুদগী মনাক্তা লাকতুনা য়েংবদা অরুম কন্না হৌবা উবদা হিদাক লাংথক পীথকলম্মি।

পূং অনীহুম লৈরফাওবদা অনাবা ফত্তরে। মতমনা চৎলিমখৈ অনাবসু হেল্লে। অসুম তৌদুনা নোংঙাল্লমদাই য়ৌরকলে। অনাবা হেন্দুনা চোইরোল লোনবা হৌরকলে - "ইমা, নচা লাকলে - ঙাইবিরমখো। - ঙসি ইমা-ইচা উনরসি। - অদুবু ঙসি মৈতৈ সমাজনা তৌরিবসি ...। জাতি অতৈনা বুদ্ধি পাঙ্গন্না চাওখৎখ্রে - মৈতৈদি পঙশন্দুনা তূমদুনা। - খঙদ্রে ধর্ম্মনি হায়দুনা চহী চূপ্পা ৱানা তানবা লন হুঞ্জেকই। জাতি অতৈনা তৌশন্নদুনা নুংঙাইনা লৌথোকতুনা ফমদুনা চারি। - অপঙবা মৈতৈনা মখোয়না হায়বতা ...। অদুগা মখোয়না মৈতৈগী মকোক নেত্তুনা কুহাদা তাবা লমহুইগুম মথক কাখৎখিদৌরে। - ঙসি মৈতৈনা অসুক শোণ্ডবগী মরূ অমসুং দায়ীদি মৈতৈ অহনশিংনি, মখোয়না খুল অমগা অমগা 'আনি' আ - অদু। - নহাক অদু তৌরুরে সমাজ তিনবা য়াদে। লুপা খরা লাইদা কৎলবদি য়াই। - মহাকপু সমাজদা চঙহন্দবা - লুপা খরা পীরগা চঙহনবা। - অসিনি মৈতৈ সমাজ। অদুগা ধর্ম্মনি হায়বদি ৱাহৈ খুদিংগী। - অসিবু ধর্ম্মরা ... অসিবু সমাজরা ? লুপা খরনা লৈবা য়াবা সমাজ, লুপা খরনা লৈবা য়াবা ধর্ম্ম।" ঙাইহাক লৈরগা অমুক ভাব তাবগুম - "পাবো, লৈব্রা ? - নরেনবু লাইরিক তোকহনগনুকো ... আ- য়ৌনা তমহল্লু।" তূমিন অমুক লৈরগা "ন-চা লা-ক-লে ... ইমা ই-মা ই-মা ! ঙাই-বি-রম-খো ই-মা ই-মা ইমা !"

অদুদগী তূমিন লৈখরে। মচিন্দগী করিগুম্বা মখোল অমত্তা থোকখিদ্রে। মশা লেঙখিদ্রে।

নুমিৎ হুমনি লৈরগা বীরেনখোয়গী রিজাল্ট থোকলে। বীরেন ফাস্ট ডিভিজনদা পাশ তৌরে। তৌইগুম্বসুং বীরেনদি মহাক্কী পরীক্ষাগী রিজাল্ট "মৈতৈ অহনগী কৃপাদগী" তাজবা ঙমজখিদ্রে। ❑